JA HARLAL NE

# গীতা শব্দ বিজ্ঞান

## ( THEOLOGY )

ইরুবা

শ্রীকীর্ত্তিচাঁদ সিংহ

লাইরিক ফংকম :–

ইমপেরিয়েল বুকস

পাওনা বাজার, ইম্ফাল।

---

মমল লুপা–৫.০০

# খুৰুমজবা

অহানবদা
ইতিহাস পুরান্না লাম্বা ফংদবা
ফোংদবা অরেপ্পা মঙোন্দগী
অফোংবা লেপতবদা মরু হুনখিবা
ঐগী হৌৰকফম অহানবা
নংবু খুৰুমজৈ।

অনিশুবদা
নংগী হকচাংদা
নশামক ওইহনা
লৈরম্বা ঐবু
মাগী প্রেমদগী
ইরুবু হুম্থবিখিবা
ইপাবু খুৰুমজৈ।

অহুমশুবদা
তাইবং মশক উহনবিবা
ইপাগী মশক তাকপিবা
ইমা নংবু খুৰুমজৈ।

মরিশুবদা
অ-আ তাকপিখিবা অহানবদা
ওঝাগী খুয়াদা খুৰুমজৈ।

মঙাশুবদা
মাগী গীতা পারুবদা
থম্মোইদা মঙাল ফাওখিবা
তোল্লবগী গুরুদেৱ
শ্রীশিবদত্তগী খুয়াদা খুৰুমজৈ।

শ্রীকীর্ত্তিচাঁদ সিংহ।

# য়াকাইরোল্

ধর্ম্মগী নামাদা কাংলুপ-ফুরুপ মথং মথং নাইতোম নাইতোম মীগ-মীগগী মরক্তাফাওবা নুংশিনরক্তবা, থাজনরক্তবা লোয়ননা থম্মোই শেংনবক্তবা মবমনা ধর্ম্মগী লংলবা অশেংবা মঙাল মক-শিল্লকপা কাঙ্গাদা ডমজবা খবদং ফকথোক-নানথোকফম থোকই থন্দুনা ইত্তিক চাদবা থবক অসি চাংয়েং ওইনা পাংথংপা হৌজবনি। বাইবল, কোরান, রামায়ণ অমসুং মহাভারতনচিংবা অমর ওইরবা ধর্ম্মগী লাইরিকশিং অসিদা মীগ-মীগগী মরক্তা নক্তনা শেংবানবশিগী থবাই পানবা পূম্নমক্পু থোইদোক্না চেংনা চাননা নুংশিনা কোন-শিনবা থক্বা অমত্তা ওইবা লবলা ঈদেল অনা মন্নুংদা থুপনা চেল্লি হায়বা অসিনদি নৈগী অচেংপা থাজবনি।

ইপাবু নীনা নুংশিবহুম মচোন্দগী তেংবানবদা লৈবিবা ঐ ময়াম পূম্নক অসি থোবকপা, মচোন্দগী হনবা অহন অমা অমুক লৈত্রবা শকথঙদবা মহাকপ, নীথোয থুদিংনা নুংশিফম থোকই। অহুরু মশক থঙদে, মশা থঙদে ; অহাংবদা নুংশিবা ডমদে। মরম অসিদগী মাগী মাগী শক্তমগা মান্নবা মওংদা নত্রগা মাগী মাগী রাথলগা চানবা মওংদা নুংশিবগী থমফম ১সুং পোকফম ওইবা অশেংবা নত্রগা অশাবা শক্তম কয়া কয়াবু ইবাংপুজা লাইশোল তীনশেন তৌনহুনা মশা মশাগী স্বভাবপু অরাংবা থাক্তা ফজনা পুপংনবা হোংঈন। শাথেক জগোইন থম্মোইনুংগী ভাব কোংদোকপগুম নিংনা উবা পোংশক কয়াদা থুদম তৌহুনা অরুবা রাথল কয়া কোংদোকপবু থুদম তৌরিবা

পোৎ অতুমক অশেংঙনি খনবা, হামেং-বলি, ইরোই-বলি অচুম্বা নত্তে; থম্মোইদা নাখুপতুনা লৈরিবা হিংচাবগী স্বভাব বলি কৎপা চুমদ্রক্ষাওবদসু হেন্না ফৈ। খর হেন্না ফবদা, খর হেন্না থাজবা, পূন্নমক্তা ফবদা, পূন্নমক্কী থাজবা হায়বা পথাপ অসিদা "গীতা শব্দ বিজ্ঞান" কৌবা লাইরিক মচা অসি লৈবাক খুবাইগী মাঙদা পুথোক-চবনি। কাংলুপ-ফুরুপকী খুরবা ৱাখল মহৈ মহৈ থাদোক্লরক্কুনা পৃথ্বীগী ধর্ম্ম পূন্নমক ঈচেল অমথক্কদা তাওথমিন্নবগী ৱাখলতং পোকহনবা ঙম্লবদি হায়বা অসিতনি ঐগী পামজবা সেবা।

পঞ্জনিংবা ৱাফম অমনা লাইরিক মচা অসি পুথোকচনবা তোৎনবদা, ছাপা নমথোক্লবা লাক্লবদা অমদি প্রুফ লৌবগী মতাংদা, অতৈ অতৈ চিরবা মতাং কয়াদা অহিং নুংথিল থাক্লনা শ্রীকৈশাম মনিহার সিংহ,না শিংথাবা ঙমদ্রবা মতেং কয়া পিবিখিবা পূন্নমক অতুগী শিংবা ঙম্লরোইদবা পুন্সিগী লমন তোল্লবনি। ঈশ্বরনা শ্রীমনিহার সিংহগী মঙ্গল পিবিবা ওইসনু।

য়াকাইজরিবা
শ্রীকীর্ত্তিচাদঁ সিংহ

# গীতা শব্দ বিজ্ঞান

গীতা— মপা-মমাগা মচাগা নত্ত্রগা ওঝাগা ছাত্রগা ঙাঙ-শরুববু 'গীতা' হায়বনি। শরুরিবা ইশৈ অদুবুনা 'গীত' কৌই। মীওইবনা ইন্দ্রি মঙাখক্তং অসিদগী মতেংনা লৌশিং লৈবা ঙমজবনি। ইন্দ্রিশিং অসিগী ৱাংমদা লৈবা পোৎকী মরমদা লৌশিং লৌশিনবা ঙমদে। মরম অসিনা ইন্দ্রিশিং অসিগী ৱাংমদা লৈবা থুপ্লবা কুপ্লবা য়াম্না মপুং হঞ্জিনবা ৱাফম কয়া ইন্দ্রিশিং অসিগা মরি লৈনবা য়াবা মাইকৈরোমদা পুথোক্কুনা কবিশিংনা পণ্ডিৎশিংনা লুরবা ৱাফম কয়া কয়া শন্দোকনবা ফোংদোক্লবা হোৎনরম্মী। অদুগা চুম্না ৱারী লীবতনা ফোংদোকপদা য়োশিনবা ঙমলক্তুবদা থকশি-খাসি, হৌন লমচৎ, ব্যবহার ১মুং ভক্তিগী ভাব কয়া কয়া অমগা অমগা মহৈ মহৈ ঙাংনবা ১মুং অরাই-অথুম ইশৈ শরুবগী মওংদা ফোংদোকনৈ। কাম্নবা অসি পিগে হায়বগীদমক গীতা মাঙবা নাইত্রবা লাইরিক অসি ব্যাসদেবগী ৱাখলদগী থোকখি। গীতাগী ৱারী ইতিহাসনা লাপ্না কদোম্নুংদা ফংলোই মরমদি মসিগা ইতিহাসকা খেন্নে। অদুগা মাগী ৱাখলদগী গীতা থোকখিবা ব্যাসদেবদি ইতিহাসনা লাপ্না ফংগনি। অদুনা

ইতিহাসকী মিৎয়েংদা গীতাবু য়েংবদি খোইনা কান্নবা ফংলোই। অদুবু আম্মাগী ইতিহাসকী য়াথল তৌগে হায়রবদি গীতা পাবা য়াই। ঐখোয়না নিতিগী তৎতনা খেংনরিবা অরায়বা অমস্তুং অরুবা থবক থৌরম কয়াদা গীতাগী ভাবকা ইরোইমিন্নবা ঙম্নবদি পুন্সিগী মঙ্গলদি শোয়দনা ওইগনি হায়বা অসিমদি শোয়জবা য়ানি। খজিক্কং হকথেংবনা চাংয়েং তৌবদা য়াম্না থুনা মহৈ অদু ফংবা ঙমগনি।

Geeta the Ocean of true knowledge.

ধৃতরাষ্ট্র—গীতাগী ইহান হানবা মনুংদা থুপনা অর্থ চেনবা য়াহৈনি। মপানগী ওইবা অর্থদা নোনা লুপ্রাবী ওইহৌরবী লৈ-খিদ্রবা বিচিত্রবীর্য্য নিংথৌগী মহারাণী অম্বীকাদেবীগী গর্ভক্ষেত্রদা মনেম-ইবেম্মা সত্যবতীগা মতৈ ইবুঙেঙো ভীষ্মগা ধর্ম্ম ঙাক্নবগীদমক তাম্নদুনা মনেম ইবেম্মরোমগী মরিদগী মতৈ থোক্নবা ব্যাসদেবগী অচঙবা মরু হুলহন্দুনা পোকখিবা ধৃতরাষ্ট্র কৌবা অমবু থঙনৈ। মরু হুনবা মতমদা ব্যাসদেবগী অকিবগী মশক ওইবা শক্তম্মু উনিংদদুনা মৎিৎ উইশিন্দুনা থাঙখিবা মরমনা ধৃতরাষ্ট্র পোকপদগী মমিৎ তাংলকই। মরম অসিনা ধৃতরাষ্ট্রবু মিৎতাংবা (অন্ধ) হায়নসু অদুম থঙখি।

"ধৃত" হায়বদি শিজিন্নথোকপা, কান্নথোকপ হায়বা ভাব অসি ফোংদোকই। 'রাষ্ট্র' হায়বদি লৈবাক থাইগী

ওইবা হায়বা ভাব থওয়নি। লৈবাক খ্বাইগী ওইবা মওংদা শিজিন্নরিবা পোৎ অমু ধৃতরাষ্ট্র কৌই। মখোং তাংবা হায়বা অসিনা ধৃতরাষ্ট্র হায়রিবা মুপা অসিগা খাদোক্লবা ‘য়াত্রব মশুপ অমা মমা পোক্লুংদগী ওইরকপা মরমনা মিৎতাংবা হায়বা গুণ অসিমমু খ্বাইগীদমক্তা শিজিন্নখোকপদা য়াওরে।

পৃথ্বী অসিদা লৈরিবা ঐখোয় কনা অমত্তমু পুন্নমক থওবা অথওবা হায়বা অতু ওইদে। ইশানা ইশাদা হংতুনা য়েংলবদি ঐনা থওলবনি হায়রিবা অসিকাওবা ঐনা য়ৌশিন্না থওলমদে। থওদবা উদবা আঙ্গানি। অদুনা ঐখোয় অসে তশেংবমক থও-দবনি উদবনি। থওদবা উদবা মরমদগী ইশা ইথত্তুগী থম্মোই-মুংদা অপাম্বা রাখল ১০০/১০০ পোক্তুনা অচুম অয়ানগী রাহং ১০০০/১০০০ নিতিগী হংলি। অদুগা থওনিংলিবত্তু রাহং শেমদুনা হংবফাওবা হৈতবা রারোল কয়া অমমু ঐখোয় ঐখোয়গী থম্মোইমুংদা লৈতবা নত্তে।

মরম অসিনা থওদবা উদবা ঐখোয় কয়া কয়াগী ইছুৎ শিন্দুনা (প্রতিনিধি ওইদুনা) মপাঙ্গল মথোনা কন লৈদুনমু মিৎতাংবা অমগী শক্তমদা গীতাগী থোংজিনমক্তদা লেপতুনা রাহং হংলি। প্রতিনিধি ওইরিবা শক্তম অসিবু ধৃতরাষ্ট্র হায়বনি। রাহংগী পাওখুম গীতানা পিরি। মরম অদুনা ঐ ঐগী ওইবা তোঙান তোঙানবা রাহং কয়াগী পাওখুমমু গীতাদগী শোয়দনা ফংফম থোকই।

মরম অসিনা গীতা পৃথ্বীদা লৈরিবা জীবা পুন্নমকী লমজিং

মৈরানি হায়বসি গীতাগী মসুংদা চংলগা মখেক শেংনা উগনি। ঐ হিন্দুনি, ঐ মুসলমাননি, ঐ খৃষ্টানি অসি-নচিংবা তোঙান তোঙানবা কাংলুপ কুরুপ নাইবগী অমত্তং কাংলুপ কুরুপশিং অসিগী অমনা অমবু নমথনবা লায়বগী করিগুম্বা থৌরবা মিৎয়েংগী য়াংমদা গীতানা মশেক মঙানগা লোয়ননা শোয়দনা লেপতুনা লৈ। সংস্কৃত লোন্দা ইরম্মী হায়দুনা গীতা হিন্দুতগী ওইবা পোৎনি হায়বা য়াদে। জ্ঞান-লৌশিং হায়বা অসি কনাগীসু স্বত নত্তে।

গীতাগী নোংলিক্লা তাইবং তুখোং তেংথোকসনু

Dhritarashtra the representative of igno-rances.

ধর্ম্মক্ষেত্র—ধর্ম্মগী-লৌকপু ধর্ম্মক্ষেত্র হায়বনি। লৌকমদগী হুন-খিবা মহৈ মরোংগী অহেনবা চাথে ক পোথোক ফংই। অদুনা অদুম্বা মফম অদুদগী ধর্ম্ম চাওখৎহনবা ঙম্বা মফম অদু ধর্ম্মক্ষেত্রনি। থরাই পানবশিংদা অরা মৈশা লাংহন্দবা, তৌদবা য়াদ্রবা তৌফম থোকপা মথৌ থাদোক্কবা হৌনলিচৎ অদুবু ধর্ম্ম কৌই। মসিতনা মরম ওইদুনা তেংবানবনা পানবনি, চাওখৎপনি। ধর্ম্ম হায়বা শক্তম অমা লৈবা নত্তে। ধর্ম্ম হায়ব অসি রাখলদা অমদি স্বভাবতা লোয়নবা পোৎনি। মরম অদুনা ধর্ম্মগী হৌরকফম থম্মোইনি। অমরোমদা ধর্ম্ম হায়বা অসি

ইন্দ্রিশিংবু মকম মগুক মরম চানা শিজিন্নবা নিয়মনি। ইন্দ্রিশিংগী অপাম্বা থম্মোইদগী খোদোম্নকই; ধর্ম্মগী মশেক মগুনলম্ব থম্মোইদগী ফোরকই। মরম অসিনা ধর্ম্মগী পোকফম মীওইবগী থম্মোইনি। পৃথ্বীগী লৈমাইথক্তা ধর্ম্মগী লৌকম হায়বা মকম অমা লৈতে। করিগুম্বা মকম অমদা থোক্লবিবা থৌদোক বাথোক অমা থেংনরুবদগী ধর্ম্মগী য়াখল পোকখি হায়রুনা মকম অদুবু ধর্ম্মক্ষেত্র ধর্ম্মগী লৌবুক হায়বদি কনা কনাগুম্বা অময়মগী মশা মশাগী ওইবা তোপ তোপ্পা য়ানি। পৃথীবী পুম্নমক্কী ওইবা য়াবা য়া নত্তে। অদুনা ধর্ম্ম হায়বা অসিদি কাংলুপ ফুরুপ নাইদবা মীওইবগী অমদি জীব পুম্নমক্কী থম্মোইগী য়ানি, পুক্নিংগী য়ানি। পোকলকফমম্ব জীবগী থম্মোইনি, পুক্নিংনি। মরম অদুনা জীবশিংগী মরুওইনা মীওইবগী পিকশিনবদম্ব মঙোন্দগী হেন্না পিকশিন্নিংঙাই লৈতবা পাকথোকে হায়রবম্ব মঙোন্দগী হেন্না পাকথোকনিংঙাই লৈতবা পুক্নিং লৌফম্ব হায়বদি থম্মোই লৌবুকপু ধর্ম্মক্ষেত্র হায়না শুপনা তাকপনি।

ধর্ম্মক্ষেত্র হায়বা য়াহৈ অসি মথক্তা হায়প্লিব ধৃতরাষ্ট্রগী ইহান হানবা গীতাগী মমুংদা য়াওবা খোম্মোকনি। ধর্ম্মলৈবা মীম্ব ধর্ম্ম লৈতবা মীম্ব ধর্ম্মগী অপাম্বদি লৈবা ঙাক্তনি। করিনা ধর্ম্মনো করিনা ধর্ম্ম নত্তবনো হায়বা অদু থঙবা ঙমদবগী য়াঙনি। ঐখোয় পুম্নমক্কী ইহুৎ শিল্লিবা ধৃতরাষ্ট্রনা অহানবমক্তদা ধর্ম্মক্ষেত্র হায়বা য়াঙাং

অসিদগী ঐথোয়নস্তু থস্তুবা য়াই মচুদি থংনবা য়েংনবা থোয়কলব ; মতমদত্ত আইন থিনয়কপগুম অবা অনং হক-থেংনয়কলব মতমদা করম্বনা অচুম্বনো করম্বনা অয়ানবনো, ত্তোগদবনা করিনো ত্তোয়োইদবনা করিনো হায়বা ধর্ম্মগা মরি লৈনবা ভাব অসি অহানবমক্তদা থম্মোইদা ফাওই। অদুনা খ্বাইদগী অহানবদা থনকম থোকপদি ধর্ম্ম হায়বা অসিনি হায়বা অসি ময়েক শেংনা তাকলে।

জীবগী থম্মোই লৌবুক্তা ধর্ম্মগী চাথোক হেনগৎসন্থু।

Grow more pious than food.

কুরুক্ষেত্র—কুরু হায়বা শাগৈ অমা লৈরম্মী। মথোয়গী মফম অমবু কুরুক্ষেত্র হায়না খঙৈ। মসিনা মপাঙ্খোংগী অচম্বা অর্থনি। অদুবু সংস্কৃতকী য়াকৈশিংশে অকোইনদুম, গীতাগী য়াহৈশিংশে, পাখোং-য়াহৈ ঙাক্তনি, হায়বদি য়াকৈ অমতংগী অর্থ মথল মথা য়াম্মী। মথল মথা য়ামত্রবা অর্থশিং অদুগী ভাবচৎ লোনচৎস্থ মী মী অদুগী মভিক মগুণগী মতুংইন্না তোঙান তোঙানবা অরুংবা মঙাল লৈ। য়াথল অসিদা কুরুক্ষেত্র হায়বা য়াহৈ অসিস্থ সাইন্সকী লেখোয়েত্তোয়ীদা তকখায়রগা অশেংবা মচলশিং অদু খঙদোকপা নত্রগা থমথোকপা হেম্না ফৈ।

কুঃ—য়াম্না লাঙবা, য়াম্না লাওথোংববু 'কুঃ' কৌই। ফত্তবা য়াথল বুদ্ধি লৌশিং ফোংদোকপদস্থ 'কু' শিজিন্নৈ।

রুঃ—য়াম্না লাওখোংবা, অয়াকপা অকনবা য়া য়াম্না ঙাং-নববু 'রু' হায়না খঙনৈ।

মরম অসিনা 'কুরু' হায়বা অসিন খঙনবদা খ্বাইদগী মতিক চাব ভাবতি শাকম লানকমদা অয়াকপা অকনবা য়ায়াম ঙাংনচুনা লাওখোংবা অদুবু ওইব তাই। অদুনদি অমনা অমবু ঙম্বা হোৎনবদা অয়াকপা অকনবা য়া কয়া লাওনখোংনচুনা লাম্থেংনরিবা শ'থেংনরিবা মফম অদু "কুরুক্ষেত্র" কৌবা তাই।

পৃথিবীগী চাওরবা লাঙাও কয়াগী হৌরককমদি মীওইবগী থম্মোইদগীনি, মেতা কয়ানা হায়গ্রবনি। মীওইবা খুদিংগী থম্মোইদা করিগুম্বা য়াফম অমা নত্রগা অমগী মরমদা লাল অমদি তৎতনা শোরুরিবনি। অদুবু ঐখোয়না য়াখল খল্লিবনি হায়বতনি। লালদা মাইয়োক্নবা মাইকৈ অনিগী মী চংই; য়াখলদসু মাইয়োক্নবা মাইকৈ অনিগী মচাক চংই। য়েংখায়নবা, থেংগাইনবা অমনা অমবু মাঙহনবা মমৈথংদা লৈহৌবা অদুনা অচুম্বনি অরেপপনি লৌনবতনি। অদুনা গীতাদা য়াওরিবা কুরুক্ষেত্র অতৈ অমা নত্তে জীবশিংগী মরুওইনা মীওইবগী থম্মোই লমপাকনি পুক্নিং লম্বাংনি।

কুরুক্ষেত্র হায়বা য়াহৈ অসি গীতাগী মমুংদা ধৃতরাষ্ট্রগী অহানবা খোম্লোক ধর্ম্মক্ষেত্রগী হেক মথংদা থোকপা হেক থং-নবা খোম্লোকনি। ধর্ম্মক্ষেত্রসু কুরুক্ষেত্রসু অনিমক অসিবু মীওইবগী থম্মোই লৌবুক্নি পুক্নিং লৌবুকনি মথক্তা হায়গ্রে। মমিং অনি লৈরবনিনা অমত্তা ওইবা মফম অদু অনি

খোকনা খায়দোকপা তাই। মতুদি অফবগী মাইকৈ হায়বা অমা, ফত্তবগী মাইকৈ হায়বা অমা। অমমগা অঙানবগা অনি অসিতনা তেংবানবা অসি শিনবা থুংবনি। পুম্নমক অনি অসিগী মরুমদা লৈবা ঙাক্কনি। মতৌ অদুগুম্না অফবা অমসুং ফত্তবা অনি অসিগী মমুংদা জগৎনা অতৎ অথম, অহৌবা অরোইবা নাইদনা চত্থনুনা লৈবনি। মসি পুম্নমক থম্মোই মমুংদা লৈবা থোইদোক্না কোম্না চল্লি।

Fill the heart with Holy Blood.
Feed the brain with Happy Mood.

যুযুৎসব—লাল পাম্নবশিং হায়বা অর্থনি। এলেকট্রিসিতিগী নেগেটিভকা পোজিটিভকা অনিগী থেংনবা লালনা মঙাল থোকই। মঙালনা উদবনু উহল্লি। লাইমামগা হিংচাবা ময়ামগা সমুদ্র নৈবদা অমৃত হায়বদি মাঙবা লৈতবা পোৎ ফংথি। অদুগুম্না অরেপপা মশক অদুবু ফংনবা হোৎন-নিংবা হায়বা অসিদি থম্মোই খুদিংগী অপাম্বনি। মদুবু "যুযুৎসব" লাল পাম্নবা হায়না পাখোং চনবনি।

মামকা—"ঐগী" হায়বনি। ঐগী হায়বা রাখল অসিদগী লাল হোই। ঐগী হায়বা রাখল অসিগী মমুংদা মীওইদা পিনিংদবা, ঐগী ঐগী হায়দুনা খোপচিন্নিংবা, ঐগী অদুত মুংশিবা ঐগী নত্তবশিংবুনা মুংশিদবা হায়বা রাখলশিং অসি মরোং মরোং লোংথোরকই। মমৈথংদা ঐগী ওইগে

য়াদবশিংগা চায়ননিংবা রাথললদগী লাল থোকই। ঐগী হায়বগা ঐ হায়বগা খেন্নবা লৈ। ঐগী পুন্নমক অসি ঐদি নত্তে। ঐগী খুৎ ঐ নত্তে ঐগী মিৎ ঐ নত্তে ঐগী থম্মোই ঐ নত্তে। ঐ হায়বা অসিদি ঐ, নং, মা অদুম্না শুপচিন্নগা ওইবনি। মসিবু পোকপা লৈতবা শিবা নাইদবা পুন্ন-মকপু থৌরিবা থরাই আত্মা অদুতবু খঙনৈ। ঐগী হায়বা পোৎ অদুনা ঐ নত্তবগুম হকচাংশিং অসিদগী থরাই আত্মা হায়বা অসি করিগুম্বা মতমদা নপশিন্নদুনা লৈতবা পোৎশকনি হায়বা অসি গীতাগী মথুংদা তোঙান তোঙানবা পান্বেনা ময়েক শেংনা শেংনা উৎনবা হোৎনৈ। অদুনা থেংনরিবা লালশিং অসি ঐ-গা ঐ-গা নত্তে ঐগী-গা ঐগী-গা থেংনবনি। অদুনা "ধামকা" ঐগী হায়বা অসি লাল হায়বা পাম্বী অদু হৌনবা মরু (বীজ) নি। অদুনা মহাভারত কৌবা লাঞ্জাওগী মরোলদা শাৎলিবা থম্বাল-গীতাগী অহৌবদা থঙদ উদবা ঐখোয় খ্বাইগী ইহুৎ শিল্লিবা ধৃতরাষ্ট্রনা "ঐগী হায়বদি ঐগী ইচাশিংগা" হায়বা লালগী মরু অসি হুনবনি। মরু অসিগী পাম্বীনা মহাভারত কৌবা লাল অদুনি মদুগী মহৈনা ধর্ম্ম কায়দবনা জয় ওইবা হায়বা অসিনি।

ঐগী হায়বনা অশিবগী লম্বীনি
নংগী হায়বনা অচঙবগী লম্বীনি
My is for Die
Thy is for life.

পাণ্ডুবা চৈব—"অমদি পাণ্ডুগী মচাশিংগা" হায়বদি ধৃতরাষ্ট্রগী মনাও লৈখিয়বা পাণ্ডু কৌবা মাগী মচাশিংগা ঐগী (ধৃতরাষ্ট্রগী) ইচাশিংগা লালফমদা করি করি তৌনগ্রবগে হায়বা পুক্লিংগী অপাম্বা হংলকপনি।

মতাং অসিদা "পাণ্ডু" হায়বা অসি কনানো, করিবু হায়রিবনো কুপথহৌবা মতাং চাই। মরমদি হন্দক্কী মহাভারত কৌবা থম্মোইমুংগী চাওরবা লাঞ্জাও অসি ধৃতরাষ্ট্রগী মচা ১০০ গা পাণ্ডু হায়রিবা অসিগী মচা ৫ খক্তা মাইয়োক্নদুনা শোক্নবা লালনি।

পাণ্ডু:—ধৃতরাষ্ট্রনা পোকপদগী মমিং তাংলকপা মরমনা মবোক ইবেম্ম সত্যবতীনা মথরাই মুংঙাইত্রদুনা; মমৌ ইবেম্মা অতোম্বী লুপ্প্রাবী অম্বালিকাগী গর্ভক্ষেত্রদা ব্যাসদেবদগী গর্ভদান পিহনখি। গর্ভদান পিবা মতমদা মুপী-নাহাশিংগী মফমদদি অকিবগী শকফমগুম থোক্নবা ব্যাসদেবনা চেৎনা কোনশিল্লকপদা অকিবগা লোয়ননা খাংবদা কুচুকুমেন তাইফেৎ তাইখিবা মরমনা পোকলকপা মচাগী কুচুগু তাইফেৎ তাইবা কুচু ওইখি। মদুগী মরমনা পাণ্ডু হায়বদি তাইফেৎ তাইবা কুচুনা মাগী ওইবা অমুম্না মাগী মমিংবু খঙনখিবনি। মমিং অসিগী মমুংদা খাঙবা কনবা থৌনা লৈবা হায়বা গুণ অদুমু লোয়নরবনি। (জ্ঞান অসি তুংদা মমা মপা ওইরক্কদোবশিংনা খঙজিনবদা থোইদোক্না মতিক চাবনি) হায়রিবা পাণ্ডু অসিগী মচা মঙা

পোকলম্মী। মখোয়শিং অদুদি মপাংশিংনা— (১) যুধিষ্ঠীর, (২) ভীম, (৩) অর্জ্জুন, (৪) নোকুল, (৫) সহদেব মচা অসিনি।

মহাভারত অমসুং গীতাগী মথাদা লাকদবা থোইদোক্লা লুরবা রাক্ষম কয়াগী মমুং হঙ্জিনবা রাক্ষম কয়া নৈনত্রিবৈগী মমাংদা খ্বাইদগী মরুওইবা শক্তম লৌরিবা পাণ্ডুগী মচা মচা অসিবু করিনো তশেংবা ঐখোয়গুম্বা মীয়া নত্রগা করি কয়ম্বা পোংনো? মমিং মচামক অসিগী য়ান্না ফজবা মমুংগী অর্থ লৈবা ওইনম্ব তৌই। মসি নৈননিংবা নৈনক্ষম থোকপা রাক্ষম অমা ওইবা মরমনা পারী পুরী খিদুনা অশেংবা মশক থঙ্-দোকপা হায়বা অসি বিজ্ঞানিক ওইবা রাক্ষমনি।

করম্না পাণ্ডু পোকখি মথক্তা নৈনখ্রে। হৌজিক অমুক পাণ্ডুগী মচা মচাগী খ্বাইগী অহল যুধিষ্ঠীর করম্না পোকপা? যুধিষ্ঠীর হায়বা অসি মপুরোইবা পাণ্ডুগী থোজাল ফংদুনা সতী কুন্তিনা যম কৌবা লাই অমবু থম্মোইদা চেংনা নিং-জরগা গর্ভগী মরু ফংদুনা পোকখিবা কুন্তি-পাণ্ডুগী মচা অহলনি।

পাণ্ডু মুপি অমত্তগা তিম্নবা য়াদে, হেক তিম্নবা থুদক্তা শিগদবনি হায়বা শাপ লৈবা মুপানি। অমরোমদা কুন্তি মানা কৌনিংবা লাইবু কৌদুনা গর্ভদান লৌবা ওম্বা বর লৈবী সতীনি। পাণ্ডুনা কুন্তিগা হকথেংননা গর্ভগী মরু ছনখিবা নত্তে। হেক হকথেংননা গর্ভদান পিখিবদি যম কৌবা লাই অদুনি। অদুনা যুধিষ্ঠীর অসে পাণ্ডুগী মচানি হায়না খ্বাইনা থঙনরবম্ব অশেংবা মরুদি যম কৌবা লাই অদুগীনি হায়বা অসিনা মপানগী ওইবা

য়াবীনি। মপানগী ওইবা য়াবী অনিদদি সত্ত্ব কুন্তিগী সত্ত্ব হায়বা গুণ অসিদা দোষ লৈরে। অদুবু অধ্যাত্মীকী মিৎয়েংদা য়েংবা তাবরবদি সত্ত্ব কুন্তিগী সত্ত্ব হায়বা গুণ অসিদসু দোষ লৈতে অদুগা য়াবী অসিগীসু হেন্না ভানবা মঙাল লৈ।

নিংবা (ইচ্ছা) হায়বা অসিদগী ওইথোকলোই হায়না খনবা কয়া ওইথোকখিবা খুদম প্রমাণ মশীং লাকওয়না ঐখোয়না থেংনরে। নিংবদগী লুম্নবা হকচাং অসি অহাংবা অতিয়াদা থাংগৎপা ঙম্মী। নিংনবদগী তোঙানবা থম্মোই অমমু অপাম্বা মওংদা চিংশিনবা ঙম্মী। অসিগুম্না অরেপপা মশক মওং লৈতবা পোকপা শিবা লৈতবা, অহৌবা অরোইবা লৈতবা মশা মতোমতনা ঙাক্লবা, পুম্নমক্কী ফোংদোক্লবা মপূ ঈশ্বর মহাক্কী অনিংবদগী অফোংবা মরু হুন্দোক্লুনা তেংবানবা ওই- রকপগী মরমদসু য়াখল তৌবা য়াই। অদুবু হৌজিকমক্কীদি য়াফম অসি সাইন্সকী য়াংমদা লৈরি হায়না লৌনিংগনি।

অদুনা মপূরোইবা ওইরিবা পাণ্ডুগী ইন্দ্রিগা সত্ত্ব কুন্তিগী ইন্দ্রিগা ইন্দ্রি মশেল তরু-তিন্ননিংবগী অমোৎপা য়াখল য়াও- দবা, ধর্ম্মতগী ওইবা ভাবতা মচা ফংনিংবগী অনিংবা অর্জুন', অচুম্বা হায়বা অর্জুন অসিনি, অরানবা হায়বা অর্জুন অর্জুনি, মসিগী নিয়মনা মসিনি, মর্জুগী নিয়মসু মর্জুনি হায়বা অচুম-অরানগী নিয়ম য়াম্না কুপনা শেম্মদুনা মতম পুম্নমক্তা মকম পুম্নমক্তা লৈবা লাইনি হায়না য়াখলতনা শেমগৎপা যম হায়না মখিং থোক্লিনবা লাইগী মগুন্তনা পামফেল লৈরবা সত্ত্ব কুন্তিগী

গর্ভক্ষেত্রদা মরুওইনা হৌরিবদগী যুধিষ্ঠির কৌরবা উপাল্ল অনি লৌখি।

যম হায়বা অসি ঐখোয়গুম্বা হকচাং কায়াৎ পানব, ইন্দ্রিং-শিংগী থৌরাংবা পোকপা শকনাইবা অমা নত্তে। যম হায়বগী অর্থদি "লাকশিনবা" হায়বনি। মীওইবগী লিচৎ-থাজৎশিং অমিগী মথুংদা কয়য়রা লাকশিনগদবা, কয়ম্না লাকশিল্লোইদবা, অচুম-অয়ান খায়বা, তৌহৈবা তৌহৈদবা অসিনচিংবা মথক খঙনা লাকশিনবা ওম্বা গুণশিং অচুবু শুপনা "যম" হায়না শং-শংনা নিংশিংনবগীদমক্তা ভাবকী মূর্ত্তি শেম্বতনি। যম হায়রগা অশিবশিংগী নিংথৌনি হায়নস্থু খঙনৈ। মরমদি থয়াইগা হক-চাংগা খায়নরব মতমদা ইন্দ্রিশিংগা লোয়ননা হকচাং পোন্নাং অসি থনমলগা মাগী মাগী হৈনবী মশাগী স্বভাব অচুতংগা লোয়ননা চৎথি। শিবা হায়বদে মচুনি। হকচাং য়াওব্রবা স্বভাবতগা লোয়নরবা থয়াই হায়বা অসি মশানা গুণ ওইবা তারবনি। অচুগুম্বা মথল কয়াগী গুণশিং অচুগী মথুংদগী থ্বাই-দগী অথোইবা গুণদি যম—লাকশিনবা ওম্বা হায়বা অসিনা অথোইবনি নিংথৌনি হায়বা ভাব অসিগীদমক্তা যম অশিব-শিংগী নিংথৌনি হায়বনি। অসিগুম্বা অথোইবা গুণ অসিবু ইন্দ্রি পানবা মীওইবনা মরু হকনা কাওদনবগীদমক্তা গুণ অসিগা পক্কবা মূর্ত্তি শেম্বনি। মীওইবনা গুণ য়াওদবা পোৎশকশিংবু উবা য়াম্না য়ানা থোকই। শংবায়বা মচুদা অতিয়ানি হায়রিবা অসিনি। ঈশ্বরদি গুণশিংগী য়াংবয়া লৈবা মরমনা ঐখোয়বা

উবা ঙমদে। মরম অদুনা ঐখোয়না উবা মুংঙাইনবগীদমক্তা তোঙান তোঙানবা গুণশিং নপশিন্দুনা মথল মথা য়াম্নবা মুর্ত্তি কয়া শেমগৎলি অমসুং গুণ অদুনা মমিং ওইদুনা থোক্তিলি। মরম অসিনা যম হায়বা অসি ইন্দ্রি মঙানা লৈতেংবী সতী কুন্তিগী ইন্দ্রিশিংগা তরু-তিম্নবা য়াবা ইন্দ্রি পানবা হকচাং পুবা ঐখোয় মীশুপ্পা পোৎশক অমা নত্তে। গুণ অদুতগী য়ানি। মরম অসিনা কনাগুম্বী য়ুম পাল্লিবী মুপী অমনা কনাগুম্বা মতিক-মগুণ লৈবা অমগী মতিক মগুণ অদু মচাদা ওইহল্লিংদুনা নিংলগা মপুরোইবদগী গর্ভদান লৌবদা দোষ পিনদে। অদু ওইরবদি মগুণতমক ওইবা শরুাইদবা যম হায়বা অদুদগী কম-দোনা যুধিষ্ঠীর ওইখিবা মরু অদু ফংফম থোকপগে হংনিংলবা য়াহংনি।

যুধিষ্ঠীর ওইখিবা মরু অদু তশেংবমক পাণ্ডুগীনি। পা= পুরুষকী মশক পাণ্ডুনা নিংবদগী পী=প্রকৃতীগী মশক কুন্তিগী থম্মোইমুংদা যম হায়না খঙনবা মতিক মগুণশিং অদু চপচানা চেনবা মচা ফংনিংবগী অনিংবা পোকখি। পা-পী অনিগী য়াম্নবা নিংনরকপা থম্মোই অনিনা মচা ফংনিংবগী য়াথলদা অমত্তা ওইরকপা অসিদগী সতী কুন্তিগী গর্ভক্ষেত্রদা মরু তাখি।

"পাণ্ডু মুপী অমত্তগা তিম্নবা য়াদে; হেক তিম্নবা খুদক্তা শিগদবনি হায়বা শাপ লৈবা মুপানি" হায়বা অসি লানবা তারবরা? মসি অয়ানবা নত্তে। ইন্দ্রিগী পেন্নবগীদমক্তা পা-পী তিম্নবা হায়বা অসিনা নাকল অনিমক্তা অশিবা হায়বা অদু

মচেৎ মচেৎ ওইহল্লি। মসি পাণ্ডুদগী রা নত্ত্রে ঐথোয় খুদিংমক্কীশু রাকহনি। তিময়বা অসিনা অদুক্কী মতিক তোয়রগা শিবা হায়বা অদুসু অদুকী মতিক থুজিলহল্লি। মসি পাণ্ডুগী পারী পুরীগী মংশাবলিদা থোকপ্রবা থৌ-দোক ডাক্কনি। মচা ফংনবগী গর্ভদান পিন-লৌনবগা ইন্দ্রিগী পেময়বগী তিময়বগা থবক্তি অমত্তা ওইরবসু স্বভাব অমসুং রস খেময়বা মরমনা মচা ফংনবা গর্ভদান পিনবা অমসুং লৌনবদদি মথকী শাপ অসি ময়াই চমই। করিং-গুম্বা শাপ অদুনা মতাং অসিদা চংবা তারবদি জগৎকী সৃষ্টিগী মাইয়োক্তা শিজিময়বগীদমক্তা মতিক ময়াই লৈতবা শাপ শোয়দনা ওইরমগনি। হেম্না পাক-চাওবা রাখলনা হস্থবা রাখলবু নমথবা গুম্বা হায়বা অসি মতমনা পোক-পদগী চুমলক্লবনি।

মরম পুম্নমক অসিনা যুধিষ্ঠির হায়বা অসি সতী কুন্তি-পাণ্ডুগী নিংজবা আশাগী চপচাবা পাম্বীগী মশক অহানবা মচানি। যুধিষ্ঠীরগী নহালমুক্কী মপোক্কী মরমদা নৈনপ্রে। হৌজিক যুধিষ্ঠীর করিনো, কনানো?

—যু = শা-লান্দা, ধি = বুদ্ধি লৌশিং, স্থির = তহা-তহাদবা অচেৎপা ফিরেপ লৈবা শম্না হায়রবদা শাথেং লাম্লেংন-রকপা মতমদা বুদ্ধি লৌশিং চোইথোক্তবা পুক্লিং লৈতাবা হায়বা ভাব অসি যুধিষ্ঠির হায়বা রাহৈ অসিনা ফোং-দোকই। তেংবানবশিদা সুংঙাইগে য়াইফগে হোৎনবগী

লানকম কয়াদা বুদ্ধি লৈতানা পূক্লিং তম্বা অহাব ভোদনা অচুম্বা অরেপপা ফীরেপ লৌদুনা লাম্বেংনম্বিবা মহাকী মগুণ অদুবু যুধিষ্ঠীর কৌবনি। শাফম-লানফমগী মশক নিতিগী তংতনা থেংনম্বিবা থোদোক বাথোক্ক খুদিংদা চংশিন্দ্রিন্ডৈঙ্গী অহানবমক্তদা ঐথোয় খুদিংমকনা শোয়দনা লৌফম থোকপা ফীরেপতি যুধিষ্ঠীর হায়বা গুণ অসিনা উৎলিবা ফীরেপশিং অদুনি। মরম অসিনা যুধিষ্ঠীর অহম্মি। করিগুম্বা থৌশাদদুনা ফীরেপ অসি লৌহৌম্রবদি থোকললকপা থোদোক-ব্রাথোক খুদিংমক অম্বা অমা, নিং-জিং মা'জিন্নবতনা থনবা, পূক্লিং লৈতাফম থুঙদবা শান্তি লৈতবা ঙাক্তা ওইগম্মি। অদুনা যুধিষ্ঠীর হায়বা অসি থাজৈংশেংবা অচংবা মী হায়বদো অদুগী শোয়দনা লৈফম থোকপা মপূং ওইবা গুণ মঙাগী মনুংদা খ্বাইদগী অহানবা গুণ অদুনি। অসিগুম্বা গুণ অসে তাইবং থম্মোই খুদিংদা চেনবা ওইসনু।

যুধিষ্ঠীর হায়বা গুণ অসিমতং পোক্লবগী পরিংদা মপা মপূ হাকতক্তগী লেংথরকলিবা শেংলবা থম্মোই অমম্লুং গুণ কয়াগী পরেং অসি মপা মমা ওইরক্লদৌরিবা পৃথ্বীগী মীওই খুদিংমক্লা কুঁপনা বাথল ভৌবা থোইদোক্লা মজিক চ'বনি।
Judhisthir, the quality of stagnant mind.

ভীম—যুধিষ্ঠীর পোকখিবগী মতৌগুম পাণ্ডুগী অনিশুবা মচা

18477



ভীম হায়বা অসিসু "পবনদেব" হায়বদি সুংশিৎ হায়না কৌবা শকনাইদবা লাই অমগী ভৌবা ঙম্বা মতিক মগুণ-শিং য়ৌনিংবদা অপনবা লৈতনা শিনথুংনা য়ৌবা ঙম্বা, য়াংনা চেনবদা মপা লৈতবা, অকনবা, অঙকপা অকিবা থৌদোক কয়া থোকহনবা ঙম্বা অদুগুম্বা মতিক মগুণশিং অদুবু পা-পী অনিনা নিংশিংনদুনা গর্ভদান পিনবা ১সুং লৌনবগী মহেনা অকিবগী মশক ওইবা ভীম কৌবা গুণ অসি পোকখিবনি। মরম অদুনা করিগুম্বদা ভীমসু সুং-শিংকী মচা হায়নসু মহায়নৈ।

ভীম হায়বা য়াহৈ অসিগী অর্থসু অকি অখঙ অঙক-পবু খঙনৈ। শক্তম অদুদগী মগুণ অসিনা হেল্লা মরুনি। ঐখোয় কনাসু ভীমগী মশক উহৌবা নত্তে অদুবু মগুণ ময়াম অদুগী মতেংনা য়ারী তাবা ঐখোয় খুদিংমক্কী মিৎতা ভীমগী অকিবগী মূর্ত্তি অমসুং তিয়বা সুংঙাইগদবা মরমচৎ শংশংনা উহল্লি। মরম অসিনা ঐখোয়না খঙ-লিবা অসি গুণ অদুবুনি। পামলিবসু গুণ অদুবুনি। মশানা ওইকমসু থোকপনি। গুণ অসি পৃথ্বীগী মীওইবা খুদিংমক্কী লৈকম থোকপা গুণশিংগী মসুংদা যুধিষ্ঠীর হায়বা গুণ অদুগী হেক মথংদা লৈকম থোকপা গুণ অমনি। গুণ অসি লৈত্রবদা করিগুম্বা শিংথাবা য়াবা পৃথ্বীগী থবক অমত্তা পাংথোকপা ঙমক্কম থোক্কবনি।

**Bheem the active force of mind.**

অর্জ্জুন—যুধিষ্ঠীর অমসুং ভীম পোকখিবগী মতৌগুম ইন্দ্রদেব হায়বদি শোরারেল কৌবা শরাইদবা লাই অমগী মতিক মগুণশিং অদু পা-পী অনিগী তিন্নবা থম্মোই মসুংদা চেৎনা থাগোন্নদুনা মপুরোইবা পাণ্ডুগী থৌজালনা সতী কুন্তিগী গর্ভক্ষেত্রদগী অহুম শুবা মচা অর্জ্জুন পোকখিবা রারী তাবা থ্বাইনা খঙনৈ। কুন্তিগী মচা মঙানি মথক্তসু হায়প্রে। মদুগী মসুংদা মথক্তা অনি মখাদা অনিগী ময়াই চপ চাবা য়াইমবা অর্জ্জুন-নি।

অর্জ্জুন হায়বা রাহৈ অসিগী অর্থ থোইদোক্না মরু ওইবনি মরমদি মহাভারত অমসুং গীতাগী মসুংদা অর্জ্জুন অমসুং কৃষ্ণ হায়বা অনি অসিতনা থ্বাইগী ময়োলনি। অনি অসিতবু মশক থঙদোকপা গুমলবদি গীতাগী মশেক মঙল থরদি য়ৈরে হায়না খনবা য়ারবনি।

অর্জ্জুন—অতিয়াগুম ইহাং শাবা (হেৎবদা শংবান্নবা) মুংখিল পোবোপকী মতৌগুম ইঙান ঙানবা, ঙৌরোক ঙৌবা, মচু শংগ্রিবা ইতিং তিংবা রাখল অসিলচিংবা অচম্বা, অতিংবা করিগুম্বা মচু অমত্তা শংগ্রিবা গুণ অদুবু অর্জ্জুন হায়না খঙনৈ। মথক্তা অনি মখাদা অনিগী ময়াই চপ চাব মকমদা মাগী য়াইমবা হায়বা। লৈকম অসি-মক্তসু অর্জ্জুনগী মথকী অর্থ অসি হেন্না মরা চেৎহল্লে। রাকম অমনা মরাখশিংবু লাই-গুরুগী শিঙদা থাদৈ অদুগা মচা-মনাও ওইবশিংনা থ্বাই মরামগী শিংলক্তা শিংথানৈ।

অদুনদি অর্জ্জুনগী মফম অসি লাইশিং অমম্বুং মীশিং অনিগী মরক্তা লাংদাইনবা ম্নাবগী ফীভমদা লৈ। অদুনদি লৈরিবা রাহৈগী অর্থনে লৈরিবা কমফমনে অনি অসিনা তশেংনা ভাকলে মতুদি অর্জ্জুন হায়বা অসে গুণ অদুবুনি। মীচং মীথাই নাইদবা পুকচেল ভিংবা গুণ অদু অর্জ্জুন্নি।

মতাং অসিদা অর্জ্জুন পোকপগী মরমদা লৈনহোবা থোইদোক্লা কান্নগনি। সতী কুন্তিনা ইন্দ্রদেব কৌবা লাইবু মন্ত্রগী শক্তিনা কৌরগা উন্নদুনা গর্ভদান পিহনখি হায়বা অসিনা য়ারীনি। মসি বিজ্ঞানগী মিৎয়েংদা হায়-বদি সাইন্সকী লেবোরেটোরীদা কুপথাইদুনা য়েংশিনবা ভাবনি। মদুভদা অশেংবা মশক চোংখোকহনবা ঙমগনি।

করে, ইন্দ্রদেব হায়বদি শেয়ারেল হায়বা লাই অসি করিনো? মহাক অসি ঐখোয় মীওইবগী মভৌ-গুম থোং খুৎ মিৎ নাকোং নাভোম্নচিংবা ইন্দ্রিশিং অসি তশেংনা পানবা জাৎলা? ইন্দ্র হায়বা অসি হকচাং কায়াৎ পানবা ঐখোয়গুমনা ঙবা ভারবদি সতী কুন্তিগী সতী হায়বা গুণ অদুদা দোষ লৈকম থোক্তবরা? অদুগা লাই পুম্নমক্কী লাইনিংথৌ হায়রিবা ইন্দ্রদেবগী লাই হায়বা ভাব অদুদসু দোষ লৈফম থোক্তবরা? শম্না পাওখুম পিন্নিংই মদুদি সতীদা দোষ লৈতে অদুগা লাইদসু দোষ লৈতে; করিগুম্বা দোষ অসি লৈহনবা ভারবদি সতীদা অমদি লাইদা নত্তে ঐখোয় ঐখোয়গী অরানবা ারথলগী

দোষনি। মরম অসিনা ইন্দ্র করিনো কনানো হায়বা রাহং অসিনা খাইগী মরু ওই।

ইন্দ্র :—সর্গ—শোরারেলদা লৈবা লাইনি হায়দুনা সর্গদেব শেরারেল, লাইয়াম পূম্নমক্কী নিংথৌনি হায়দুনা দেবরাজ লাইনিংথৌ অসিনচিংবা মগুণ কয়াগী মিংথোল থোক্তিলি। পাক্কল, শক্তি বুদ্ধি লৌশিং জ্ঞান ফংনবগী মশক ওইবা হকচাংগী শরুকশিং অদু ইন্দ্রি হায়বদি হকচাং কায়াৎ হায়না খঙবৈ। মিৎ, নাকোং, নাতোল লৈ অমসুং উনশা হায়বা ইন্দ্রি মঙা অসিগী মতেংনা থরাই পানবশিংনা জগৎকী জ্ঞান পূম্নমক ফংবা ঙম্মরিব'ন। পুক্নিং হায়বা অসিমসু শকনাইদবা তরুকশুবা মরুওইবা ইন্দ্রি অমনি হায়না লৌবৈ। মখোয়গী মতেংনা জ্ঞান ফংবা ঙম্বা ইন্দ্রিশিং অদুবু জ্ঞান-ইন্দ্রি হায়বৈ। অদুগা খোঙ খুৎ চিনবান লৈ, রা অসিনচিংবা মখোয় তরুথকী মতেংনা থবক শুবা নোম্বা ঙম্মীবা ইন্দ্রিশিং অসিবুনা কর্ম্ম-ইন্দ্রি হায়বদি থবক শু-নোম্নবা হকচাং কায়াৎ কৌই। ইন্দ্রিশিং অসি হকচাং পান্নবা প্রকৃতি হায়বদি মহৌশাগী অফোংবা শক্তম নাইবা থরাই পানবশিংগী অথোইবা গুণনি। গুণশিং অসিতগী মতেংনা সংসারগী শেমগৎ শাগৎপা অমসুং মাংহনবা হায়বা অদুদা তেংবাঙশিল্লি। অমুক্তা কুপথত্তুনা য়েংলবদি তরুকশুবা জ্ঞান ইন্দ্রি পুক্নিং হায়বা অসিগী মথাদা অমুকসু জ্ঞান-ইন্দ্রি মঙা অমসুং

কর্ম্ম-ইন্দ্রি শুন্না অমসু তোপ তোপনা লৈ। খুদম ওইনা হায়র-বদা পাল্লিবা মিৎসিনা উবা ঙম্বা অচুবগী অমুকন্ন হেন্জিন্না উশিনবা ঙম্বা পুক্নিংগী মিৎ, নাকোংনা তাব্রিবা অসিদগী হেন-জিন্না তাশিনবা ঙম্বা পুক্নিংগী নাকোং. পুক্নিংগী নাতোল, পুক্নিংগী লৈ ১সুং পুক্নিংগী উনশা, পুক্নিংগী খোং, পুক্নিংগী খুৎ শুনা লৈ।

হ'য়রিবা ইন্দ্রিশিং অসি অমমমতনা মতিক মগুণ লৈরবা লাইগুম্বা ঙাক্তনি। মাগী মাগী মঙম লাকপদা মহাক মশা-মক নত্তুনা মাবু ঙম্মীনবা কনা অমত্তা লৈখিদ্রবা লাই ঙাক্তনি। অমুক্কী মতিক মপাঙ্গল কল্লুবা, লাকঙম ফাঙমত্রবা লাইগী মশক ওইবা ইন্দ্রিশিং অসিবু মনিং মথা তৌহন্দনা নিংথিনা নমথহুনা থম্বা ঙম্বা কৈদৌগুংদা ইন্দ্রিশিংগী মথা পোন্দবা অচুগুম্বা অথোইবা গুণ অচুবু ইন্দ্রদেব অমুম্না হায়বনি। হায়ব্রিবা অথোইবা গুণ লৈরবা মহাক অদো থোইদোক্না সুংঙাইবা পুম্ন-মক্কী তুংনফমনি। মরম অসিনা অচুগুম্বা মহাক অচুগী লৈফম-বুম্ন অরাৎপা লৈতবা সর্গ শোরারেলগী লৈপাক হায়না কল্লনা তৌবনি। লাইগী মশক ইন্দ্রিশিংগী মপু ওই হায়হুনা দেবরাজ লাইনিংথৌ অচুগা ইন্দ্রিবু লাকশিনবা ঙমলবদি সর্গদা লৈবা লাইশিংগী মপু ওইরে হায়হুনা সর্গদেব হায়বনি। ইন্দ্রি খুচুম চনবা ঙম্বা মাগী মফমদা ঙমখৈ লৈতবা পাঙল শক্তি থোনা পুম্নমক লৈ। মরম অসিনা ইন্দ্রিশিংনা হোইহুনা কোইপু পুবা ঙম্বা লমচৎ নাইদবা হিংচা-য়াইতম্বা হায়বা স্বভাব অচুবুম্ন

নমথবা ভগ্মী হায়বগীদমক ইন্দ্র হায়বা গুণ অসিবু হিং-চাবশিংগীসু মপূনি হায়না রারীনৈ। ইন্দ্রিশিংবু লাক-শিনবা ভমদবা খুদক্তা ইন্দ্র হায়বদো হেক্ত ওইত্রে হায়বা অসিমসু মখল মথেল কোক্লাইদা রারীনৈ।

অসুমনা ওইবা ইন্দ্র হায়বা গুণ অসিবু পামজনা খল্মোইদা চেৎনা কোনশিল্লগা মশুরোইবদগী গর্ভদান ফং-দুনা অর্জ্জুন হায়বা গুণনা লৈতেংবা অর্জ্জুন কোবা মচা পোকপা কুন্তিগী সতী হায়বা মগুণ অদুদা দোষ লৈক্তবা তশেংবনি। মথক্তা নৈনখ্রিবা ইন্দ্র হায়বা গুণ অসিনা মপুং ফানা পামফেল নৈদুনা লৈহাও চেল্লবা কুন্তিগী গর্ভ ক্ষেত্রদা হৌরকপা অর্জ্জুন কোবা পান্দোং অসিগী মহৈসু ইন্দ্র হায়বা মহৈ অসি মানবা মশানা তাবা রনি। ইন্দ্রি লাকশিনবা ভম্বা গুণ্ডগী মীচং মীথাই নাইদবা পুকচেল তিংবা হায়বা গুণ অসি মশানা পোকলকপা তাবনি। গুণ অসি লৈরবা মহাক অদুনা মী লাই পুন্নমক্তা থাই-য়োক্লবা ভম্বা শোয়দবনি। অচুবসু মভোম্তদগী থোক-লকফম থোকপনি। মরম অসিনা অর্জ্জুন হায়বা গুণ অসি মীথোই মীহেনগে তাক্লিবা মীশিংগী তঙাই ফদবা পোৎচংগী মশক ওইবা খাইদগী মরুওইবা গুণ-নি।

মচু লৈতবা অজিংবা পুক্লিংগী অতিয়াদা
তেংবানবগী মপুগী লৈকে ল লৈ।

Arjun the colourless
Arjun the straight forward.

নকুল—পাণ্ডুগী অনিশুবী লুপী সতী মাদ্রীনা মচেম কুন্তিনা তাকপি তম্বীবগী গর্ভদান লৌনবগী অথুপপা গুপ্ত-বিজ্ঞান ফংদুনা মপুক্লোইবা পাণ্ডুগী মফমদগী গর্ভদান ফংদুনা নকুল-সহদেব কৌবা মচা অনি কাইবোক পোকখি। গর্ভদান লৌবা মতমদা সতী কুন্তিনা যুধিষ্ঠীর, ভীম অর্জ্জুন ফংজনবা লাথলদা চৎখিবা ধর্ম্ম ঃঅতুগী লিকলম কায়দবা সতী মাদ্রীনসু অশ্বিনীকুমার লাই কাইবোক কায়না খঙনব। লাই অনিগী মতিক মগুণশিংবু থম্মোইদা চেৎনা থাগোম্লদুনা ওইখিবা গর্ভনি। মমম অদুনা মাদ্রীনা পোকচবা কুন্তিগী মচানি। মতাং অনিদসু অশ্বিনীকুমার করিনো কনানো খঙনিংই।

অশ্বিনীকুমার লাই ফাইবোক মচিনমনাও অনি অসি তাইবং শিনথুংনা মাগী মৈশা মঙাল য়েল্লিবা, অচৎ-চত্ত পূম্নমকী থরাই ১নুং পাঙ্গল পিরিবা অরাংবা কেরৌ নোংদোলথক্তা ঙানথোইরিবা সূর্য্যদেব দিনমণি সুমিৎ কৌবা লাই অসিগা অশ্বিনী কৌবী মশক মতৌ ফজরবী শোরা-রেলগী ভগোইশাবী শগোলগী শক্তম লৌদুনা মশক লোৎখিবী অসিগা তিম্নদুনা পোকপা মচা অনিনি। অশ্বিনী কুমার মশক মতৌ ফজৈ মশাদা করিগুম্বা অমকপা অমত্তা লৈতে, মখোয় অনিনা লাইয়েংবা ওমদবা করিগুম্বা লাইনা অমত্তা লৈতে অনিনচিংবা রারীনি। সুমিৎ থা থরানিখিচাকশিং লাইনি লাই নত্তে য়েৎনবনা ঐখোয়গী অপাম্বা কান্নবা অহু ফংবা ওমদে। মখোয় অসি করিগুম্বা

পোৎ অমনি হায়বদি ঐখোয়না য়েৎনদনা হায়বা ঙম্মী। অদুগা মখোয়গী মশেক মঙালদগী ঐখোয়না ফংলিবা কান্নবা অসিসু য়েৎনবা লৈতনা ঐখোয়না খঙই। ঐগী কান্নবা তৌবিবা মী মহাক অদুবু ঐনা লুনা তৌই মুংশি। অদুম্না ঐখোয়গী কান্নফম মুংশিফম ওইবা পোৎ অদু লাইনি হায়না থন্দোক্লুনা লুন তৌবদা ফনাগীসু অমাঙবা লৈতে। মরম অসিনা মুমিৎ খা লাইনি। লাই হায়বদি মতিক মগুণ অদুবুনি। করিগুম্বা পোৎ অমগা অতোপ্পা করিগুম্বা পোৎ অমগা তিনশিন তোৎশিন য়ানশিন্নরগা করিগুম্বা তোপতোপ্পা অছুমগুবা পোৎশক অমা ওই। পোৎশক অদুগী মমুংদা য়ানশিনগ্রবা পোৎ অনি অদুগী মতিক ময়াই য়াওরি। অদুনা মৈশা, মঙাল, অমকপা লৈতবা ফজবা, শগোলগুম লমজেন য়াংনা চেনবা গুণশিং অমসুং গুণশিং অসিগী মশেক মঙালগী মুর্ত্তি অদু অশ্বিনী-কুমার অসিনি। মথংদা নকুল, সহদেব মচিন মনাও অনি অসিনি।

নকুল হায়বগী অর্থদি শাগৈ লৈতবা হায়বনি। শাগৈ লৈতবা হায়বগী ভাব য়াম্না পাক চাওগ্রে। ঐগী ইপা ইতোন ইচিন ইনাও ইচ শাগৈনি। মীগী শাগৈ মীওইবনি। ঙাগী শাগৈ ঙানি। শাগী শাগৈ শানি। করিগুম্বা থরাই পানবা পুম্নমক অসি অহানবা মরু অমগুদগী পোকথোক য়াবখোকলগা থোক্লবদি থরাই পানবা পুম্নমক শাগৈনি।

শাগৈগী ভাব অসিনা হেন্না নকুবা, হেন্না চান্নবা, হেন্না পান্মুনবা রাখল পোকহল্লি। রাখলদস্থ অদু মণ্ডাই ঐগী কান্নবা রাখলশিং অদু ঐগী শাগৈনি। মাগী কান্নবা রাখলশিং অদুনা মাগী শাগৈনি। অস্থুম ওইবা শাগৈ অসিবু লৈতবা হায়বা অসি করিনো কনানো করম্বা পোৎনো?

রাখলনা কংলিবা শাগৈ লৈতবা পোৎ কয়ানরুম অসিগী মনুংদা খ্বাইদগী মরুওইবদি মহৈ-বিদ্যা-জ্ঞান-লৌশিং হায়বা অসিতনি। মহৈগী শাগৈ লৈতে পুন্নমকী চান্নকম্লি মুংশিনফম্লি। মহৈ বিদ্যা হায়বদি মণ্ডালগী মশক্লি। অমম্বা কোকহনবনি। অরা অনা লৈহনদবনি। রারী অসিদগী মহৈ হায়বা অসি শাগৈগী ভাবতা য়েংবা তারবদি মুমিৎকী মশু থোক্লে। অদুনা নকুল শাগৈ লৈতবা হায়বা অসে মহৈ-বিদ্যাগী শেংলবা গুণ অদুনি। গুণ অসিম্নু য়োইবু য়োইহেন তানবা মীওই অমগী চংদবা য়াদ্রবা পোৎচণ্ডনি, গুণনি।

Nokul the sacred knowledge.

সহদেব — পোকপগী মরমদা মথক্কা নৈনপ্রে। সহদেব হায়বদি "লোয়নবা লাই" হায়বা অর্থনি। ঐখোয়না শিল্লিবা লোমলিবা হোৎনরিবা পুন্নমক অসিদগী পুংতোং তোণ্ডানবা

থনবদা য়োঁহৌদবা নক্সগা থল্লুবা ঙমদবা নোংঙ্খা হায়বদি অমম্বরোমদগী তমলকপা অমা ঐখোয়না হেক হেক খেংনৈ। মচুনা তাকপদি ঐখোয় ঐখোয়গী মপুংদা করিগুম্বা কনাগুম্বা শকথঙদবা অমা লোয়নরি। ঐখোয়নদি থঙদবা মাগী মতিক ময়াই শোয়দনা লৈবা মরমনা খেম্নবা অসি লৈবনি। হায়রিবা থরাই পানবা পুম্নমক্কী মপুংদা লৈরিবা পরমাত্মাগী মশক জীবাত্মা অসিবু সহদেব হায়বা রাহৈ অসিনা লোৎনা তাকই। মহৈগী মঙালনা উগে নত্রগা ফংগে তাল্লিবা পুম্নমক অসে অমম্বনা য়োমচুনা থমলিবা মা-তবুনি। রাখল অমরোমদা অঙানবনা অমম্বু তাম্নবগুম্বনি। অনি অসিগী মন্নক্তা করিগুম্বা অহোবা অমত্তা লৈতে। অচুনা অনি অসি ফাইবোক্কুম্বনি। মরম অচুনা মঙাল হায়বা গুণগী মশক নকুল, অমম্বদা ঙাম্না লৈবা পরমাত্মাগী মশক জীবত্মা-থরাই সহদেব ফাইবোক্নি। রাম্নীদা নকুলনা লাইরিক লাইশু পাঙি তৌবা সহদেবনা মশা নানবা ইশৈ-নোংমাই সংকৃতন্দা মপূক লুপ্না মাগী মাগী মশাগী গুণশিং অচু মশক শেংনা তাকপনি। অচুনা ঐখোয় খুদিংগী মপুংদরা নত্রগা মপান্দরা নত্রগা ঐখোয় পুম্নমকপু শুপনা ফাওনরা করিগুম্বা মনিং মথা তম্বা শকনাইদবা মশক অমা লৈরিবা অসিগা ঐখোয়গা হেক কাওথোক্নবা খুদক্তা অশিবা হায়বা অচু ওইবা তাবনি।

অশেংবা জ্ঞানগী মঙালনা
ভাইবং থম্মোই ঙাৱসন্নু
মাগী মাগী থোম্বোক্লা
মাগী লোমদবা মিংলেনবু
শক শোনবা ওইসন্নু।

Sahadeva the soul-God.

যুধিষ্ঠীর ভীম অর্জ্জুন নকুল সহদেব মচিনমনাও মঙাগী হায়বদি গুণ মঙাগী মরমদা মথক্তা নৈনগ্রে। গুণ মঙা অসিগী মমিং মঙা অসিগী মূর্ত্তি মঙা অসে তোঙান তোঙান লৌগদবা নত্তে। পৃথ্বীগী মীওই খুদিংদা হায়রিবা গুণ মঙা অসি নুপী নুপা খাক্তনা লৈবা য়াবনি, লৈকম থোকপনি, লৈকম লৈবনি। অদুবু অকংবা উজাওগী মপুংদা লোৎলিবা মৈশা মৈরী পূন্নমক অদু অচাকপা শীং অমগা থেংনজ্রবদি কোংদোকলক্তে ফুকাইলক্তে। মরম অসিগীদমক্তা গীতা গঙ্গাদা চোংথবা তঙাইফদবা থবকনি। গুণ মঙাগী নৈনবা লোইশিল্লকপা অস্বাইদা লেখকনা থম্মোইশেংনা থাজবগা লোয়ননা হায়জনিংই মদুদি "যুধিষ্ঠীর ভীম অর্জ্জু নকুল সহদেব কৌবা গুণ মঙানা লৈনা ওইবা, গুণশিং অসিগী মশেক মঙাম্না লৈরিক 'ওইবা অদুগুম্বা ভাইবং থম্মোইগী লৈম্মোল অদুদা তেংবানবগী মপু মানা ঙানখোইবিগনি— মসিদগী কেম্না পাম্নকম পোকপা অতৈ করি অমুক লৈখিকম থোকপগে?

সঞ্জয়—সঞ্জয় হায়বা অসি ধৃতরাষ্ট্রগী সারথীনি। মহাক্না কৌরব অমসুং পাণ্ডব অনিগী খৎনরিবা অতু তাইশিন্নবা য়াম্না কন্না হোৎনরম্মী; অদুবু মহৈ য়ানবা ঙমখিদে। মহাক্না মহাভারত লালগী রায়ী পুম্নমক লৌদুনা মিৎ উদ্রেবা ধৃত-রাষ্ট্রদা তাহনখি হায়বা অসিনা রারীনি।

লমথুংফম খংত্রবা মীগী লমথুংফম য়োনবা লমজিংবা মহাক অদু সারথীনি। মিৎ উদ্রবা মীগী লম্বী তাকপিবা মহাক সারথীনি। খণ্ডদববু খণ্ডহনবিবা অমম্বু ঙাল-হনবীবা, লম্মুক্করবদা লমজিংবিবা মহাক অদো সারথীনি। ধৃতরাষ্ট্র পোকপদগী মমিৎ তাংলক্লবনি হায়বদি খণ্ডদবা উদবা ঐখোয় থ্বাইগী ইহুৎ-শিনবা প্রতিনিধিনি হায়না মথক্তা নৈনগ্রে। অদুগুম্বা উদবা খণ্ডদবা মহাকী সারথী হায়বদি ঐখোয় থ্বাইগী সারথীনি। ধৃতরাষ্ট্রনা হায়জবা হংজবদগী মহাভারত কৌবা থম্বালগী লৈহৌগী মশক গীতা সঞ্জয়না সারথীগী শক্তম লৌদুনা মিৎ তাংলবা ধৃতরাষ্ট্রগী মফমদা লীবনি। হায়বদি খণ্ডদবা উদবা ঐখোয়গী ইফমদা লীবনি।

থোইদোকপা মসুং হজিনবা রাফম অমনা উদবা, খণ্ডদববু তাকপিবা উহনবিবা মহাক অদো ওঝা-গুরুগী থাক্তা পুখৎতুনা ব্যবহার তৌনৈ। অদুবু করিগীদমক্তা সঞ্জয়বু থাক অতুদা পুখৎলমদবগে হায়বা অসি খন্নবা য়াই। সঞ্জয় ধৃতরাষ্ট্রগী সারথীনি হায়বদি দোলাই থৌবা মীনি

হায়বদি মনাইনি। মরম অসিনা সঞ্জয়গী তশেংবা অপাম্বদি মাগী খুৎনেকমল ক জবা অদুতা ওইকম থোকই। কৌরব পাণ্ডব হায়বদি ১০০ গা ৫ গা খৎনরকপা মতাং লাকপদা মাইকৈ অমত্তদা সঞ্জয়গী অপাম্বা লৈকম থোক্তে। মরম অসিনা মহাক মাইকৈ অনিমক্তা মীচং মিথায় নাইদবা ময়াইদা লৈবনি। অসিগুম্বা মীগী রাখল বিচার অসিনা মীচঙ মীচঙ নাইনগ্রবা মীওইশিংগী রাখল বিচারদগী তেয়্যা চুম্মী। লোয়ন লোয়ননা অচুম্বা হায়বা মশক্তো ময়েক শেংনা উবা ঙম্মী। য়াম্না তৌবা ঙম্বা শক্তিক মথৌনা লৈবা মপাঙ্গল্ কনবা অমসুং সমাজগী অরাংবা থাক্তা লৈবা মীওইশিংদত অচুম্বা অমসুং ধর্ম্ম লৈবা নত্তে সমাজগী হন্থবা থাক্তা লৈবা থৌশাবিত্রবা মীওইশিংগী মফমদস্থ অচুম্বা অমসুং ধর্ম্ম লৈ। মথোয়বু শোগৎপিরবদি মথোয়দগী খঙনিংঙাই, তানিঙঙাই অমসুং তমনিঙঙাই লৈ হায়বা অসি সঞ্জয়গী খবকশিং অসিনা শেংনা উৎলে।

মথক্কী মতৌ মওং অসিগা চপ মান্নবদা মীওইবগী খল্লোই-সুংদা শোরুবা অকবা অমসুং কত্তবা, অচুম্বা অমসুং চুমদবা মাইয়োরবা রাখল অনিগী লানকমদা চুমদবা অমসুং কত্তবগী মায়কৈদনা মশীং কয়াগী শক্তোন অমসুং শক্তম চোংথোকপা হেল্লি, পামশিনবা হেল্লি, অরাংবা থাক্তগী রাখল খন্থরকপা হোই। অদুগা অকবা অমসুং অচুম্বা মাইকৈরোমদদি শক্তোন শক্তমগী মশীং হন্থে অনেম্বদগী অরাংবদা ওনখৎতুনা রাখল খল্লি। মাইয়োরুরিবা রাখল অনি অদু ইনৎ নৎতবা মফম মরাং ইথঙ

খঙহৌদবা মাইকৈরোমদগী ফত্তবা অদু তৌরগু হায়বা
য়াথল মচা অমমমদি মতম মতমদা হেক হেক ফাওরকই।
য়াথল মচা অদু সঞ্জয়নি, সারথীনি।

Sanjoy the guide.

"ঐগীনি হায়দুনা লৈরিবা ময়াম অদুগা মাগী লৈরি-
বশিং অদুগা মাইয়োক্লবা লানকম অদুদা করি করি
তৌনরবা হায়বু হে লমজিং শাথোবা" হায়বা য়াহং অসিদা
ঐথোয়গী হংনিংবা য়াহং পুন্নমক থুপনা মক্তগা কোংনা
য়াওরে। য়াহং অসিগী পাওখুম সঞ্জয়না পীরি। মদু
গীতানি।

ব্যুহং—লাল শোক্লবা মতমদা ইশাগী মাইকৈগীনা খুদোং চানবা
অদুগা য়েক্লবগী মাইকৈরোমদনা খুদোংথীবা থোক্লনবা
শিনবা থৌশিলবু 'ব্যুহং' হায়বদি বেহু শাবা হায়নৈ।
মীওইবনা মাগী মাগী অপাম্বা নত্রগা মিহৌবা কয়া
ফংনবগীদমক্তা হকথেংননা নত্রগা নাকোইননা মসুংদা লাং
থাক্লরিবা কয়া অদুবুসু বেহু শাবা কৌই। অসিগুম্বা
বেহুশিং অসিগী মরুমদা জগৎকী মীওই অয়াম্বনা নোম্ন-
রিবনি, শুনরিবনি। বেহু হায়বা য়াহৈ অসে গীতাগী
মসুংদা দুর্যোধনগী মচিন্দগী অনিরকুং শিজিন্নখি।

দুর্যোধন—মমিৎ উত্রবা ধৃতরাষ্ট্র নিংথৌগী গন্ধারী কৌবী মহা
রাণীগী গর্ভদা পোকপা মচা ১০০ নি। খঙদবা উদব

মীওইবগী অপাক্পা য়াখলম্ব চাপ্ম চাপ্মনা খুজিং ওইবনি। থোইদোক্লা মুংঙাইবা পাখোংদি মচা ১০০ খুদিংমক্কী অয়াব্পী মমিংগী অহৌবদা "দু" হায়বা খোম্হোক অসিমদি হন্দোকপা য়াদবা মওংদা মমিং ১০০ খুদিংগী অহৌবদা য়াওরে। দুর্যোধন মচিনমনাও ১০০ গী খ্বাইগী অহম্নি। অদুনদি 'দু' হায়বা খোম্হোক অসিগী মপুংদা কবিগী অথুপ্পা ভাব অমা লোৎতুনা থমলে হায়বা অসি মশানা তাবনি।

'দু' হায়বদি মৈ চাকহনবা, তাঙ্গোই তাহনবা, মীওোন্দা অয়াবা পিবা, তিনথুং লাইথুং অয়া অনা থোকহনব', অসিনচিংবা ফত্তবা ভাবকী অর্থ ময়াম অসি পোকহল্লি। মরম অদুনা 'দু' না হৌবা মিংশিং অদুগী অর্থস্ব অফবা ভাব ওইফম থোক্তে। দুর্যোধোনগী 'দুর' হায়বা অসিগী অর্থশু ফত্তবা ভাব কোংদোকপনি। তৌরু তৌরুবা হিরম খৌদোক খুদিংগী অরুবা মতাং লাকপদা মানা মাইপাকপা ঙমদবা হায়বা ভাব অদু 'দুর' হায়বা য়াহৈ অসিনা ক্ষোংদোকই। অসিগুম্বা য়াহৈ অসিবু মীওইবা কনাগী মচা-মশুশিংগী মিং ওইনা থোম্নিংগদগে। তশেংবমক কবিনা য়েক্কে হায়না লক্ষ্য তৌরিবা ফোটো অদুগী লমচৎ শাজৎ-চরিত্র অদুবু শম্না থওনবা অর্থ ফুম্বা মিংনি দুর্যোধন হায়বা অসি। অদুনা দুর্যোধনগী অর্থ অসি নত্তবা পাথৈন ললথুম তানশিনবা হায়না লৌবা য়াই।

ধৃতরাষ্ট্রগী— মচা চাপ্মগী মপুংদা দুর্যোধন্না খ্বাইগী

অহল ওইবা হায়বদি মীওইবগী অপাম্বা ১০০/১০০ গী মপুংদা অফ কন্তুগী রাখল কাণ্ডখোক্কুনা লল-থুব খোম-জিন্নিংবা তানশিন্নিংবা হায়বা অসে ধৃতরাষ্ট্র গুম্বা ঐখোয় অয়াম্বগী ইহান হেক হানবদা পাম্ববা মশক অদু মশক শেংনা উৎথোকপনি। দুর্যোধন-নচিংবা মচিনমনাও চাম্বগী মরিংশিং অদুগী অর্থনা মিৎতা শংশংনা উংল্লিবা ফো-টোশিং অদু ঙসিসু ঐখোয় অয়াম্বনা লম্বী লম্ফাং কয়াদা তৎতনা থেংনদবা নত্তে।

Durjadhon, the ego, the first desire of all.

আচার্য্য—মমাংশৈঙেগী নিংথৌশিংনা করিগুম্বা অরুবা থবক অমা তৌগে হায়রবদি থবক অদু হকথেংনন। পাম্বৎত্রিশৈঙেগী মমাংদা অখঙবা অহৈবা মীওইশিংগা রাজাশিং অমম্ভুং তৌগ-দৌরিবা থবকশিং অদুগী অয়োনবা অমম্ভুং অফোংবা পূম্নমক লোয়না হায়দোক্কুনা কুপনা খৈম্ন অমম্ভুং নৈনৈ। অদুগুম্বা রা তাম্নবদা মতিকচাবা মহাক অদুবু আচার্য্য হায়না খঙনৈ। অদুগা মমাংশৈঙেগী মতমদদি করিগুম্বা থবক অমা তৌবা তাবদা তৌগদৌরিবা থবক অদু ধর্ম্মনা য়াবরা নত্রগা য়াদবরা হায়বা ধর্ম্মগী বিচার অসি য়াম্না কুপনা তৌনৈ। মরম অদুনা আচার্য্যগী থবক অসি অধ্যাত্মাগী হায়বদি থরাই পানবশিংগী থরাইগী মরমদা অকুপনা জ্ঞান লৈবা ওম্নবা ব্রাহ্মণশিংদা (Doctorate in spiritualism)

শিন্নদুনা থম্মী। মহাত্মা ধর্ম্মনা য়াই হায়না প্রমাণ তৌরবা থবকশিং অদুদা নিংথৌনা চিংনবা লৈতনা থুৎ থাই। আচার্য্য হায়বগী অর্থদি য়েলহৌঙৈগী জ্ঞান লৈবা অমম্বা পুক্নিংবু ঙালহনবা ঙম্বা ওঝা অদুবু আচার্য্য হায়বনি। দুর্য্যোধননা মহাভারত লাল হৌগৎনবগীদমক্তা মতম অদুগী চৎনবী মতুংইন্না আচার্য্যগী পাওতাক লৌবগী ভাবতা মখোয় মচিন-মনাও চাম্মবুসু অদুগা মঙাবুসু বিদ্যা তম্বীরকপা ওঝা দ্রোণগী মফমদা মাগী থম্মোই হাংদোকলকপনি। দ্রোণ কনানো করিনো মথাদা লৈনসি।

দ্রোণ—নোংমা ঘৃতাচী কৌবী অপ্সরা গোইশাবী অমগী মিহৌনিংঙাই ওইবা হকচাংগী কান্নাৎশিং উরুবদগী ভরদ্বাজ কৌবা মুনি অমথক অপাম-সুংশিগী মৈশা লাংখি অমসুং থংহৌদনা মাগী সুপ্তদগী মী মরু চোংথোকখি। মরু অদু ঙোরোক ঙৌবা মপাল শাৎপা মনাক্তা হৌবা পাম্বী অমদা য়াম্না চেকশিন্না থমখি। অঙৌবা মপাল শাৎপা পাম্বীবু সংস্কৃত লোন্দা দ্রোণ কৌই। রাহৈ অসিদগী লৌদুনা মরু অদুনা ওইখিবা মহাক অদুবু ভরদ্বাজগী মচা দ্রোণ হায়না খঙনগ্রে। মসিনা রারীনি। ওইথোকপা য়াবা য়াদবগী রাকম রারীদা লৈতে, ফোংদোকনিংলিবা ভাব অদু ফোংদোকপা ঙম্নবা হোৎনবতনা রারীগী পান্দমনি। অদুনা য়েংগদবসি রারী অসিগী করি ভাবনো হায়বা অদুতনি। মী মরুগী মচু ঙোরোক ঙৌই। থমকম অদুসু অঙৌবনা

মশাক্ষ শাংপা মকমদা থম্মী। দ্রোণগী অর্থন্থ অঙোবা। অদুনদি কংলিবা ভাব অসি অঙোবা হায়বা গুণ অদুগী শক্তম অমনি হায়না লৌবা ছাই।

অঙোবদা শঙবা য়াদবা মচু অঙোবা নত্তনা লৈতে। হায়-রদি অঙোবদা মচু পুম্নমক, মেক পুম্নমক্ত তিম্নরবা য়াই। গুণ অসি ওঝা ওইবা অমদা লৈরকম থোকপা গুণনি। থম্মোই মক্লব', থম্মোই শেংত্রবা নত্রগা করিগুম্বা মচু হায়বদি মীশক মীনাই মেংবগী স্বভাব গুণ লোয়নবা মহাক অদু ওঝা ওইবদা মতিক চাত্রবনি। অদুনা দ্রোণ ওঝা ওইবগী গুণশিংতনা গুংজিন্দুনা শেম্বা শক্তম অমনি। গুণশিং অদুদা চপচাবা ভক্তি থমদুনা একলৈব্যনা মশাগী থম্মোই মনুংদগী অঙকপা বিদ্যা কয়া পুথোকপা ঙমখিবনি।

দ্রোণা মচিনমনাও মঙাবুস্থ, চাম্মবুস্থ অদুগা মশামক্কী মচা-বুস্থ মীওইবগী পুন্সি লানফম কমদোনা লম্বেংনগদগে হায়বা বিষয় অসিদা চপ মান্নবা তম্বীখিবনি। কনাদস্থ মীচঙ মীথাই নাইনা তম্বীখিবগী য়াফম চঙদে। তম্বীবা পুম্নমক অমত্তা চিথ-ননা লৌশিনবা ঙম্বদি মাগী থম্মোই ইতিং তিংবা মচু লৈতবা অদুগুম্বা মহাক অদুতনা হায়বদি অর্জুনতনা ঙমজখিবগী য়ানি। ভৌরোকচৌবা থম্মোইনা মাগী ওইবা অদুগুম্বা ওঝাগা ইতিং তিংবা থম্মোইনা মাগী ওইব অদুগুম্ব ছাত্রগা থম্মোই তেংনা মুংশিনবা হায়বদি থম্মোইগা থম্মোইগা মুংদা শিন্নবা হায়রবা অসে মতম পুম্নমক্কা মশান তাক্কবা য়াফমনি। মরম অসিনা অর্জুন দ্রোণগী

থম্মোইনি, থরাইনি অদুগা। অতৈ মাগী শিষ্যশিংনা দ্রোণ মাগী হকচাংনি, হকচাং কায়াংশিংনি। মহোশা কোবী লাইরেম্বীগী (প্রকৃতি) গী মরু ওইবা পোৎশক অনিথক লৈ। মদুদি— (১) পোৎচাক (matter) (২) তিং (energy) অদুগুম্বা দ্রোণগী হকচাং পোৎচাকনি মাগী থম্মোইনা তিং (energy) গী মশকনি। মরম অসিনা অর্জ্জুন দ্রোণগীদি তিংনি হায়বদি শক্তিনি।

অদুদি করিগীদমক্তা দ্রোণনা মাগী মুংশিরবা ছাত্র অর্জুনগী মাইয়োক্তা লৈদুনা দুর্যোধনগী মাইকৈদা লেপতুনা লান্থেংনরিবনো? য়াথল অসি ওঝা ওইরগী গুণ অদুদা দোষ লৈকম থোক্তবরা?

(১) য়ুম্বানবগী লানফমদি হকচাং অসিবু য়োকখৎনবগী-দমক্তা হায়বদি হিংনবগীদমক্তা উপাই পিরিবা মহাক অদুনা মুংশিবদগীসু অমসুং থম্মোইদগীসু হেন্না মরু ওই। মাগী মচাক মরলনা নোয়রবা পান্থোম অদু মাগীদক্তা তিংবা তাই।

(২) হন্না হন্না তম্বীরকপদা খঙহনবা ওমদ্রবা পূর্ন্সি লানফম হায়বা পান্না অসি কাবা ওমদ্রিবা মচিনমনাও চান্মবু অরোইবা মতম ফাওবদা হকথেংননা তম্বীখিগে হায়বগীদমক্তা অর্জুনগী মাইয়োক্তা চান্মগী মাইকৈদা লান য়াওবনি।

(৩) অর্জ্জুন দ্রোণগী থম্মোইনি মথক্তা হায়খ্রে। থম্মোইগা হকচাংগা কনানা মরুপো কনানা পাঙ্গলবনো হায়বা অদু উৎকে

হায়বগীদমক্তা মশামকী থম্মোই অর্জ্জুনগী মাইয়োক্তা চান্মগী মাইকৈদা দ্রোণনা লাল য়াওবনি। হায়বদি থম্মোইগী মগুম্না হেল্লি উৎনবগীদমক্তনি।

(৪) ওঝা ওইবগী মতিক চাবা গুণ লৈরবা মহাক অদুগী মকমদা তেংবানবা মপুনা করম্না পেনখিবগে হায়বা অদু উৎনবগীদমক্তা দ্রোয়া চান্মগী মায়কৈদা লাল য়াওবনি।

(৫) ওঝা ওইবগী মতিক চাবা গুণ লোয়নরবা ওঝা অদুগী থুপকমদি থোইদোকনা অশেংবা মকমদা ওই হায়বা ভাব অসি উৎকে হায়বগীদমক্তা কখিনা দ্রোণবু চান্মগী মায়কৈদা য়াওহল্লি। হায়বদি দ্রোণবু থাংনা মকক কক্কুনা হাৎখিবা ধৃষ্টদ্যুম্ন হায়বা মুপা অদু মীওইবগী মোৎলবা পোক্লকমদগী পোকপা নত্তে শেংলব যজ্ঞ মকমদগী চোংথোরকপনি হায়বা য়ারী লৈরি।

পূম্নমক অসিনা য়াখল তৌরুরগা দ্রোণগী শক্তম অসি ওঝা অমা ওইবগী চপ চাবা মগুণ লৈরবা মীওই অমগী শক্তমনি। অদুগা মহাভারত হায়বা লাল অসিদ থেংনরিবা মাইকৈ অনিমকী বিদ্যাশিং অদুগী অয়াবা অমম্নুং মপুং ওইবদি দ্রোণ মথন্তগী বিদ্যানি হায়বা য়াই য়রমদি মাইকৈ অনিমক্তা মাগী ছাত্রশিংনা মপুং ওই ঐথোয়না দ্রোণ হায়বা অসিবু মিৎয়েং অসিদা য়েংবা তাই

Dron the ideal teacher.

ভীষ্ম—ভীষ্ম হায়বদি অঙকপা অকিবগী মশক হায়বনি। শান্তনুগা গঙ্গাগা তিনদুনা পোকপা নিপাল শুবা মচানি। মথক্তা পোকখিবা ময়াম্বা তরেৎ অদুদি পোকপগা লৈখিদবা মরমনা শান্ত নিংথৌগী হেক মথংদা সিংহাসন কাদুনা নিংথৌ খুবম শিনফম থোকপা অমত্তা ঙাইরবা মচানি। অদুবু মপা শান্তনুনা সত্যবতী কৌবী চুম নিংঙোল লৈশাবী অমগী মফমদা অপাম মুংশিগী থোইদাফম ওইরে। অদুবু সত্যবতীগী মমা মপানদি করিগুম্বা সত্যবতীদা শান্তনুগী মচা মুপা পোকপা থোক্লবস্থু ভীষ্ম লৈবা মরমনা নিংথৌ ওইব য়াবগী আশা লৈতে হায়না চিংনব উবদগী মপা নিঙলবা মচা অথোইবা ভীষ্মনা কদৌঙৈদা রাজগদ্দিগী মপু ওইরোই; অদুগা করিগুম্বা মচা পোকতুনা হৌংং তুংদা নিংথৌ খুভম মুল্লগনি হায়বগী অকিবস্থু লৈতনবগী-দমক্তা পুন্সিচুপ্পা মুথানবা হায়বা মশক্তু ওইরোই। ব্রম্মা-চার্য্য ওইনা পুন্সিচুপ্পা লেনগনি হায়না লৈবাক থুাইগী মমাংদা অঙকপা অকিবনা থল্লবা রাশক অসি লৌখি। মতম অদুদগী মাবু 'ভীষ্ম' হায়বদি অঙকপা অকিবা শক্তম হায়না অদুম খঙনখ্রে।

মরম অদুগা সত্যবতীনা পোকচবা মচাশিংনা মথং মথং নিংথৌ ওইখি অমস্থুং মমুং মতম চাদনা থাঙগু খক্তা পুন্সি লোমখি। অদুগা ভীষ্মদি অচম্বা প্রেজা অমা ওইনা অদুম লৈখি। মহাভারত হায়না খঙনবা অধ্যাত্মা জ্ঞান

পোরবগী মশক লাক্লাও অসি সত্যবতীগী মশু অনিগী মচাশিংগী মরক্তা খোক্লরকপা লাললি। লাল অসিদা ভীষ্মসু শিশক শিকলিষ্ঠেদগী মনমগন্দা পোত্লুনা মুংশিনা য়োকলকলবা মশু মঙাগী মাইয়োক্তা মশু চাম্মগী মাইকৈদা লাল অদু য়াওখি। মপুম্ফিচুম্না ব্রহ্মচার্য্য ওইবা মরমনা অঙকপা অকিবা ফংনা মপাঙ্গল কল্লবা, মরীল লৈরবা রাশক চেৎলবা হায়খিবা রা হোংবা লৈতবা মী লাই পূম্নমক্না কিদবা ঙমত্রবা মশাগী শিববু মশানা মনিং তৌবা ঙমলবা খোইদোক্লবা ভীষ্ম মশু অর্জ্জুনগী মখুত্তা মথান্ত মাঙখি। মসি রারীনি।

শান্তনু হায়বা মী নিংথৌ অমগা গঙ্গা হায়বদি অরাংবা মফমদগী অনেম্বা মাইকৈদত্তা চেম্ববতনা মথৌ ওইবা মহী লাংবা ঈশিংগা অপাম মুংশি ঈথৌ লাংনদুনা তিম্নরগা মী পোকই কনানা য়ানিংগনি। শান্তনু মী নিংথৌনি। নিংথৌগী মথৌদি প্রজা পূম্নমকপু অচৌংমচা লায়রংইনাক খুনবা খায়দনা চপ মান্নবা থম্নবা হোৎনবা অমসুং লৈবাক মরা তপনা থম্নবা রাজলগী ঈচেল মতম লৈবা খিবিক্তা চেলহনবা অসিনি। গঙ্গা ঈশিংগী মথৌদি অরাংবদগী অনেম্বদা চেম্বত্নুনা লৈতেম মান্নবা ঈপাক ওইহন্নবা কোৎনবা অসিনি। মগুণ অনি অসিনা শুংজিম্নরগা মশাগী নিয়ম ঙাকপদা অঙকপা অকিবগী মশক খোনা লৈববু থঙনগনি। মত্র ভীষ্মনি। অম্বুক্তী মতিক নিয়ম নিত্তি কনবা গুণ অসিদগীসু থম্মোই তিংবা মচু লৈতবা কায়বা গুণ অদুনা হেল্লি হায়বা অসি অর্জ্জুনগী মখুত্তা ভীষ্মগী পূন্সি

লোমখিবা অসিনা য়াম্না ফজনা উৎলে। অদুনা থম্মোই খোয়রবা নত্রগা সজ্জ ফত্রবা অদু ওইরবদি নিয়ম নিতি ফনা কম্না ঙাক্তুনম্নু ঝায়দে হায়বা অসিদা কনাম্নু য়েৎলিংগনি নিংদে। ভীষ্মগী পুন্সি য়ারীনা ফজনা তাকলে।

"Bhishma the wonderfull good character used for the wicked side".

কর্ণ - কর্ণগী অর্থ নাকোং হায়বনি। ইন্দ্রি মঙাগী মমু'দা তানব ইন্দ্রি অসিবু নাকোং কর্ণ কৌই। কুন্তিনা লৈশারীদৈঙদা মুনিগী বর অমথক চাংয়েং তৌরুবদগী অওইবমক ওইনা নোংদোলথক্তা থোকলিবা সুমিৎ অসিনা লাক্তুনা মথোয় অনি তিন্নবদগী খুদক্তা অঙাং অমা ওইখি; অঙাং অদু নাকোংদগী পোকখোকখি। লৈশাবী কুন্তিনা ইকাইবদগী অঙাং অদু তুরেলদা থাদখি। ধৃতরাষ্ট্রগী দোলাই থোবা অধিরথ কৌবা মুপা অমনা হুন্দোক্লবা অঙাং অদু খুন-গৎতুনা মাগী মুপী রাধাদা পিদুনা থোইদোক্না সুংশিনা য়োকখি। চাওরক্লবা মতমদা দুর্যোধননা অঙ্গদেশকী নিংথৌ ওইহনখি। মমৈথংদা মতিক মথৌনা মরিংজেল লৈবা শা-লালগী থবক্তা থোইদোক্না হৈ-শিংবা মীশক অমা ওইখি। মমিং কর্ণ হায়না খঙনখি। দান তৌবদা মাগুম্বা লৈতে। কর্ণগী দান হায়না শিংথানৈ। মহা-ভারত লালদা দুর্যোধনগী মাইকৈদা মঙাগী মাইয়োক্তা

লাল য়াওখি। ভীষ্ম, দ্রোণ তুরবা মতুংদা সেনাপতি ওইদুনা লুমিৎ হুমনি অকনবা লাল থেংনখি। অর্জুনগী মখুত্তা মথাই থাখি। মসি কর্ণগী অশম্বা য়ারীনি।

মতাং অসিদা ঐথোয়না থোইদোক্লা ঙক্লরিবদি আকাশতা থোকলিবা লুমিৎ হায়বা পোৎশক অসিগা মীওইবগী মপোক্লা পোকপা লৈশাবী মচা অমগা কমদৌনা তিন্নখিবা, অদুগা কমদৌনা নাকোংদগী মী পোক্লুনা মখিং কর্ণ ( নাকোং ) হায়না উহৌবা খঙহৌবা কনানা থোনখিবা অসিনচিংবা থম্মোইলুংগী য়াহং কয়া লৈ। অদুগা অমুকস্তু ওইথোকত্রবা থৌথোক অসিবু থোক্লবদা কমদৌনা লোৎশিনবা য়াগ্রিবা অমসুং মমৈথংদা লুংশিজরবা মচাশিংগী য়েক্লবা ওইগ্রিবা অসিনচিংবা হায়নিঙবা য়া কয়া লৈ। মসি অস্তুম্না খল্লি মদুদি :—

মীওইবনা ফংগে হায়না থোইদোক্লা থক্লবদি নস্তন করিগুম্বা থোইদোকপা পোৎ অমা মতা চারুদুনা ফংবদা পোৎ অদুগী মগুণ অদু অহানবমক্তদা চাংয়েং তৌনিংই। করিন হায়ববু চাংয়েং তৌদুনা অশেংবা মগুণ থঙলবা পোৎ থাজবগী থোইদোকপা য়াখল থম্বা ঙম্মী। থাজবদগী কান্নবগী চাংশু হৈনগৎলি। অদুবু থাজফম থোক্লবদা থাজদদুনা শিজিন্নফমদি থলহৌদনা অরেম্বদা চাংয়েং তৌরুবগী অমাঙবস্তু লৈতবা নস্তে।

কুন্তিগী থম্মোই শেংনা অমসুং তিংনা তৌবা সেবাদা পেনবিরদুনা মানা নিজরুবা পামজরুবা লৈতনা পিবিয়খ্বা দুর্ব্বাশা

কৌবা মুনিগী বরদান—কনাগুম্বা অমগী মত্তিক মণ্ডল ময়াই অদু পাম্লবদি চিংশিন্দুনা মপাঞ্জল ওইনা শিজিন্নবা য়াবগী মন্ত্র হায়বদি অকুপ্পা মরোল অমা মুপী ওইবীশিংগীদি শুকবা মচা পোকপনা মপাঞ্জলনি অথোইবনি, হয়েং তুংদা অদুগুম্বা অকবা অথোইবা মচা পোকনিংলকপা মতমদা কান্নজবা য়ানবা থন্দুনা নিজরুবা লৈতনা পিবিরম্বনি। চাং য়েংনিংবা রাথলগী মথা পোন্দুনা মথ তাবা রাথল লৈত্রিরৈঙেদা থুদক্কা হেক্তা মন্ত্রগী চাংয়েং তৌরুবনি। মসিনা মুপী ওইবীশিংগী অথেনবা রাথলবু তাকই। মালেম শীনবা থুংনা ঙাম্লিবা মুমিৎকী শক্তিবু বরগা লোয়ননা ফংখিবা শোয়বা লৈত্রবা মন্ত্রগী শক্তি চাংয়েং তৌরু-বদগী কুন্তিগী মশক অসি মুমিৎকুম মঙাল নাইখি। মশক্তা মুমিৎকুম মঙাল লৈরে হায়বা অসি কুন্তি মশানা খঙজবা নত্তে। মীগী মচিন্দগী মনাকোংনা তারগা ঐ অসে অদুম ওইরবোইয়ে হায়বা রাথল অসি পোকখিবনি। রাথল অদু মনাকোংনা তাবদগী পোকই হায়দুনা কর্ণ নাকোং কৌখিবনি। কুন্তিগুম্বী মথোং কারকপী লৈশাবী মচা অমগী মফমদা মশক মতৌ ফজবদা মুমিৎকুম মঙাল নাইরকপদগী মচা মমৌ ওই-নিংবা কয়ানা থাক্লরকপা লাং কয়া কয়া লাম্থোক্লবা হোৎনবগী অরাবা দশা কয়া থেংনরবদা মশাগী রাথল শক্তি অদু লোৎ-শিন্দুনা মতম কৌবী তুরেলদা থাদদুনা থমখিবনি। রায়ীদনা লৈশাবী কুন্তিগী মচা কর্ণ তুরেলদা থাদখি হায়জবতনি।

অপাম্বা অমগী মথাদা সেবা তৌবদগীদি মহৈ পাম্বা থাদোক্তুনা

সেবাদা পেঞ্জহনা সেবা তৌবনা হেন্না ফবা মহৈ কংবা গুম্মী হায়বা ৱাখল অসি মতাং অসিদসু পোকপা য়াই। করিগুম্বা অপাম্বা অমগী মথা পোনবা নত্তবা, নোমজনল পাম্বগী ৱাখল শুকয়াও য়াওদনা ইতিং তিংনা থম্মোই শেংনা হৌনবী সেবা অদুত তৌজরুবদগী পেনবিদুনা নিরুবা লৈতনা পিবিরকপা ডুবর্বাশাগী লোম্বা লৈতবা বরদানগী অহানবা মহৈগী মশক কর্ণ মশানা অশেংবা দান তৌবা গুম্বগী শক্তম দাতা ওইফম থোকপনি। সুমিৎনা জগৎ শিনবা থুংনা মঙাল দান তৌরিবা অসিনি। মরম অসিনা দান তৌবদা কর্ণ হায়না শিংথানবনি। অমুক লমন শিংলকপগী আশা তৌরুদনা অমসুং পুরিংগী চিংনবসু থমদনা মফম মতম চানা তৌবা দানবু অশেংবা দান কৌই।

ইতিং তিংবা ইচম চম্বা স্বভাবতগী পোকপা ৱাখলগী য়েরুবা লৈতে। কর্ণ অচুগুম্বা মথলগী পোথোকনি। মরম অসিগীদমক্তা থুৎশু-থুৎলাই চংদবা ফুরিংকা লোয়ননা কর্ণ পোকই হায়না ৱারীদা ইজবনি। থুৎশু থুৎলাই চংদবা হায়বগী অর্থদি য়েরুবা লৈতবা হায়বনি।

ফজনা শাৎলিবা লৈ করিগুম্বা সেবা অমগীদমক্তা হেক-তোকপা দোষ লৈতে। ফজনা হৌরিবা মনা-মশীং উহৈ-ৱাহৈ করিগুম্বা সেবাদা শিজিন্নবগীদমক্তা হেক্তোকপা দোষ লৈতে। অদুবু করিসু কান্নদবা, হুন্দোক্লবগীদমক্তা হেক্তোক্লবদি মশামক্তী শক্তিফাওবা ময়েং তাবা য়াবগী দোষ লৈ। অসিগুম্বা ফীভমদা

কুন্তিনা শিজিন্নকমগী য়াথল লৈহৌদনা অরেম্বদা ছন্দোক্রবগী-দমক্তা মুনিগী বরদান অদুগী অহানবা মপান অদু হেক্তোকখি। মদুগী মহৈনা মমৈথংদা চাম্মগা মঙাগগী লানকমদা কুন্তিগী শক্তিগী মশক মঙাগী শুমিৎ ছমনিগী পান্দল ময়েং তাখিবনি।

সুপীমচা ওইবীশিংগী নহা ওইরিঙৈগী তুররিংবা য়াথলশিং অসিগী কয়ামরুমনা অফবা নাকলদা ওইগ্রবসু কয়ামরুম অমদি হয়েং তুংদা মশামকী অমদি মচাশিংগী য়েক্রবা ওইরকই হায়বা অসি য়াথলনা লাম্বা ফংলবনি। বাফম অদুমকনি কর্ণনা মনাও মঙাগী মাইয়োক্তা লাম্বাখিবগী য়ারীসে।

তেংবানবগী করিগুম্বা অমত্তা অরেম্বদা মাঙবা ওইদসনু।

Karna the news.

শেংদোকপা অমা:—মন্ত্র করিনো? "মননাৎ ত্রায়তে ইতি মন্ত্র" মনন তৌবা হায়বদি য়াম্না থিজিন ছমজিন্দুনা নিংথিনা শংদোকলবদি থঙদবা উদবদগী তাগদবা অরাবা কোঙ্গাইদগী কনবা ওস্মী হায়বগীদমক্তা য়াম্না কুপনা খন্ন নৈনদুনা খঙদোক-পবু 'মন্ত্র' হায়বনি। অথুপ্পা অশেংবা মশক থঙলবা মহাক অদু মন্ত্র হৈবনি। মন্ত্রনা অশেংবা লৈবাকপু অশেংবা সনা ওল-হনবা য়াবা হৌনদে।

সিংহনাদং—নোংশাগী লাল্লাও লাওবা হায়বনি। করিগুম্বা শা-
লাল অমা হৌরমদাইদা নোংশাগী লল্লাও লাওবা হায়বা
অসি থাইনদগী চৎনরকপা থর্ম্মগা য়াম্না মরি লৈনবা তৌকম
থোকপা অমনি হায়বা অসি মথাদা উৎলি।

করিগুম্বা অঙকপা নত্রগা অকিবগী মশক ওইবা
থবক অমা পাংথোকলমদাইদা তৌগদৌরিবা থবক অক্তুগী
মরম তাকপা অহৌবা থোক্কেল অমা লাওথোকপা অসিনা
তৌগদৌরিবা থবক অদু করিনো হায়বা ফোংদোকই।
মসিনা তৌগদৌরিবা থবক অদু লোম্না থুপ্না তৌগদবা
নত্তে ফোংনা তৌগদৌরিবনি হায়বা থৌনা লৈবগী ভাবস্ু
ফোংদোকই।

অদুনা চথগদৌরিবা থবক অদু ফোংনা লাওথোক্ল-
বনিনা থবক অদুদা য়াওফম থোকপা নত্রগা থবক অদু
য়াওগে হায়না অতম্না লাল্লবশিং অদুবুস্ু মখিৎ মনা
শিংহল্লি। অমরোমদনা থবক অদুদা য়াওজনিংদবশিং
অদুগী মশা মশাবু থৈদোকচদুনা থোকলকপা য়াবা থুদোং
থীবশিংদগীস্ু কঙ্গনবগী লম্বী পী। মতৌ অসুম্না অম্বাম্বা
মীশিংগীস্ু অদুগা পান্নদবা মীশিংগীস্ু মশা মশাগী ওইবা
শেম শাজনবগী থুদোংচাবা পিবিরবা মতুংদা নোংশাগী
লাল্লাও লাওরিবা মহাক অদুনা মাগী থবক অদু মথ
চথবদা করিগুম্বা দোষ অমত্তা লৈফন থোক্তবনি। শাফঃ
লান্নফমনি হায়দুনস্ু মাইয়োল্লগে থঙ্গত্রবা মমাই লৈদুং

চৎথ্রবা মীবু হাৎপা হৌনদে হায়বা ভাব অসি লাল শোক্ল-রমদাইদা নোংশাগী লাল্লাও লাওবা অসিনা তাকই। লাল্লাও অসি লাওরমত্রবদি তাদবা খঙদবা হায়বা অসিস্থ অতূপ্পা জীবগুম্বনি। তুমলিবা মীবু নক্রগা হিরম থোদোক অদুগী মরমদা করিস্থ খঙজত্রিবা মীবু হাৎপা হায়বা অসি য়াম্না তৌহৈদবা লিচৎ অমনি। অতোপ্পা রাকম অমনা মী অদুনা ঙাংথোক শক্তোকলকপা নক্রগা লাওথোরকপদগী মী অদুগী তৌবা ওম্বা মতিক মগুণগী চাং খরস্থ খঙনবা ওম্মী। মদুনা মওোন্দগী হন্থবা মীওইশিংগী থম্মোইদা অথুকপা অমা পোকহল্লি।

অসিগুম্বা চৎনবী অমস্থ লৈ মন্তুদি হয়েং অসি চীঙগী নক্রগা লঙ্কাংগী অকংবা মতু মরাম লাংমৈ থাগে হায়রবদি ঙসি অসি থাগদৌরিবা মকম অদোমদা "হয়েংদি লাংমৈ থাবা তারে অদুনা মকম অসিদা লৈরিবা থরাইপানবা পুম্নমক নংগী নংগী নথরাই হিংনবা থাপনা চথোকচহৌরো, তাদবা তাহৌরো, খঙদবা খঙহৌরো" অস্থম্না অনিরক অহুমলক্তুং লাওথোক্লগা মথংগী সুমিত্তা লাংমৈ থারবদি দোষ লৈত্রে হায়বা য়াম্না কজ-থ্রবা ধর্ম্মগী লিচৎ অসি মণিপুরদস্থ নিংশিংব ঙমদরা মতমদগী চৎনরকই। ধর্ম্মগী রাথল লৈরকবা হায়বদি জীবশিংগী হৌন-লিচৎ ঙাক্লরকবা, অমগী অরা অনাদা অমনা থোশা রাশাবি-দবা, মশা মশাতগী মতম মতমগী ওইবা অপেনবা অদুতদা মাই ওনশিন্নরকপগী মহৈনা থরাই পানবা মশেল অমগা অমগা সুংশিনরকবনা সর্গগুম শেম্বা য়াবা পৃথী অসে জীবনা লৈবদা

মত্তিক চাদবা মোরক্কুম নোংম নোংমগী ওইরকপা তাবনি। মশানা শিজনিংম্রিবা জীববু, শিননবা শিনবগী মহুত্তা মতমচানা লাওথোক্কুনা মথাই কঞ্জনবগী তাঞ্জা পিবা জীবশিংগী থোইদোক্লা মরু ওইবা ধর্ম্ম ওইকম থোকই। মরম অসিনা মতম মতম অতুদা নোংশাগী লাল্লাও "সিংহনাদ" দরকাররনি।

অতোপ্পা মাইকৈ অমরোমদসু অমুক থনবা য়াই। নোংশাগী লাল্লাও হায়বা অসিন্না লাওরিবা মী মহাক অতুগী অমসুং মাগী মাইকৈদা লৈরিবা মীশিংগী চোইথোক্লমলবা রাথল পুম্নমক নিংলিবা থবক অদোমদা চপ চানা হোইজিনবা ঙম্মী। অসিদসু মতুনা মাগী মাগী মাইকৈদা লৈনরিবা লেপ্পরিবা পুম্নমকশিং অতুগী অপুনব থোনা হাপ্পী। পুক্নিং লিচিং অমত্তদা চিংবা ঙম্মী। মরম অসিনা সিংহনাদ লাওবা হায়বা অসে ধর্ম্মগা মরি লৈনবা লিচৎনি অমসুং থবক নিংথিনা পাঙথোক্লবগী উপাই অমনি। অরুম্বা পোৎ থাংবা নত্রগা চিংবা মতমদসু স্বভাব অসি লোয়নরবদি থবক পাঙবা হেল্লি হায়তুনা হো হায়মো হায়বনচিংবা মওং কয়াদা লাওনরি।

মরম অসি লৈবনা মহ রাজ দুর্যোধনগী অপাম্বা মতু'ইন্না অকিবগী মশক ওইবা মহাভারত হায়না কৌবা লাঞ্জাও হোৗগৎলমদাইদা দোষ লৈতনবগীদক্তা অমসুং মাগী খোংমী লানমী পুম্নমক পুক্নিং লিচিং অমত্তা ওইনা লেপ্তুনা লৈনবগীদমক্তা থাইদগী অহল ওইরব শা-লালগী হৌনবী ধর্ম্মগী নিতি কুপনা থঙলবা ভীষ্মনা অহানবমক্তুদা সিংহনাদ লাওথিবনি।

অসিগুম্বা সিংহনাদ অসি মীওইবা পুম্নমকী থম্মোইনুংগী মহাভারত কৌবা লালদা মতম মতম অদুদা ল্যাওনবা ঙাক্কনি।

Singhanada the concentration of will-force.

শঙ্খং—মোইবুং, দধ্মৌ—থোংখি। করিগীদমক্তা মোইবুং থোংলিবা; করি ভাব থঙহনগে হায়দুনা লাই থরগী শক্তমদা মথুক্তা মোইবুং পায়হল্লিবা; ধর্ম্ম কর্ম্ম যজ্ঞনচিংবা তৌবদা করিগীদমক্তা মোইবুং থোংলিবা; অদুগা হিন্দুনা লাইগী পূজা তৌবা মতমদা করিগীদমক্তা মোইবুংদা ঈশিং হাপ্লিবা অমসুং ঈশিং অদু মরামদা করিগীদমক্তা চাইরিবা অসিনচিংবা মসুং হজিনবা খঙনিংবা য়াম্না লৈ।

মোইবুং ঈশিং ঈপাক অচৌবদা লৈবা থুরাই পানবা পোৎশক অমনি। অচৌবা মচা খায়দনা মোইবুং পুম্নমকী মচু ঙৌরোক ঙৌই। মচু ঙৌবা হায়বদি শংনিংবা মচু শংবা য়াবা মচু লৈত্রিবা হায়বা ভাব লৈ। অদুনা করিগুম্বা ময়েক মচু অমত্তদা পকশিন্দুনা লৈতবা থুদিংমক্তা তিন্নবা য়াবা অইংবা ঈশিং ঈপাক্কী মশক শান্তি পাম্বা হায়বা ভাব অসি মোইবুংদগী ঐখোয়না তম্বা য়াই।

করিগুম্বা অরা অনা থুদোংথিবনচিংবা থেংনবা তারবদা মপানথোকনা ফাদোক্না লৈরম্বা ইন্দ্রি পুম্নমকপু মশা মথন্তগী মসুংদা চিংশিন্দুনা মথাই থাব ফাওবা খাঙবা ঙম্বা

অদুগুম্বা থোইদোক্লা মরু ওইবা গুণ অদু মোইবুংদা লৈ। য়াম্না চেকশিনকম থোকলবা মতমদা ইন্দ্রিশিংবু লাকশিন্দুনা থম্বা ওম্বা হায়বা অসি লাই-ওইবগী গুণ অমনি। গুণ অসি য়াৎপনা মরক মরক্তা পৃথ্বীগী শান্তিদা অকায়বা থোকই হায়বা অসি থোইদোকনা হায়মনবা থোকলোই। মরম অসিনা ইন্দ্রি লাক-শিনবা ওম্বা হায়বা গুণ অসি পূন্সি লানফম কয়াদা মঙ্গল ওইনবগী মরু ওইবা মরমনি। মরম অসিনা মোইবুং হায়বা পোৎ অসি মঙ্গলগী পোৎশক অমনি।

থরাই য়াওব্রবা মোইবুংগী মরিল তেংনা হোত্রোং হোরবা মখুল অদুদা অনেম্বা, অবাংবা, অপিকপ, অচৌবা মখোল কয়া থোকহনবা য়াই। থোকলিবা মখোলশিং অদু অতিংবা মখোল ওাক্তনি। অতিংবা য়াথল, অতিংবা য়াঙাং অতিংবা খোম্থোক অতিংবা থম্মোই মঙ্গলগী মচাক ওাক্তনি। মরম অসোমদসু মোইবুং মঙ্গলগী পোৎশক অমনি। মঙ্গলদগী তেংবানবা শেম্বনি। অমঙ্গলদগী তেংবানবসু মাওথহনবনি। মরম অসিনা মঙ্গলগী অহানবা থোরককম ওইবা মহাকী শক্তম অমা য়েকশদা অহান-বমক্তদা থুৎতা মোইবুং পায়হনবা তাবনি। অসিগুম্না মঙ্গলগী মশক ওইবা পাত্র অসিদগী থোকলকপা পোৎ থুদিংমক মঙ্গলগী মশক ওাক্তনি হায়বা ভাব অসিদা ঈশ্বরগী আরতিগী মতুংদা শঙ্খজল মোইবুংদগী ঈশিং মরিক অমতংতবু ওইরবসু হকচাং অসিদা চোংহনবদি মঙ্গলনি খন্দুনা সাধু বৈষ্ণবশিংনা তাম্নবনি।

মোইবুং পায়রিবা মহাক অদুগী পূক্লিং মতুংইন্না মোইবুংগী

তি'লবা মখোল অসি চাওথোকহনবা নজ্রগা শিকশ্লিলহনবা ওম্মী। মখোলনা অমুক চাওথোক্রপা অমুক শিকশিনবা অনি অসিতনা ওমখৈ ওইদুনা মথল মথা য়ামগ্রবা তেংবানবগী থরাই পানবশিংগী অনিগুবা ফোংদোক্লবনি। মরম অসিনা মোইবুংগী খোন্থোক অসিমক খোন্থোক্কী অহানবা মপীনি হায়বা য়াই। মসিবু "অ" "ওম" "হু" হায়বা খোন্থোকনি হায়না মানা মানা পামজবা মতুংইন্না লৌশিনবা য়াই। য়াখল অংরোমদা 'অ' 'ওম' 'হু" হায়বা খোন্থোকশিং অসি খোজেল থোকহল্লিবা স্বরগী ইহান হানবা হৌরককমনি, হেক মথংদা স্বর অদু শন্নবা মপূ অমা লৈ হায়বা অসিমস্থু মোইবুংগী মখোল হেক তাবদা নিংশিংহল্লি।

মরম অসিনা মঙ্গলগী মশক ওইবা পোৎশক অসিদগী থোকহল্লিবা স্বর মপুগী অতিংবা খোন্থোক অদুনা মঙ্গল পান্না অতিংবা থম্মোইশিংবু চিংশিনগনি অদুগা মঙ্গল পামদবা অখোয়বা থম্মোইশিংবু তাখিনা তানথোকখিগনি হায়বা ভাব অসিদা মঙ্গলগী মশক ওইবা করিগুম্বা থবক থৌরম কয়াগী অহোবদা ময়ায়দা অরোইবদা মতাং মতাং কয়াদা মোইবুং খোংদুনা মঙ্গল পামদবা তিনমু'লাইমু লাইমাং-তিনমাং, ভুত-প্রেৎ, তম্নলাইন-চিংবশিংবু তানথোক্লগা মঙ্গল পাম্বা লাইশিংবু চিংশিন্দুনা মানা মানা ওমজবা সেবা ঈরাৎ-থৌরমশিংগী থবক পাংথোক্লবনি।

মরম অসিদগী অঙকপা অকিবা থবক তৌবা ওম্বা ভীষ্মনা মীওইবগী পুক্নিং লৌদুনা দুর্য্যোধনগী উপাল থানবগীদমক্তা শোক্লগে

হোৎনরিবা লালকমদা অমজলনা থাপনা চেনখিনবগী দমক্তা মজলতনা ঈচেল ওইনা চেস্থররুবগীদমক্তা মহাভারত হায়না কৌবা লাল হৌরমদাইদা ভীষ্মনা মোইবুং খোঙখিবনি।

"শ্বেতৈঃ হয়ৈঃ যুক্তে মহতি স্যন্দনে স্থিতৌ মাধবঃ পাণ্ডবশ্চৈব"

শ্বেতৈ :—ঙৌরোক ঙৌবা, করিগুম্বা মচু অমত্তা শঙত্রিবা, শঙনিঙবা মচু পূম্নমক শঙবা য়াবগী ফিভমদা লৈরিবা, কনাগীসু মখা পোন্দ্রিবা তরু তরুবা পুক্লিং অদুদা করিগুম্বা অমকপা অমত্তা লৈত্রিবা, ইচম চম্বা ইভিং তিংবা ভাবপু শ্বৈতে ( ঙৌরোক ঙৌবা ) হায়বা অসিনা খঙনগনি।

হয়ৈঃ—শগোলশিং হায়বদি লমজেল চেৎবতনা মথোদাং ওইবা শগোলগী মশক পুক্লিংবু খঙনগনি। মরমদি মীওইবগী পুক্লিং হায়বা অসি শগোলগী মতৌগুম কোইচেল চেল্লি। খুজি পায়রিবা মীনা চৎহনলিংবা মাইকৈদা শগোলবু চৎহনবা য়াবগুম পুক্লিংগী খুজি শিন্নরিবা মহাক অদুনসু হোইনিংবা মকমদা পুক্লিংবু হোইদুনা পুবা ঙম্মী। মরম অসিনা পুক্লিংগা শগোলগা অনি অসি মচৎ মান্নে হায়বগীদমক্তা পুক্লিংবুসু শগোলশিং ( হয়ৈঃ ) হায়বনি।

হৌজিক শ্বেতৈঃ হয়ৈং হায়বদি ঙৌরোক ঙৌবা শগোলশিং হায়বা য়াহৈ অনি অসিগী ভাবার্থদি মীচং-

শংগন নাইদবা ঐগী-মীগী খায়দবা ইভিং তিংবা ইচম-চম্বা তরু তরুবা পুক্লিংবু খঙনগনি।

মহতি স্যন্দনে—অচৌবা দোলাই হায়বদি মীওইবগী হকচাং অসিবু খঙনগনি। দোলাইদা খুজু-খুৎলাই মতিকচানা হাপ্‌লগা শাফম-লানফমদা লাম্মে'নবা চৎনৈ। অদুগুম্না মীওইবগী হিংলিবা হকচাং অসিগী মনুংদা জগৎকী পোৎ পুন্নমক য়াওরবনি। মসিদগী পুন্নমক থোকহনবা য়াই, লোথোকপা য়'ই। অদুনা পুন্সি লানফমগী অচঙবা পুন্নমক থোকহনবা য়াবা দোলাইগী মশক মীওইবগী হকচাংনি। মরম অসিনা পাখোং অমগী মনুংদা পাখোঙ কয়া য়াওবা গীতাগী অহানবা শরুকমক্তুদা মীওইবগী হকচাং অসিবু "মহতি স্যন্দনে" "অচৌবা দোলাই" অমুম্না কোংদোকই।

স্থিতৌ—অনিথক লৈ। ইভি' তিংবা তরু তরুবা করিগুম্বা মচু অমত্তা শংত্রিবা ঙৌরোক ঙৌবা শগোলগী মশক পুক্লিংনা মাগী ওইবা অদুগুম্বা হকচাং পুবা মী মহাক অদুগী মনুংদা অনিথক লৈ। মখোয় অনি অদু কনানো?

(১) মাধব—'মা' হায়বদি মাংহনবিবা 'ধব' হায়বনা অকি অখঙ অরা অনা। শুপচিন্নগা অকি অখং অরা অনা মাঙহনবিবা

হায়বা ভাব অসিবু 'মাধব' হায়বা রাহৈ অসিনা খঙনৈ। মরম অসিনা পূম্নমকপু শেম্নীবা মপু তেংবানবদা অনি শুদ্রবা মহাক মথন্তা ঙাইবা ঈশ্বর পরমাত্মা অদুবু 'মাধব' হায়না অপাম্বা কনা অমনা কৌজবনি। মহাক অসিমা মথক্তা হায়গ্রিবা ঙৌরোক ঙৌবা শগোলগী মশক ইতিং তিংবা ইচম চম্বা তক তরুবা পুক্লিংনা চিংবা অচৌবা দোলাইগী মশক হকচাং অদুদা লৈ। অম্না অনা মাঙহনবিবা মহাক অদু খোইহিগী মতৌগুম থুম্বা হায়বদি হিংবদা কান্নবা মচাকনি হায়দুনা 'মাধব' হায়বা রাহৈ অসিগী মমুংদা 'মধু' 'খোইহী' হায়বা ভাব অসিমন্থু লোৎনা য়াওরি।

(২) পাণ্ডবশ্চৈব—পাণ্ডুগী মচাশিং হায়বদি ধর্ম্মনা লমজিঙব অঙকপা অকিবা থবকশিং তৌবা ঙম্বা, খোকলক খোক লকপা খৌদোক রাখোক লানফম কয়াদা পুকচেল তিংনা মরিল লৈনা থেংনবা ঙম্বা, মহৈ-মশিন চংখোম্না হৈব অমসুং ঈশ্বরগী ভাব থাদোক্তবা হায়বা শক্তম মঙা মশক গুণ মঙানা মপুং ফায়বা ঈশ্বরগা হকথেংনবা জীবাত্মা মশক অর্জ্জুন হায়না খঙনবা গুণ অদুসু মথক্তা হায়গ্রি অচৌবা দোলাইগী মশক হকচাং অসিদা শোয়দনা লৈবা হায়বা ভাবনি।

"God with all his quality shines where ther are colourless minds and thinkings".

"দিব্যো শঙ্খৌ প্রদধ্মতু"

দিব্যো শঙ্খৌ—লাইওইবা মোইবুং অনি। লাইওইবা মোইবুং অনি হায়বদি জীবশিংগী অরা অনা মাংহনবিবা ওম্বগী ঈশ্বরগী মতিক ওইবা গুণ অদুগা ঈশ্বরগী হেক মথংদা মীওইবদা ওইবা য়াবা গুণ মতাগী অপূনবা শক্তম অর্জ্জুন কোবা গুণ অনি অসিবু মোইবুং অনিদা প্রমাণ তৌরগা "প্রদধ্মতু" হায়বদি মোইবুং অনি খোংখি হায়বদি ইকোং ফোংনা লৈ হায়বা শংশংনা তাকপনি। লোয়ননা ভীষ্মগী ইহান হায়া খোংখিবা মোইবুংগী পাওখুম পিবনি। ভীষ্মনা মোইবুংগী মরোলদা করি হায়না হংবা অদুগা লাই ওইবা মোইবুং অনিনা পিরিবা পাওখুম্না করি করিনো থম্মোই মনুংদা হংবিয়ু শোয়দনা খুমলকনি। পরমাত্মাগী মশক মাধব অমসুং জীবাত্মাগী মশক অর্জ্জুন অনি অসিনা ইতিং তিংবা তরু তরুবা থম্মোই পুবা অদুগুম্বা মী মহাক অদুগী মনুংদা ঙাম্মোইনা লৈদুনা পুন্সি লানফমশিংদা মাইপাক্না লাল শোক্নরকই হায়বা ভাব অসিমসু মোইবুং অনি খোংখি হায়বা অসিনা ফোংদোকই।

পাঞ্চজন্যং— পাঞ্চ=মঙা+জন্য = পোকপা শিবা নাইবা। "পোকপা শিবা নাইবা মঙা" হায়বা অসিনা মমিং ওইবা মোইবুং অসিগী মপূদি হৃষীকেশনি হায়বদি মালেম তাই-বংপান অসিদা পাকচাওরবা জ্ঞান-লৌশিংবু শিন্থবিবা লৌশিংগী মপু ইবুঙো মহাকপুনি।

পৌণ্ড্রং—অঙকপা অকিবা থবক কয়া তৌবা ঙম্বা শুণগী শঙ্খম য়াইমবা ভীমনা শায়বা মোইবুংগী মমিংনি। পৌণ্ড্রং হায়বা মোইবুং অসি থোইদোকনা অকিবা ফংনা চাওরবা মখোল হৌরবা মোইবুংনি। অঙকপা অকিবগী মশক খোঙ্হোক থোকহনবা ঙম্বা মাগা মায়না চাওবা অনিশুবা মোইবুং অমা লৈত্রবা অতুগুম্বা মোইবুংনি। শুপনা হায়রবদা অঙকপা অকিবগী মশক ওইবা থবক তৌবা ঙম্বা গুণ অদুগী মসুংদা য়াওরিবা অঙকপা অকিবা খোঙ্হোক অদুবু পৌণ্ড্রং হায়না মমিং থোঙ্নিন্দুনা মোইবুং অমগী শঙ্খম ওইনা য়ারী ভাবশিংগী ভাবতা পোকহনবনি। খোঙ্হোক অদুনা ধর্ম্মগী পান্থী থানবগী লানফমগী হৌগৎ-লকপদা অতোপ্পশিংগী থম্মোই চিংশিন্নবা লাওরকপগী য়ানি। মসিবু ভীমনা মাগী পৌণ্ড্রং কৌবা মোইবুং খোঙ্গি হায়না ফোংদোকপতনি।

অনন্ত বিজয়ং—কুন্তিগী মচা মঙাগী অহল নিংথৌ যুধিষ্ঠীরন হায়বদি গুণ মঙাগী থ্বাইগী মকোক ওইবা শঙ্খম অদুনা শায়বা মোইবুংগী মমিংনি। মমিং অসিমক্তী মশাগী অর্থ লৈজবনি। "অনন্ত" হায়বদি অরোইবা লৈতবা ঙমখৈ লৈতবা হায়বনি; 'বিজয়' হায়বনা অঙম্বশিংবুসু ঙম্ব হায়বনি। শুপচিন্নগা খোঞ্জেল অদুনা হায়বদি খোঙ্হো অদুনা অতোপ্পগী থম্মোইবু শোয়দনা জয় তৌদনিংঙাই

লৈত্রবা অদুগুম্বা খোম্বোক খোকহনবা গুম্বা "অনন্তবিজয়" কৌবা মোইবুংনি। ধর্ম্ম লৈবা, থম্মোই তম্না, বুদ্ধি লৈত্তাবা মীগী খোম্বোক খোইদোকনা শিংথানিংঙাইনি। সুংশিবা খোম্বোক কয়ানা তাইবং থম্মোই কয়া কয়াবু অমগা অমগা শুম্মাৎনদুনা পৃথী অসিদা অমৃতগী মশক ঈচেল কয়ানা অতৎ অথুম লৈতনা চেম্থরি। ঈচেল অসিদা জগৎনা তাওথবনি। ঈচেল অসিনা ধর্ম্মগী পান-দোংবু নৌহৌ নৌহৌননা তেকথৎহনবনি, মশামরেং ফল-হনবনি, মনা পালহনবনি, মপাল শাৎহনবনি অমসুং মহৈ য়ালহনবনি। অসিগুম্বা খোনথোক অদুবু "অনন্ত-বিজয়" হায়না মমিং থোন্দুনা মোইবুংগী শক্তম ওইনা ঐখোয়দা উহনবতনি।

সুঘোষ—কুন্তিগী মরিশুবা মচা নোকুল হায়বদি শাগৈ লৈতবা হায়বদি মহৈ-বিদ্যাগী শক্তম ওইরিব নোকুলনা পায়বা মোইবুংগী মমিংনি। মিং অসিমু মশাগী তোপ তোপ্না অর্থ লৈজৈ। অর্থদি:— 'সু' হায়বদি অফবা 'ঘোষ' হায়বনা পাওজেল; শুপচিল্লগা মঙ্গল ওইবা অফবা পাও-জেল পিবা গুম্বা খোনথোক লৈবা মোইবুং হায়বা অর্থ অসিনা মোইবুং অসিগী মমিংনি।

মহৈ বিদ্যা হায়বা অসিগী অরেপ্পা শাগৈ লৈত্তে অশেংব অদুম্বনি; নোকুল হায়বা অসি গুণ অদুবুনি। মহৈ;

দিত্তা হায়বা অসোয়দগী থোকলকপা খৌম্ভোক পাওজেল পূন্নমক অকবা মঙ্গল ওইবগী বাকয় ঙাক্তনি। মহৈ-বিদ্যারোমদগী থোকলকপা রাখল খোনথোক পূন্নমক অসি পূক খোয়বা থম্মোই শেংদবা মীওইশিংগী থম্মোই থিন-গাইনিঙঙাই ওইদনবগী মরম লৈতে। অদুগুম্বা খোনথোক অদুনা দুর্যোধনগী মথম্মোই থিনগাইখি। মরম অসিনা সুঘোষ শঙ্খাইবা ধোইবুং অমা নত্তে। মহৈ-বিদ্যাগী খোল্লাও পাওজেল অদুনি। ধর্মগী পান্বী থানবগী লানফমদা চংদবা য়াদবা মচাক অমনি।

মণিপুষ্পক—মণি = পোৎশিংগী মনুংদা থ্বাইদগী অথোইবা পোৎ মণিনি। পুষ্পক = তেংবানবা পূন্নমক অসিবু শেম্বীবা, পূক্লিং হুনা মুংশিনক্ষম ওইবা কনাগুম্বা অমা তোঙান তোঙানবা মওংদা লৈ হায়বা অসি মতম পূন্নমক্তা নিং-শিংহুনা লৈনবগীদমক্তা লৈরিবা পোৎশিং অদুবু লৈ (পুষ্প) হায়না খঙৈ। অদুগা তেংবানবা পূন্নমক্তা লৈরিবা লল-থুম পূন্নমকী মপুনি হায়না শিংথানরিবা "কুবের" হায়বা অদুবু কোইপু পুহনা চৎলিবা দোলাই অদুবুসু "পুষ্পক" হায়না মমিং থোক্লি। পূন্নমক অসি খল্লুনা য়েংবদা "মণিপুষ্পক" হায়বা রাহৈগী অর্থ অসি মীওইবগী ইন্দ্রি-শিংনা ফংবা ঙমদবা রাখলগী রাংমদা লৈপ্রবা করিগুম্বা অমবু মমি শামী ফাওহনবগুম তৌই। মণিপুষ্পক হায়ব

অসি মণ্ডাগী খ্বাইদগী মুংশিনকম ওইবা ইতোন তোনবা সহদেবগী শোইবুংগী মমিংনি হায়বা অসিমদি মপাক্‌খোংগী ওইবা ইকোং কোংনা থঙনবা ৱানি। সহদেবা [illegible]-তোপ্পা শরাইবা শঙ্খম অমা নত্তে; থরাই পানবশিংগী মমুংদা লৈবা ভঙাইকদবা গুণ অমগী শঙ্খম লাকপা ৱাহৈনি হায়না মথক্ত লৈনম্রে। মপা লাকুনা শেমগৎ-লিবা শঙ্খম অসিদা পিশিল্লিবা মখোন থোকহন্নবগী যন্ত্রগী মশক মোইবুং অসিগী মমিংগী মমুংদা চেল্লিবা থুমলবা ভাবকী ঈচেল অনি অসিনা অমত্তা ওইনা থোৱাী মরৈ তাবগুম ভাশিল্লগা অমত্তা ঙাইবা জগৎ পুন্নকপু শেপ্পীবা মপু ঈশ্বর মঙোন্দ ভায়। তেংবানবগী থরাই পানবা পুন্নমক্না "মণিপুস্পক" কৌবা মোইবুংগী শুংশিথোইরবা খোঞ্জেল মতম পুন্নমক্তা অতৎ অথম লৈতনা তাবা ওইসনু।

ধনু উত্থম্য—ধনু=লীরূং, উত্থম্য=থাংগৎলগা। "লীরূং থাং-গৎলগা" হায়বদি ঐখোয় খুদিংমকনা করিগুম্বা অরুবা থবক অমগী মরমদা তরেৎ তরা থোকনা ৱাথল কয়া থল্লবা মতুংদগু থবক অহুদা তশেংনা হকথেংননা খুৎ হেক থাগদবগী তাঙ্গা অদুদা অরোইবগী ওইনা অচুম্বরা হায়না থম্মোইনা অমুক্তং লংবা হায়বা অসি শোয়দ্রবনি। তাঙ্গা অসিদা করিগুম্বা চিংনবা অমা হেক লাকপদা থবক অদুদা থাগে তৌরম্বা খুৎ অহু শোয়দনা চিংথোকনৈ।

অসিগুম্বা তাঙ্গা অসিদা মাঙদা উরিবা লম্বী অনিথকনি। করিগুম্বা অচুম্বা পুন্সি লম্বী অদোমদা চুম্না চৎপ্রগনা অশেংবা পম্মুংকম কোমনা ম্নৌবা অমা নত্রগা অরানবা পুন্সি লম্বী অদোমদা থৈদুনা চৎপ্রগনা মখল মখা অয়াম্বা মাইকৈ মফম ময়াং খঙদবা লম্বী লমলোং কয়া কয়া থেংনদুনা লম্মাংনবা অমা অনি অসিভনি। অদুগুমনা "ধনু উদ্যম্য" হায়বা ৱাহৈ অনি অসিনা অর্জ্জুনগী অদুগুম্বা মরুওইবা তঙ্গা অদুবু উৎলি।

য়েরুবনি খন্দূনা লাম্লেংনরগে হায়না মতম কয়া চংনা অথঙ অহৈ কয়া তাম্নরবা মতুংদা চপযুংনা পুক্লিংদা লেপপ্রবনি। থৌরাং কয়াম্র লোইদুনা মহৈ মহৈ তাঙ্গা ঙাইদুনা লৈনপ্রবনি। অদুবু অসি য়ৌরবা তাঙ্গা অসিদা তশেংনা থবক অদুদা খুৎ থারগে হায়দনা লীরুং থাজৎতুনা কনা হান্না হাৎসিগে হায়বা ৱাখল অসি হেক লাকপদা পুক্লিংগী চিংনবা অমা নোংথাংগী মতৌগুম শৎ পাইশিল্লকই। ৱাখল অসি পাইশিল্লকপদগী দি নহালমখৈ শুকখল খল্লমদবা মাইকৈরোমদা মথং মথং খম্বরক-তুনা খুর্জ্জি য়াওরবা শগোলগুম অর্জ্জুনগী পুক্লিংনা, মীওইবগী পুক্লিংনা কোইচেন চেনবা খ্বাইগী ওইবা হৌনশানি। মতাং অসিদা জীবশিংবু লমজিংবা লমজিং মৈরাবা, তেংবানবগী খুর্জ্জি পায়রিবা জ্ঞানগী শক্তম মপু ঈশ্বর মঙোন্দা থম্মোই শেংনা হাংদোক্কুনা লমজিংবিনবা হায়জবা অশিংবশিংগী তৌকম থোক-পনি। 'ধনু উদ্যম্য' হায়বা অসিনা অসিগুম্বা থোইদোক্লা মরু ওইবা পুন্সি লম্বীগী অনিলোংবা লমলোং কয়াবু নিংশিংহনবনি।

মরম অসিনা অনিলোংবা পুন্সি লমলোং থেংনরকপা মতমদা ঈশ্বরনা য়াগদবা হায়বঁদি খ্বাইনা য়াগনবা লম্বী অদোমদা খন্দুনা তাইবং মরুপ পুম্নমক পুন্সি লমথুংকম য়োম্নিম্নশি। কাংলুপ কুরুপকী য়াথলনা কনাবুসু অগেংবা লমথুংকমদা লমজিংবা য়ারোই।

কপিধ্বজ: পাণ্ডব—"য়োংগী কীরাল থেংপা অর্জুনা" জগৎ অপুম্ব শেম্বীবা মপুগী শক্তমদা শ্রীকৃষ্ণ মী মরুপগী অথোইবা অমগী শক্তমদা অর্জুন মপুমনাই অনিনা তোংলিবা অচৌবা দোলাই অদুগী কীরালদা য়োংগী মূর্ত্তি অমা য়াওই। অসুক য়াম্না মরুওইবা তেংবানবগী মপু অমসুং মপাঙ্গল মথৌনাদা পৃথ্বীগী ব্যবহার তৌরবা নিপা অমনি হায়না শিংথানরিবা মপু-মনাই অনিগী দোলাইদা কয়িগীদমক্তা য়োংগী মূর্ত্তি য়াওহল্লিবা হংনিংবা য়াকুমনি।

মতাং অসি ত্রেতা যুগকী হায়বদি মহাভারত হায়ব মতমগী মমাংগী রাম-রাবণগী য়াগী নিংশিংবা য়াই। শ্রীরাম্না য়োংশিংগী তেজোলগী মতেংনা মী, লাই, হিংচাবা কয়াবু ফাদুনা শিজিন্নবা ঙমলবা মপাঙ্গল মথৌনা মরল লৈরবা লঙ্কাগী রাবণবু জয় তৌবা লায়না ঙমখি। য়োং হ'রবা অসি লঙ্কাদা লৈরিবা হিংচাবাময়ামগী চিঙ্গাকনি। অদু-গুম্বা চিঙ্গাকী মশক য়োংশিং অদুনা মথোয়বু ইরায় লায়না চাগদৌরিবা হিংচাবশিংবু জয় তৌবা হায়বা অসি থোইদোক্লা

নোকনিংবা য়াদি। ওইথোক্নবা য়াকম অসি লাইশিংনা ওইংচুনা পোকখিবনি হায়বা শুপনম .অসোয়দা চৎপা চুমদে। য়োং করিনো? য়োংদা করি করম্বা মগুণ লৈ ঐখোয় থিদোকপা তাবনি।

য়োংদা মরু ওইবা কায়বা মগুণ অনি লৈ। মদুদি—

(১) চৎলু চৎলুবা, লৈরু লৈরুবা মফমদা থেংনবা অশংঅমান মনামশিং হিংনা চাদুনা মতম যাওহন্দনা থবক নোম্বা ওন্মী। মৈদা অমুক থোংদোকপা তোক্কুনা অশং-অমান, মহৈ মরোং মনামশিং পূম্নমক হিংনা চাবা হায়বদি মৈদা-চংদবা পোৎ চাবা-থকপা হায়বা অসি থরাই পানবা পূম্নমকী খ্বাইদগী য়াংবা ধর্ম্মনি। ধর্ম্ম অসিতনা জগৎ অসিদা লৈরিবা মী শা-গা-উচেক অনিনচিংবা থরাই পানবা পূম্নমকপু অমগা অমগা য়েংথিনবা লৈতনা লৈমিন্নহনরা ওমগনি। মৈদা চংদবা পোৎ চাবা থকপা হায়বা লিচৎ অসি লৈরবতদা পৃথ্বীগী লৈমাইথক অসি নোংম নোংমগী কোকশিন্নক্কুনা থরাই পানবশিংনা লৈবদা মতিক চাম্রবা লৈকংলা মরুভুমি ওইরকলিবা অসিগী মহুত্তা হৈপাল লৈপাল লধু-লতং অশং অমান উমংরামংনা থল্লবা মললগী মশক ওইরবা মালেম লৈমাইথক ওইরকদবনি। সর্গ হায়বা অদুসু মদুনি। অদুগীসু মথক্তা মৈদা চংদবা পোৎ চাবা থকপা হায়বা অসিনা মীওইবগী লায়না মশীং হস্থহনগনি, পুন্সি শাংদোকহনগনি, হকচাং য়াংনা খিং খিং লাওনা থম্বা ওবগনি; অতনবগী শরুক হন্থহনগনি। লোয়ন লোয়ননা অমোৎপা

মৈথুগী চাং হন্নগনি, অতিয়াগী মুংশিং লেংলগনি, মরাং কায়না পৃথ্বীগী লৈমাই শিন্দুংনা হৌজবা ওমলবা পাম্বীশিংনা ফোটো-শিন্থেসিসকী মথৌ তৌদুনা থরাইপানবশিংগী খ্বাইদগী মরুওইবা মুংশাখোর হোল্লিনবদা চংলিবা তঙাইফদবা ওক্সিজেন হায়বা মুংশিং অদু থোরাইদোক হেন্দোক্লা অশেংবা ওইহনগনি। মসিনা অমুক্কা হেন্না জীবশিংবু মশা থিংহনগনি। হায়রিবা গুণশিং অসিমা য়োংদা লৈরে।

(২) অনিগুবদা ওাইহাক্কা ভূমিন্না লৈবা হৈনদব, করি-গুম্বা অমদা নক্ত্রগা অমদা মশা অসি লেংদুনা লৈব', ওাইহাক লৈতনা চোং ফনবা মতু তৌনবগীদমক্তগ্ম মপুক্লিংদা মতম পূন্ন-মক্তা শেম শাদুনা লৈবা য়োংশিংগী মগুণনি। য়োং অমত্তনা করিগুম্বদা তন্দুনা মতম শাংনা পোথাদুনা লৈথোক্তে। য়োংদি মথোয় ময়ামগী থবক লৈবা মফম মফম অদুদা চোংশিল্লি থবক লৈতবা মফমলোমদা নাথৈদুনা থবক্তগী নাম্বোক্লবা লাক্লবা য়োংগী মগুণদা য়াওদে। শন্না হায়রবদা নোম্বা কনবা নোম্বা তন্দবা, পোথাবা হৈতবা থবক লৈবা মাইকৈদা ময়াম চেনশিনবা লিংজেন মান্নবা হায়বা গুণশিং অসি য়োংদা লৈ। মরু ওইবা মথক্তা হায়রিবা গুণ অনি অসিনা মরম ওইদুনা য়োংগী তেজোলনা তেংবাংবা রামনা রাবণবু ওমখিবনি।

অসিগুম্বা নোম্বা কনবা. নোম্বা তন্দবা, পোথাবা হৈতবা, করিগুম্বা থবক্তগী নাথৈদুনা চেন্দবা, অশং-অমান মনামশিং মতম মতমদা মফম মফমদা ফংবা অমুত চাদুনা মপাঙল য়োকপা ওম্বা,

মতম শাংনা তুমতুনা লৈখোক্কবা গুবা, মশা য়াংবা মশা খিত্তবা অয়াংবা ধর্ম্ম পাবা অর্জ্জুনগী য়োংগী গুণশিংগা মান্নবা মগুণশিং অদু কোংদোকপগী মশক ওইনা য়োংগী ফীয়াল থেৎপনি। নোম্বা কনবা মহাক্না মমৈথংদা মাই পাকপা মশানা তাজবা য়ানি। শম্না হায়রবদা কৃষ্ণ-অর্জ্জুন মপু মনাই অনিমক মণাগী কান্নবা কান্নদবা খিদবা নোম্বা কনবা মীওই অনিগী শক্তশনি। মরম অসিনা মথোয় অনিগী অপুনবা মগুণ কোংদোকনবা পাম্বৈ খিয়ক-পদা য়োংগী মুর্ত্তি য়াওবা ফীয়াল থেৎপনি।

মতাং অসিগা মরী লৈননা নিংশিংবা য়াবদি কৃষ্ণ+অর্জ্জুন মপু-মনাই অনিনা তোংলিবা অচৌবা দোলাই হায়বদি মীওইবগী হকচাং অসিবুনি মথক্তা হায়খ্রে। অসিগুম্বা দোলাইগী মশক হকচাং অসিদা য়োং য়েকপা ফীয়ালগী মশক নোম্বা কনবা, তন্দবা থবক্তা মাই ওন-শিনবা থয়াই পানবশিংদা য়েক্রদবা হকচাং খিং খিং লাওনা থম্বা হায়বা গুণশিং অসিনা মপুং কানা লৈতেংনবা হোংনবা তাবনি।

অচ্যুত—অচ্যুত হায়বদি হম্না হম্না থাইদোক্তুনমু ময়েং তাবা লৈতবা হায়বা য়ানি। য়াহৈ অসিনা তেংবানবা মপু ঈশ্বরবু থংনৈ। য়াহৈ অসিমক ঈশ্বর মাগী মমিং অমা ওইনা লৌবদা থোইনচুম ফজে। থাইদোকপগী ময়েং

তাবা লৈতবা হায়বা অসি মীওইবগী জ্ঞানবু খঙনবা য়াই। করিনা হায়রবু জ্ঞান হায়বা অসে কনাগুম্বা অমনা হন্না হন্না কনাগুম্বা অমদগী লৌথোকপ্রবস্থ ময়েং তাবা শুকলৈ লৈতে। তেংবানবগী মপু ঈশ্বর হায়বা অসি জ্ঞানগী মশকনি, কংস্রিবা জ্ঞান অদুসু মতোন্দদি লৈরিবনি। মরম অদুনা ইবুঙো মাগী মগুণবু অমম্বা হায়নসু উৎলি। ভাব অসি য়ৌশিন্না উরবা পুকচেল তিংলবা অর্জুন্না অশেংবা অচুম্বা জ্ঞান কংনিংবগী অপাম্বা উৎপ মিংগোদা "অচ্যুত" হায়না কৌজবনি, শোজবনি। মাগী মাগী খোন-থোক্তা মানা মানা পামজবা মিংগৌনা ঈশ্বরগী অনৌবা মিংথৈ কয়া কৌজবদা, শোজবদা, থিংবিনবা কনাগী মতিক লৈতবনি। মরম অসিনা পুকচেল তিংলবা অর্জুন্না হৃষীকেশং হায়বদি জ্ঞান-লৌশিংগী মপু, মতোন্দগী জ্ঞান-লৌশিং পুথোকপগী লোইবা নাইত্রবা লৌশিং মৈরাবা মাগী মফমদা "অচ্যুত" হ য়বা মগুণ অদুনা মিংগৌ ওইনা কৌজদুনা অশেংবা জ্ঞানবু আশা তৌজরকপনি। অদুগা মথাদা লাক্কদবা রাফমশিংবু হায়জরকপনি।

"সেনয়োঃ উভয়োঃ মধ্যে রথং স্থাপয়"

সেনয়োঃ উভয়োঃ মধ্যে—"মাইয়োক্নরিবা লান্মী অনিগী ময়াইদা", "রথং স্থাপয়"="লোলাই থম্মীয়ু" হায়বা অসিনা রাহৈশিং অসিগী খ্বাইগী ওইবা অর্থনি। মহাভারত কৌবা লালগী

য়ারীনা মপানগী শকুম শেন্নগা অমুংমনা মীওইবগী চৎকদবা লিচৎ-শাজৎ তাকপিদুনা লান অমা লোয়রবা মতুংদা শান্তি ওইবা অদুগুম জীবশিংগী আত্মানা শান্তি ফংনবগী ঈচেল চেল্লহনবা থৱাই পানবা পূন্নমক্কী কান্নবা মশক ওইবা জ্ঞানগী সমুদ্রনি হায়বা অসি "মহাভারত" হায়বা য়াৈহ অসিমতংগী মথুংদমু ফুমদুনা ঙাম্না লৈজরবনি। য়াৈহ অসিগী মরমদা মথাদা লাক-খিগনি। মতাং অসিদদি "সেনয়ঃ" গী ভাব অসি থবগা নৈন-খিবা তারি। করিগুম্বা অচুম্বা অমগী ফীরেপ লোনবা লাক্লবদা য়াথলদা মাইয়োক্লবা য়া কয়া পোকলকই। য়া ময়ামশিং অদু অমগা অমগা কয়ারক ককথোক ককশিন তৌনরবা মতুংদা মমৈথংদা তং-তাবা ফীরেপ অমদা লাকই। লাকলিবা তং-তাবা ফীরেপ অদু পূরকনবা হোৎনবদা চংলিবা মাইয়োক্লবা য়া ময়ামশিং অদুবু লাম্মী "সেনয়" হায়বনি। অসিগুম্বা মাইয়োক্লবা য়া ময়ামশিং অসিগী ময়ায়দা হায়বদি মাইয়োক্লবা য়াথল অনিমকপু চপমান্নবা অমনা অমদগী হেল্লি হায়বা ভাব পোক্তবা অদুগুম্বা ফীভমদা য়থং—দোলাই হায়বদি মীওইবগী ইন্দ্রিয়শিংবু থোৎদুনা পুরিবা পুক্নিং-য়াথল অসিবু ঈংনা অমুক্তা লৈহনবিয়ু হায়না পুকচেল তিংলবা অর্জ্জুনা তং-তাবা শান্তি ওইবা জীবগী জ্ঞান ফংনিংদুনা ঈশ্বরদা থুরুমজরকপনি।

পুক্নিংগী মিৎকুপ থূদিংদা চিংনবা, থঙদবা, য়েৎনবা হায়বা অসে অদুম শোয়দনা থোকপনি। মতুদা মী মী অদুগী মশা মশাগী অপাম্বা ফীরেপ অমমম শোয়দনা লোনদবা য়াদবনি

অচুবা ফীরেপ লোবা ওমখিবা মহাক অচুনা মতৌবংদা শান্তি ওইবা অচুগা অরানবা ফীরেপ লৌবা মহাক অচুনা মতৌথ'দা অবাবা, সুংঙাইতবা অনুতাপকী পোৎলুম কয়া পুচুনা কৈহোবা মশানা তাক্তবনি। থাইনস্থু থওকরিবা ঙাক্তসি। অচুগুবা অবস্থা থুদিংদা পুক্লিং অসিনা মাইয়োক্লরিবা রাজস অভিপ্রজগী তোঙাম্না চিংথোক্লগা অনিমকী মরাইদা তোপ তোপনা লৈরগা মিৎয়েং তিংনা য়েংচুনা বিচার তৌবনু অশেংবা রাখল কংনবা অশেংবা লম্বী কৌই। মসিবু অচুমগুবা মিৎয়েং হায়নস্থু করিগুম্বা মত্তাংদা শিংথাদৈ। মহাদেবনচিংবা লাইশিংগী শক্তম য়েকপদা লাইবক মরাইদা য়ুনা অচুমগুবা মিৎ অমা য়েক্লরিবা অচুনী ভাবস্থু মসিনি। পুম্নিগী অতৎ অথম লৈতনা থোক্লিবা রাখলগী লানকম থুদিংদা অর্জ্জুনা পামলিবা অবস্থা অসিদা তৎতনা লৈবা ওম্নবা মহাক অচু লাইগী গুণ লৈরবনি; মহাক ঈশ্বরগী শরুক অমা ওইরবনি হায়বদি ঈশ্বরদা তিনশিনবা "যোগ" হায়দো ওইবা হৌরবনি। অবস্থা অসিগীদমক্তা অর্জ্জুনগী প্রার্থনানি।

United to those qualities of god is united to the god the all.

"যোদ্ধু কামান্ অবস্থিতান"

যোদ্ধু = লানথেংনবা, কামান = অপাম্বা লৈরবা, অবস্থিতান শংশংনা লেপ্লরবা। শম্না হায়রবদা লানথেংনবা পামচুনা তশেংনা

চোংথোরকলবা হায়বা য়ানি। য়ায়ীনা ঐখোয়দা শংশংনা উহল্লিবনা লাম্থেংনরগে হায়য়ুনা লানফমদা লেপতুনা নৈ-ররবা মচিন মনাও চান্মা অমম্পুং মওাগী মাইয়োক্লরিবা ল ম্মী তেজোল অনি অদুনি। মদুগী মপুংদা মীখিক মীচোই কয়া, মরুওইবা মী কয়া য়াওরবনি। মতৌ অদুগুম্না মীওইবা খুদিংগী থম্মোই মপু'দা অশেংব অচুম্বা য়াথলগী মওাল কংনিংলকপা মতম খুদিংদা মাইয়োক্লবা য়ারোল কয়া কয়া লাম্মী তেজোলগী মতৌগুম ফন ফন চোংথোক-লকই। য়ারোলশিং অদুগী মপুংদা য়ারেম থৌরেম কয়া-মম্ম য়াওরকই লোয়ন লোয়ননা মরুওইবা য়ারম কয়া অমম্ম লোৎনা নম্ত্রগা ময়েক শেংনা চো'থোরকই। চোং-থোরকলিবা য়াশিং অদুবু "যোদ্ধু কামান" লাম্থেংনবা পাম্বশিং হায়বা য়ানি।

ধার্ত্তরাষ্ট্রস্য দুর্ব্বুদ্ধেঃ যুদ্ধে= 'ধৃতরাষ্ট্রগী পুকচেল ফত্রব মচাশিংগী লানকম অসিদা" হায়বা অসিনা খাইগী ওইবা মপাম্থোংগী অর্থনি। তশেংবা মপুং হকচিনবা অর্থদি 'ধার্ত্তরাষ্ট্রস্য" হায়বদি মিৎ তাংলবা উবা ওমত্রবা হায়বদি থওদবা হায়বা অদুদগী পোকলকপা য়াথলশিংশে 'দুর্ব্বুদ্ধে" হায়বদি ক'ন্ন-দবা, চৎনবা য়াদবা, খাইগী ওইদবা মশা মশাতগী ওইবা য়াথল ওই। অদুগুম্বা য়াথলদগী পোকপা যুদ্ধে য়াথোক লাম্থোক হায়বনি। ঐখোয় পুম্নমক্না তশেংনা থওনরবা

রাফমনি মচুদি খঙদবা 'উদবা হায়বা অসিবু হৌজিকী জগৎ অসিদা অপঙবা হায়না শিংথানৈ। পঙবদগী থোকপা থৌদোক র'থোক-লাম্থোক পুম্নমক মথৈথংদা অদুবা অনাগী মশক তাক্লো ওইগল্লি। মসিবু "ধার্ত্তরাষ্ট্রস্য দুর্ব্বুদ্ধের যুদ্ধে" হায়না অর্জ্জুনা হায়হল্লি।

"ধৃতরাষ্ট্রগী পুকচেল ফজবা মচাশিং" হায়বা বাঙাং অসি অশেংবা বিচার তৌজনবগীদমক্তা অতিংবা পুকচেলগা লোয়ননা তেংবানবা মপু ঈশ্বরগী মফমদা চংজবা হৌরকপা তাঙামজদা শিজিন্নফম থোক্তবা মাইয়োক্নরিবা মাইকৈরোমদা চৈবা রাঙাংনি। করিগুম্বা মসিনা শ্রেক্নরিবা মাইকৈবু তশেংনা চৈবগী ভাবতা অর্থ লৌবা ত'রবদি অর্জ্জুনগী মশাদা মশাগী মাইকৈদগী মশাগী থম্মোইবু চিংথোকপা ঙমাদ্রবা, মাইকৈ অনিমকপু মান্নবা মিৎ-য়েংদা থম্বা ঙমদ্রিবা, মশাদা নাপল লৈরিবা হায়বদি অর্জ্জুন হায়বা গুণ অদু ওইদবা তাই।

মথং মথং হায়থরকলিবা রারেংশিং অদুনা তশেংনা তাক্লে মচুদি অর্জ্জুন অসে মীচং মীথাই নাইদবা, অশেংবা অচুম্বা অদুতবু পামলকলবনি হায়বা অসি মাইয়োক্নরিবা লাম্মী তেন্দোল অনিগী ময়াইদা দোলাই থম্মীয়ু হায়বা প্রার্থনা অসিমক্তনা ময়েক শেংনা উৎচরবনি। অদুগা হে অচ্যুত হায়বদি হে ময়েং তাবা লৈতরবা মপু হায়বা মিক্তৌ অসিনা অমুকস্ন মরা চেৎ-হল্লবনি। মরম অসিনা "ধার্ত্তরাষ্ট্রস্য দুর্ব্বুদ্ধের যুদ্ধে" হায়বা

অসিনা পঙ্‌বদগী থোকপা তাবা থৌদোক, ৱাথোক, অমস্থং লাম্থোকশিংবু খঙনফম থোকই।

Ignorence causes sufferings.

প্রিয়চিকির্ষব = "অপাম্বা তৌগে নিংবা" হায়বা অর্থনি। মুংশিনবা চাম্নবা মশেলদি অচুম অরাল্ অফ-ফত্তগী ৱাথল্ থোইদোক্লা থিরুবা তৌদনা অমগী অপাম্বা অদু অমনা পাঙ্‌থোক্লবা লাকনৈ। অদুম্ তৌনবা মশেল্ অদুবু মুংশিবা চাম্নবা মরুপ মপাং ১সুং শাগৈ-নাতৈ, মচিন-মনাও বারি-সম্বন্ধিনি হায়না থোমজিন্নৈ। মসিদা অথঙ্‌বা অশিংবা অহৈবগী ৱাথল্-পুক্লিং থোইনা চংদে। খুদম ওইনা হায়রবদা ইচানবু কম্না পাম্লবদি মীগী মচা মাঙহনবা ম্নাবগী অকিবা কনানস্থু পোক্কে। মুংশিবা মরুপনবু হায়রবদি জীব হিংসা তৌবগী পাপ কিদে। মরম অসিনা জ্ঞান ৱাৎপশিংনা কাংলুপ ফুরুপ কয়া কয়া শেম্নবা লাকনৈ। মাগী মাগী মীচং য়াম্নবা হোৎনৈ। মথোয় মথোয়গী অপাম্বশিং অদু ফংনবগী পোরম কয়া শিন্দুনা ৱাশক্লে। চুমদবা ৱা কয়াবুস্থু ময়ামগী মোট ওস্থোক্লনা অচুম্বগুম থোকহল্লি। অদুনা "প্রিয়চিকির্ষব" = "অপাম্বা তৌগে নিংনবা" হায়বা ভাব অসি অপঙবদগী থোকপা থৌদোক ৱাথোকশিংদা মরু ওইনা চম্নৈ।

অদুগা অশিংবা কনা অমত্তনা মাগী অচুম্বা ৱাথল

অদু মশানা চুম্মী হায়না প্রমান তৌনবা হোৎনবা নত্তনা কনাদস্ু চুম্মী হায়বিয়ু হায়না ভোট খোমদে। মাগী অচুম্বা অদু চুম্নবগীদমক্তদস্ু কাংলুপ, ফুরুপ, মীচং শেমদে, খূৎ-লি'দে। অচুম্বা অদুদা পুক্নিং মান্নবা অশিংবা মশেলশিং অদুনা অম্না অমগী অপাম্বা তৌশগে হায়না নিংনদে। মখোয়না অচুম্ববু সুংশিবা মরমনা অচুম্বা অদুগা মরি লৈনবশিংবু সুংশি। মসিদি কাংলুপ ফুরুপকী রাখলদগী তোঙানবা রানি। মরম অসিনা অশিংবনা কনাবুস্ু চিংনদা মথন মথন্তা চৎলৈ। অপঙবশিংনা কাংবু কাংবু খূৎ লিংদুনা পুন্সি লম্বী চৎলৈ। মরম অদুনা অচুম অরানগী রাখল য়াওদনা চান্নবা মহাক্কী অপাম্বা থুংনবা তৌগে নিংনবা "প্রিয়চিকির্ষব" হায়বা ভাব অসি লৈবনা মমৈথংদা অমাঙবা ওইরকই হায়ব অসি মহাভারতকী মপুংদা ফজনা উৎলি। গীতা মহাভারতকী মচিনি।

গুড়াকেশ = গুড়াক—হায়বদি একচাংগী ইন্দ্রিশিংবুস্ু থঙলৈ অদুগা তূম হায়বা মশক অদুবুস্ু খঙলৈ। ঈশ—হায়বনা মপু হায়বনি। গুপনা-ইন্দ্রিশিংনা মোস্থরকপা হায়বদি পঙ-থরকপবু ঐখোয়না তূম্ব হায়রৈ। অদুগুম্বা তূম্বগী মপু ওইবা হায়বদি তূমদবা-ঙম্বা হায়বা ভাবপূ খঙলৈ। তূমদবা ঙম্বা হায়বা অসি অর্জ্জুনগী গুণ অমনি। মরম অসিনা অর্জ্জুনবু তূমদবা ঙম্বা হায়বদি "গুড়াকেশ" হায়নস্ু খঙলৈ।

তুমরবা গুম্বা হায়বা ভাব অসিগী মখুংদা ইন্দ্রিশিংনা লমজিঙবা মাইকৈদা চৎতবা গুম্বা, ইন্দ্রিগী মখা পোন্দবা, অমম্বা অমঙ্গুং মঙানবা অনিয়ক হায়বদি অহিং মুংখিল অনিয়ক চপ মান্নবা উবা অমঙ্গুং অহিং-মুংখিল অনিমক্তা থবক নোম্বা গুম্বা অসিনচিংবা গুণ কয়া য়াওরে। গুণশিং অসি লৈবা মহাক অদুবু গুড়াকেশ হায়বদি অর্জুনবু খঙনরম্নি। গুণশিং অসি লৈবনা গুণশিং অসিগী পোকপা শক্তিশিং অদুনা মঙোন্দা লৈবা মশানা ভাবনি। অদুনা গুড়াকেশ অর্জ্জুনগী মিং অমনি।

ভারত—"ভ" মঙাল লৈবা পোৎপুনি। মঙাল অদুবুনা 'ভা' কৌই। অদুনা "ভ" না আত্মা খঙনবা ভাই "ভা" না আত্মাজ্ঞানবু খঙনবা ভাই। অদুগুম্বা আত্মাজ্ঞান্দা পুক্নিং ছুকপ হায়বদি "রতি" (রত) লৈর, পুক্নিং থম্বা গুম্বা মহাক অদুবু "ভারত" হায়না খঙনৈ। হায়রিবা আত্মাজ্ঞানগী বিচার তৌরিবা কাংলুপ অদুবু ভারত-শাগে হায়না খঙনৈ। মখোয়না লৈবা লম অদুবুসু 'ভারত' হায়না অদুম খঙনৈ। অদুগুম্বা মফমদা অসিগুম্বা কাংলুপ্ত মাগী পোকফম ওইখি হায়রুনা অর্জ্জুনবু ভারত শাগৈদা পোকপ হায়নসু কৌনৈ।

ব্রারী লৌরিবা মরুমনা মতাং অসিদা অর্জ্জুনবু ভারত হায়না নিংশিংহুনা মখাদা লাক্কদবা অত্মাজ্ঞানগী মরমবু

য়াহৌদোক ওইনা নিংশিংহল্লগা মাইয়োক্লরিব। লাম্মী তেজোল অনিগী ময়াইদা হায়বদি খল্লগদৌরিবা মাইয়োক্লবা য়াকম অনিগী ময়ায়দা অথোইব: দোলাই হায়রদি অর্জ্জুন-গুম্বগী মগুণ চেন্নবা মীওইবগী পুক্নিংবু হৃষীকেশো হায়-বদি ঈন্দ্রিগী মপু ঈশ্বরনা মরা চেৎনা থম্বীরগা নাক য়েৎ অনিমকপু কুপনা য়েংশিন্নবা ইঙ্গিৎ পিবি হায়না তাক-পিবনি।

এতান্ সমবেতান্ কুরূন্ পশ্য পার্থ="হে পার্থ তিল্লরিবা কুরুগী তেজোলশিংসে য়েংউ" হায়বনি। মথক্তা নৈনখিবা 'কুরু' হায়বা য়াহৈগী ভাব মতুংইন্না অয়াকপা য়াঙাং শিজিন্নদুনা লাওথোংবা মফম লাম্ফম্বু য়েংউ হায়বনি। মরম অসিনা য়েংগদৌরিবা অসি চাম্মতগী মাইকৈতবু নত্তে মথোয় মঙাগী মাইকৈস্তু য়াওনা মাইকৈ অনিমকপুনি। তোব্বান অনিনা কয়া চাওবা তুরেলনো লেপ্লগুম তেজোল অনিমক য়েংলগা লানফম অদুগী মতিক খঙগনি। অদুগুম্না থম্মোইস্নুংদা শোক্লবা পুন্সিগী লানফম কয়াগী মতিকস্তু মাইকৈ অমত্তদা য়েংবনা ওইরোই; মাইকৈ অনিমক শেংনা য়েংশিনবা তাবনি। নাম্মতা য়েংদুনা পুন্সি লানফম লময়াল্লবদি অফবা থক ওইরোই হায়বা ভাব অসি মতাং অস্বাইদগী পোকহনবা হৌরে।

Before setting hands
Think of both well.

পার্থ=অর্জ্জুনগী মমিং পার্থ হায়নস্থ খঙবৈ। পার্থ হায়বদি অর্জ্জুনগী মমা কুন্তিগী পারি পুরিগী রাবু নিংশিংবনি। মতাং অসিদা অর্জ্জুন্দা পার্থ হায়না কৌরিবা অসিমক ইন্দ্রিগী মপু ঈশ্বর (হৃষীকেশো) মশামকনা কৌহল্লি। মরমদি মিংগৌ অসি তাবদা অর্জুনবু মাগী পারি পুরি শাগৈ নাতৈ পুম্নমকপু নিংশিংহল্লি অমস্তুং মমাংদা লৈরিবা মাগী লাই-গুরু থোক্লবা অহনশিংবুস্থ হৌথিবা থৌদোক কয়াগা লোয়ননা শংশংনা উহল্লি। মসিনা অর্জুনবু ঐখোয় খ্বাইগী ওইবা সাধারন ওইবা ফীভমদা পুথবিরকই। মরমদি মখোংদগী কাদনা অরাংবা উতোল হেক্তা লাম্বা য়াদে। অদুনা মতাং অসিদা অর্জুনবু পার্থ হায়না কৌরিবা অসি ফজনব হেক্তা কৌশিনবা নত্তে। মসুংগী ভাবগী ঈচেল অদু মথং মনাও কায়দনা চেম্বহনবা য়ানবগীদমক্তা থোইদোকপা অনিগুবা অমগা লোয়ননা কৌবা মিংগৌনি। ঐখোয়না খনবা রাখল খুদিংমক খাঙঙ্ থক্তগী হৌফদে অহৌবদগী খনফম থোকই হায়বা ভাব অসি মতাং অসিদা মমেক শেংনা উৎপিরে।

মাইকৈ অনিমক মমিং থিংনা য়েংজরবা মতুংদা অমস্তুং খম্বা য়াবা কয়া খম্বরবা মতুংদা অর্জুনগী থম্মোইদা করি পোকখি।

পরয়া কৃপয়া আবিষ্টঃ বিষীদন=থোইদোকপা থৌজালগী রাখল পোক্লনা থম্মোইদা অরাবা পোকখি।

অর্জজুননা মশাগী মমিং পার্থ হায়বা কৌথিবগী মারী নিংশিংবগা লোয়ননা লাম্মী তেক্সোল অনিগী ময়ায়দা লৈরগা মাইয়োক্লরিবা নাক-য়েৎ অনিমক্তা লৈরিবা মপা মপা চোং-থোক্লদুনা হাংতোক্লগদবগী থোর থোরবা অকিবগী মশক ওইবা খুৎশু খুৎলাই কয়া কয়া পায়দুনা করক করক য়েংনদুনা লৈন-রিবশিং অদুগী মশুংদা মরুওইনা কনা কনা উরমগে হায়ববু য়েক্লবনি হায়না থৗিবা মপাগা হেক পোকশিন্নবা মথুড়া অহলগী মচা চাম্মা অমস্তুং মথোয়গী মাইকৈদা য়াওরিবা অর্জজুন মশা-মকপু পিশক পিকলিঙৈদগী হৌনা মপাবুংনা নৌনা হুন্দোক-পিরমলবা মরম্না পো-পমদুনা মাগী মনমগন্দতা চাওক্তরকলবা অদুগুম্বা অহল ওইরবা মবুধৌ ভীষ্ম, অদুগা মখোং মখুৎ পায়দুনা মমান্নবগা লাম্বা পাবদা মতিক চানব থোইদোক্লা মুংশিনা খুৎশু খুৎলাইগী মহৈ-মশিন তক্সীরক্লবা. মাগী থোইদোক্লা মুংশিজরবা ওঝা দ্রোন অমস্তুং থোইদোক্লা মুংশিনফম ওইরবা মাগী মাস্ম অসিনচিংবা কয়া উরে। অদুগা অর্জজুন মশামক্কী মীচংদনা মচিন-মনাও, মচা মশু, মুংশিজরবা মরুপ-মপাং ঙাই-শেল কয়া অমস্তু উরে। লাল হায়বা অসিদা কনা কনা হিংখৌগনি কনা কনা শিখিগনি কনাসু খঙবা ঙম্বা নত্তে। অসুম অসুম খল্প-রকপদা মাইকৈ অনিমক্তা লৈরিবা মীওইশিংসে শিহন্নিংদবা থৌজালগী ঈথক-ঈপোম কয়ানা অজর্জুনগী থম্মোইদা য়ৈবা হৌখি। জীববু মুংশিবা থৌজালহৈবা হায়বা ম্নাখল অসি মতাং অসিদা পোকখি। ম্নাখল অসি তশেংবমক ঈশ্বরগী ওইবা

ৱাখলনি। অসিগুম্বা ৱাখল কল্লাগী তুংনফম অমম্তুং হৌরকফম ওইবা মহাক অদু ঈশ্বরগী মচেৎ অমনি হায়রবদি ঈশ্বরনি।

মথং মথং ওইনা জীববু মু শিবা হায়বা ৱাখল অসি ফাও-রকপদগী দি য়েংথিনবগী শাব্রবা মৈশা মুৎথি। লোয়ন লোয়ননা য়েক্লবনি থল্লম্বা মথোয়শিং অত্তুগী মথরাই কম্নবগী মাইকৈদা খঙ্গরক্তুনা করিম্নুংগী লাল অসি থোক্লবা লাংলুম্লিবা হায়বা ৱাখল অসিদা থোইদোক্লা অর্জ্জুনগী থরাই ৱাখি। মীলাই হিংচাবা কল্লাগা লাম্বা তৌরকপদা কিরকত্রবা অর্জুম্না কিবদগী থরাই ৱাবা নত্তে; তশেংবদি মুংশিবা পাম্মুবা হায়বা ভাব অসিদগী অর্জ্জুনগী অরাবা ওইখিবনি। অমম্তুং তৌফম খঙদদুনা মুংবং মুংশা য়াইখিবনি।

য়েরববু থম্মোই তিংনা মুংশিবগী মিৎয়েংনা য়েংবা ঙমলক্লবা অমম্তুং য়েক্লবগী মাইকৈদা থোকলকপা য়াবা খুদোংথীবা কয়া থোক্লনবগী মাইকৈরোমদা থম্মোই তিংনা লিংজেল লৈনা থরাই ৱাজবা ঙমলক্লবা অসিঙম্বা মথলগী অরাবা অসি লৈবা ঙম্লবা থম্মোই অদো তে বানবা মপু ঈশ্বরগী থম্মোইদা তিনশিনবা য়ারবা থম্মোই ওইব হৌরকলবনি। ঈশ্বরগী থম্মোইদা তিনশিনববু যোগ কৌই। ঈশ্বরগী থম্মোইদা তিনশিনবা হায়রবদি ঈশ্বর ফংবা হায়রবনি। যোগ হায়বা অসি ঈশ্বর ফংনবা লম্বী অদুনি। অমরোমদা তিনশিন্নবা হায়বা অসি মাম্ন মাম্নবা মশেল তিন-শিন্নে। ঈশিংগা ঈশিংগা; থাওগা থাওগা; য়োৎকা য়োৎকা; সনাগা সনাগা তিন্নে। ঈশিংগা থাওগা তিম্নদে। অদুগুম্না

ঈশ্বরগী থন্মোইদ তিনগে হায়রবদি ঈশ্বরগী থন্মোইগা মান্নবা হোৎনবা তাই। মথৌ ইরৈ লৈতনা ঈশ্বরনা জীব-শিংগীদমক্তা রাই হায়বা অসি রাথলনা ফংবা রানি। অদুনা ঐথোয়স্তু জীবজিংগীদমক্তা রাবা হায়বা অসি ঈশ্বরগী থন্মোইগা মান্নবা হোৎনবনি। অর্জ্জুন্দা অসিগুম্বা মথলগী অরাবা অসি পোকলে।

অসিগুমদুনা ঐথোয়স্তু কান্নদবদা রাবা তোকথোক্তুনা কান্নবা মাইকৈদা হায়বদি জগৎকী য়াইফনবগী মাইকৈ-রোমদা য়াম্না চেকশিন্না "রাবা" হায়বদু তম্বা তাবনি। রাবা হৈরবা মহাক অদু অরাবদগী শোয়দনা লাম্থোকপা ঙমগনি। সংসারগী থরাই পানবা খুদিংমক রাবা হৈবা ওইসনু।

"What is good for all is good for you"

স্বজনান = ঐগী মীশিং হায়বদি শাগে নাতৈ মরুপ মপিজাশিং। লাল পামদুনা লাম্থেংনরগে হায়না লাক্লবা মাইকৈ অনি-মক্তা য়াওরিবা ঐগী শাগে নাতৈ মরুপ মপিজা কয়ামরুমশিং অসি উরগা ঐগী হকচাং অসে চোকথরে, চিনবানস্থ থক-খা কংগ্রে, মুংবু মুশা য়াইরে, তৌফম খংদবা মতৌ ওইরকপা মতৌ অদুবু ঈশ্বর. মাগী মফমদা হে কৃষ্ণ হায়না কৌদুনা অর্জ্জুনা তেংথারকপনি। মসিদা শিজিন্নরিবা "স্বজনান = ঐগী মীশিং" হায়বা রাহৈ অসিগী থোইদোকপা

ভাব কয়া পোকনিংঙাই ওই। মাইকৈ অনিমক্তা য়াওরিবা অথোইবা মীওই কয়া অর্জুনগী মরিমতা শাগৈ-নাতে ঙাকনি মথক্তা হায়প্রে; খ্বাইনস্থ অদুম্না খণ্ডনরিবনি।

মহাভারত মপাঙ্গোংদা চুম্নগী মিৎনা য়েংবা য়াবা লাল অমগুম র'রীনরবস্থ মীওইবগী থস্মোই মসুংদা মতমলৈবখিবিক্তা শোক্লরিবা অপাম-পামদ, অফ-ফত্ত অনিগী লাল মহাভারতকী মশকনি। মিৎয়েং অসিদা স্বজনান ঐগী মী হায়বা ভাব করিনো খণ্ডনিঙফম থোকই। অপাম-পামদ নত্রগা অফ-ফত্ত হায়বা অনি অনি চৎপা অসিগী মসুংদা ঐগী মী হায়বদু করিবু খণ্ডনগদগে খণ্ডনিংবা য়ানি। য়েক্লব অমস্থং য়েক্লদবা মাইকৈ অনিমক্তা স্বজনান ঐগী মী হায়বা মরমনা অপাম্বা মাইকৈ-রোমদত নত্তনা পামদবা মাইকৈরোমদস্থ স্বজনান ঐগী মী হায়বদি ঐগী ওইজবা হায়বা ভাব অসি য়াওরে। অদু ওইরবদি পামদবা নত্রগা ফত্তবা মাইকৈরোমদা য়াওরিবা স্বাজনান ঐগী মী হায়বদো করিনো, করি ভাবনো থিবা তাই।

খুদম অমা শেমদুনা ভাব অসি ফোংদোকপনা হেন্না খুৎলোইবা তাই। খুদম :—সনা মতুম অমা তারস্বা থেংনরিবা কনাগুম্বা অমগী থস্মোই মসুংগী মহাভারতকুম্বা লাল অদু খন্দুনা য়েংশি। লোম্না লৌশিল্লগা কায়থোকপা য়াথল ঐগী ওইজবা য়ানি হায়বদি স্বজনান হায়বা ভাব অদু ময়েক শেংলে। অদুগা অশেংবা মপু খিদোক্লনা পিথোকখিবা ঐগী ওইজদবা য়ানি—পামদবনি। মসিগী মসুংদা স্বজনানগী ভাব কদাইদা লোৎলিবা

লোয়া লৌশিল্লমগদবা সনা অদুবু অশেংবা মপু খিদুনা পি-থোকপদা মপুগা খুল্লিবা অদুগা অনিমকী মফমদা হরাওবা মুংঙাইবগী শরুক খর খরদি অথোই অহেন নাইনা লৈ। হায়বদি খুল্লিবা মতাক অদুনা অশেংবা মপু অদুদা পিবদা য়াম্না ফজবা মুংঙাইবা অমা শোয়দনা লৈ। মত্তবুনি পামদবা মাইকৈদা হায়বদি ফত্তবনি হায়না থনবা মাইকৈরোমদা য়াওরিবা স্বজনান হায়বদি ঐগী মী হায়বদো।

মরম অসিনা অর্জ্জুন্না লানফমদা মাইয়োক্লরিবা য়েক্লবা অমসুং য়েক্লদবা মাইকৈ অনিমক্তা স্বজনান ঐগী মীশিং হায়দুনা রাথলগী মনুংদা য়াম্না কুপনা লৈরিবা ভাবপু শংশংনা ফোং-দোকপনি। হায়রিবা ভাব অসিদি পুকচেল তিংবা মচু লৈতবা, থম্মোই শেংবা গুণ চেনবা অর্জ্জুনগুম্বশিংগী মফমদত্ত ফাওগদবা ভাবনি। ভাব অসি মঙাল ফংনবগী পাম্বেনি। মঙালনা অমম্বু হায়বদি খঙদববু খঙগে হায়দুনা কোইত্তাল তাম্লে। হায়বদি অমম্বা হায়বা মশক অদুবু কোংদোক্লবা, ফংনবা মঙাল হায়বা অসিনা লাকনৈ। মরম অসি লৈবনা অর্জ্জুন্না মতাং অস্বাইদা তেংবানবা মপুবু হে কৃষ্ণ! হে অমম্বা! হায়না কৌজরকই। অসিগুম্বা থম্মোইনা মাগী ওইবা মহাক অদুনা তেংবানবা মপু ঈশ্বর মাবু কৌজবদা শোয়দনা পাওখুমবিরকনি।

মীওইবা খুদিংমক মাগী মাগী মতাং থোকলকপদা মাগী মাগী থম্মোই মনুংদা মহাভারতকী মশক ওইবা অপাম্বা-পামদবা, য়ানিংবা-য়ানিংদবা, অফবা ফত্তবা, ধর্ম্ম-অধর্ম্ম কয়াগী মাইয়োক্লবা

রা কয়াগী রাখল্ লাম্থংনবা মতম মতম অদুদা তং-তাবা ফীরেপ্ লৌবা ঙমলঙ্বা মতমদা "ঐ ঙওরে, ঐ ভাব তাদে, ঐ তৌফম্ খঙ্ত্রে, ঐ শুকতৌ তৌজররোই, ঐ লম্বোইজপ্রগে" অসিনচিংবা রাঙাং কয়া হায়দোকললকই। ঐখোয় খ্বাইগুম্ অর্জুনগু মঙাং অস্বাইদা অসিগুম্বা অবস্তাদা লৈরে। মহাক অশেংনা তৌফম খঙত্রে মহাক্না শিন্নুরিবা লাংলুরিবা পুম্নমক্ অরানবা ঙাক্না ওইনা উরকলে। মরম্ অসিনা অমম্বদা লৈরিবা মাতবু ফংজগে খঙ্গে তাম্নরিবা অমম্বগী মশক্ তেংবানবা মপু কৃষ্ণ ( অমম্বগী মশক্ ) ইবুঙেঙা মঙোন্দা খঙ্দববু খঙবা ঙম্বা উদববু উবা ঙম্বা মঙাল্ অদু পিবিনবা অর্জুনগী প্রার্থনানি। ঐখোয় খ্বাইস্নু অসিগুমনা প্রার্থনা তৌফম থোকই।

অর্জ্জুননা হায়জবা হংজবা পুম্নমক্কী পাওখুম্ ঈশ্বরনা মশেক শেংনা মচা থায়না থায়না ব্যথা তৌবিদুনা গীতাগী মসুংদা পিবিরি। ঈশ্বর হায়বা অসি অর্জ্জুন মথন্তগী মবুঙো নত্তে। ঐখোয় পুম্নমকী মপুনি মবুঙেঙোনি। করিগীদমক্তা ঐখোয়না হায়জবা হংজবা পুম্নমকী পাওখুমস্নু পিবিরোইদগে। মতাং অসিদা খ্বাইনা হ নিংলিবা রাহংদি "অজর্জুনগীদি নিংলকপা পামলকপা মতমদা তাকপি তম্বীনবা পুম্নমক্ উবা পুম্নমক্ খঙ্বা থোইদোক্না তৌবা ঙম্বা তেংবানবা মপুগী শক্তম্ শ্রীকৃষ্ণনা মনাক্তা লেংদনা লৈবিদুনা সারথী ওইবিরি ঐখোয়গীদি কয়াই ?"

মতাং অসিদা ঐখোয়না খন্থবা চুম্মী। মদুদি তেংবানবা মপু ঈশ্বরগী অরেপপা অককনব শক্তম লৈতে। লৈফমস্নু থোক্তে

অহুম্নদি ওইরবদা মাগী ওইফম থোকপা গুণ ময়ামশিং অহুগী মতুংইন্না থবাই পানবা খিবিক্না তোঙান তোঙানবা শক্তম কয়া শেমগৎ শাগৎনবা ঙাক্কনি। মমিংস্থ অহুমনা থোনশিনবা ঙাক্কনি। মীনা মীবু মুংশিবা মণনা মণবু মুংশিবা কৌজেংনা কৌজেংবু মুংশিবা মশানা তাক্কবা য়ানি। করিগুম্বা মীগী মূর্ত্তিনা তেংবানবা মপু মহাক্কী অয়েক্পা শক্তম ওইরম্বা থোক্লবদি কৌজেং হায়বা জীব অপিথক্ক অহুনা মাবু মুংশিবা ঙমফম থোক্কে। তৌইগুম্বমুং তেংবানবা মপুদি তেংবানবদা লৈরিবা জীবা পূম্নমক্কী মুংশিনফমনি। ইবুঙেঙো মাগী মমিং থোনবস্থ অহু মঙাই। মাগী মাগী মরোলদা মাগী মাগী খোম্থোক্না মানা মানা খোইদাজবা য়াহৈ য়াতানা ইবুঙো মাগী মমিং কৌবনি। ঈশ্বর অল্লা তেরে নাম "ঈশ্বর হায়বস্থ নহাক্কনি অল্লা হায়বস্থ নহাকনি গোং হায়বস্থ নহাকনি. মো ··· হায়বস্থ নহাকনি, কুছ হায়বস্থ নহাকনি হায়বা অসিনা ভাব অসি শেংনা ফোংদোকলবদি। অহুগা মসিমস্থ খন্থবা চুম্মী মহুদি করিগুম্বা খোম্থোক অমনা ঐ ঐগী থম্মোই মমুংদা ঈশ্বরগী অচৌবা ভাব পোকহনবা ঙম্বা অহুগুম্বা খোম্থোক অহু ঐগী ইখোম্থোকনি ইরোলনি ইয়াহৈনি হায়না শিজিন্নজবদা থোইনা হেন্না অফবা ওইফম থোকই। অর্জ্জুনগী মাতৃভাষা মমালোন হিন্দি ওইফম থোকপনি অহুবু কৃষ্ণ, গোবিন্দ, মধুসুদন, জনার্দ্দন দেবদয়ানিশ্বি অসি-নচিংবা সংস্কৃত শব্দশিং অসিনা মাগী থম্মোইদা ঈশ্বরগী অচৌবা ভাব কয়া পোকহনবা ঙম্বা মরমনা ইবুঙেঙা মাবু কৌজবদা য়াহৈশিংসি থোইদোক্না খোইদানা শিজিন্নবনি। মীতৈলোন লোনবা নহাক্না

উর্দ্দু ৱাহৈদা অল্লা কৌবা সংস্কৃত ৱাহৈদা কৃষ্ণ কৌবা হিন্দি লোনবা নহাক্না মীতৈলোনগী সনামহিৱেন কৌবা নংগী থম্মোইদা ঈশ্বরগী অচৌবা ভাবপু পোকপা ঙমলবদি করিস্নু অকায়বা লৈফম থোক্কে। তৌবদি ঈশ্বরগী ওইফম থোক্কবা গুণশিং অহু ঈশ্বরগী নত্রগা ধর্ম্মগী নামাদা থোংজিন্দুনা সমাজগী অমাঙবা ওইগদবশিং অহুদি তৌহৈদবা থবক কৌই। মহুবু তৌরুরবদি মশা মশাদা মহুগী চপ চাবা মহৈ শোয়দনা ফংগনি। মানা কৌজবদা কদৌন্নুংদস্নু ঈশ্বরনা মনাক্তা লৈবিরোই অমস্নুং মাগী ৱাহংগী পাওথুমস্নু পিবিরোই।

মথক্তা নৈনরিবা ভাব অসিগী মরু ওইবা ৱাদি অসিনি মহুদি অর্জ্জুনগী মনাক্তা তেংবানবগী মপু ঈশ্বরনা মাগী অরেপ্পা মূর্ত্তি চোংথোক্কুনা শংশংনা লেপ্লিহুনা মাগী হকচাং কায়াংশিং (ইন্দ্রিশিং) অহুনা ৱা ঙাংহুনা, খুদোম্বীনা থিন্দুনা খুংকা খুংকা পাম্বোমগা পাম্বোমগা পায়নহুনা লমজিংবগী ৱাফম নত্তে; শরুাইদবা মহাক্ অর্জ্জুনগী শেংলরা থম্মোই মন্নুংদা চংহুনা পুক্লিংগী সারথী ওইবীবগী ৱানি। মরম অহুনা ঐখোয় খুদিংমকমু মথক্তা নৈনখ্রিবা অর্জ্জুন হায়বা গুন অসি চেন্নবা হোৎনরবদি অমস্নুং চেনবা ঙমলবদি ঐখোয়গী থম্মোয় আসন্দা শ্রীভগবান্না লেংশিনবিহুনা ঐখোয় খুদিংমক্কী পুক্লি-সারথী শোয়দনা ওইবিগনি। ইবুঙেঙো মহাক্না ঐখোয় ঐখোয়গী পুক্লিং সারথী ওইবিরবা অহুতদা তৌরু তৌরুবা থবক খুদিংদা মঙ্গল ওইবা মাইপাকপা লৈবাক থৱাইনা শকখং মাইথংবিবা হায়বা অহু ওইগদবনি। মরম অসিনা অর্জ্জুনগী

থম্মোই শেংবা, মচু লৈতবা, অর্জ্জুনগুম থম্মোই তিংবা, অর্জ্জুনগুম অহিং ফাওবা তুমদবমথৈ নোম্বা কনবা, অর্জ্জুনগুম থাথল চোইদবা ঙম্বা, অর্জ্জুনগুম থকশি-খাশি থঙবা অর্জ্জুনগুম ঈশ্বরদা ভক্তি লৈবা অতুগুম্বা মী মহাক অতুগী থম্মোই সি হাসন্দা। ঈশ্বরনা ঙাম্মোইন লৈবিগনি অমসুং পুক্লিং সারথী ওইবিগনি। থম্মোইগী পাওথুম শোয়দনা পিবিগনি।

কৃষ্ণ=অমুবা, শংবাননবা, নীম মচুদা য়াকশিনবা অসিনচিংবা মচুবু খঙনৈ। মচু হায়বা অসে গুণনি। গুণ পুম্নমক্কী থোকলকফম অমসুং তিনশিনফম তেংবানবা মপু ঈশ্বরনি। অমরোমদা মচু হায়বা গুণ অসি করিগুম্বা পোংশক অমদা পকশিন্দ্রবদি মাগী লৈফম লৈতে অমসুং উবা ঙমদে খঙবা ঙমদে। মরম অসিনা ঐখোয় মীওইবগী থরদং অককননা লৈজরিবা ইন্দ্রি-শিংগী মন্নুংদা মিং হায়বা ইন্দ্রি অসিনা উবা ঙম্নবগীদমক্তা মচুশিং অসি পকশিনবা থোইদোক্লা নুংশিনফম ওইবা মূর্ত্তি অমা তেংবানবা মপুগী শক্তমগী ভাবতা শেমগৎপা হায়বা অসি কান্নবা অপাম্বনি। নত্রবদি শক্লাইদবা ঈশ্বর মাগী মফমদা ঐখোয়গী থোইদোক্লা মরুওইদা প্রেম নুংশিবা হায়বা ভক্তি অসি কৎপা য়ানা থোকই। ঐখোয় কনা অমত্তনা তেংবানবগী হৈ, লৈনচিংবা করিগুম্বা পোং অমত্তা ওইনহনবা ঙমদে। মরম অহুনা পোংশিং অসিগী মপুসু ঐখোয়না ওইবা ঙমদে। ঐগী নত্তবা পোং অত্তু ঐখোয়না কনাদসু কথোকপা ঙমদে। মরম অহুনা হৈ লৈনচিংবা ঈশ্বরদা কৎপা হায়বা

অসিগী মনুংদা নাপল নত্রগা হুরানবগী ভাব অমা মশান্না য়াওজ-ররনি। মাগী মপোৎনা মঙ্গোন্দা সেবা হাল্পবদি থৌগল্‌ তৌজবা অশেংবা কথোকপনি। মরম অসিনা কৎপা হায়বা ব্রাহ্ম অসিদগী সেবা হায়বা অসিনা ভাব ফজবা হেল্লি। অহুগা প্রেম নুংশিবা হায়বা অসিদি ইশা ইশানা পোকহনবনি, ওইহনবনি। অহুনা প্রেমগী মপুদি পোকলিবা মহাক অহুনি। মপু মাগী প্রেম অহু ঈশ্বরগী মফমদা কৎচবগী অধিকার লৈ। প্রেমগী মনুংদা ভক্তি মশানা য়াওজবা ভাবনি। ভক্তি য়াওদবা প্রেমদি লৈফম থোক্তবনি করিগুম্বা লৈবা তারবস্থু ঈশিং খুক-খুক কংলবা তুরেলগুম্বনি। মরম অসিনা কৎপা অমসুং সেবা হায়বা ব্রাখল অসি হেক লাকপদা কনাদা হায়বা ব্রাহং অমা মতোমতা লাকচি। মহুগী শাওখুম মঙোন্দা হায়না খিন্দুনা তাকনিংই। ব্রাখল অসিদগী মূর্ত্তি পোকখি। কবি মচু হায়বা অসিনা হেক মথংদা লাকপা ব্রাখলনি।

ওমথৈ লৈতবা অতিয়া শংবান্নবা উই। ওমথৈ লৈতবা সমুদ্র শংবান্নবা উই। মরম অসিনা শংবান্নবা মচুগা ওমথৈ লৈতবা হায়বা গুন অসিগা য়াম্না মরী লৈনৈ। অসিগী মথক্তা মৈশাগী পোকললকফম ওইরিবা হুমিৎকী মচু শংবান্নবা উই। য়োৎনচিংবা অকনবা পোৎশিংবু শোদোকপা ওমলিবা হায়রবদি খ্বাইদগী শাবা মৈশাগী মচুহ শংবান্নে। মরম অসিনা শংবান্নবা মচুগা খ্বাইদগী শাবা মৈশা পিবা ভস্মা চাকথেকপা ওস্মা হায়বা গুন অসিগসু য়াম্না মরী লৈনরে'। ব্রাখলশিং অসিদগী লৌখৎতুনা তেংবানবা মপু ঈশ্বর মাগী মচুদি শংবান্নবনি হায়না লেপ্পী। মরুম অহুনা

মূৰ্ত্তি অহুদা মচু অসিনা, শুগ শুইহল্লি। মমিং "শ্যাম=শংবান্নবা" হায়না ঈশ্বরগী ভাব পাকচাওনা পোকহল্লি।

অমুকন্থু খঙলবনি হায়না লৈরিবা পৃথ্বীগী ঐখোয় ময়াম অসিনা খঙদবা হায়বদি অমম্বগী শরুক লোম্বা নাইদনা লৈরি। খঙবা হেনগৎলকপা অহূক্কী মতিক খঙদবগী শরুকস্থু হেনগৎলক্কনি হায়বা অচুম্বনি। মতুবু অমম্বা হায়বনি। অমম্বদা খঙগদবা পুম্নমক লৈরে। মহ্ থিবা তাবনি। ঐখোয় পুম্নমক্কী থিদোকফম চংফম হায়বা অহুম্ব অমম্বনি। মরম অসিনা অমম্বা হায়বদি অমুবা হায়বা গুণ অসিমস্থু তেংবানবা মপু ঈশ্বর মঙোন্দা পকশিনবনি। মরম অহুনা মাগী মমিং "কৃষ্ণ=অমুবা" হায়না কৌহুনা ঈশ্বরগী পাক-চাওরবা ভাবপু ৱাখলদা পোকহনবনি।

অৰ্জ্জুনগী ৱাথলনা ফুম্বংনরবা মতমদা মথক্তা হায়রিবা ইবুঙো মাগী গুণশিং অসিবু হে কৃষ্ণ! অহুম হায়না নিংশিংহনা অর্জ্জুনগী লৈতাফম খঙদ্রবা থম্মোইদা গুণশিং অসি মতিক মঙাল পামলক-পদগী প্রার্থনাগী মওংদা কৌরকপা শ্রীভগবানগী মিংলেননি। অসিগুম্বা ঐখোয়গী থম্মোইগী অবস্থা লাকপদা ঐখোয়স্থু কৌবা য়াই হে কৃষ্ণ! হে অমম্বা! হে শ্যাম! হে শংবান্নবা!

চাকথেকপিরো হে শংবান্নবা! থম্মোইগী অমোংপশিং
ঙাম্থোকপিরো হে অমম্বা থম্মোইদগী অমম্বশিং
শুইজরগে ঐখোয় পুম্নমক ননাই অর্জ্জুনশিং

গাণ্ডীব=গণ্ডীবা হায়বা লীরুং অসি ব্রহ্মা কৌবা লাইনা শাখিবনি। চন্দ্রদেব থা কৌবা লাইনা শিজিন্নহনা হিংচাবা কয়াবু জয়

তৌখি। অসি গুপ্তা লীরুং অসি চন্দ্রদেবনা ঈশিংগী নিংথৌ বরুন দেবদা শিন্নরম্মী। বরুন দেবনা অগ্নিদেব মৈ কৌবা লাইদা শিন্নখি। মৈ কৌবা লাই অগ্নিদেবনা অর্জুনদা শিন্নখিবনি। মসি গাণ্ডীবগী ৱারীনি। ব্রহ্মা হায়বদি লৈশেম্বা লাইনা শাখিবা লীরুং অসিগী অহানবা শিজিন্নখিবা অসি চন্দ্রদেব থা কৌবা লাই অসি থোকলে। চন্দ্রদেববু সোম হায়না খঙই। অতোপ্পা অর্থ অমদা সোম হায়বদি মতিক ময়াই লৈবা হকচাংদা কান্নবা পিবা হিদাকী মশক ওইবা উন্নী অমবুসু খঙই।

মথক্তা থেংনরিবা ৱারী অসিদা য়াওরিবা ৱাশিং অসিগা মবি লৈনবা ভাব কয়া খন্দোক খঞ্জিন ৱাথল তৌবদা ফংবদি ব্রহ্মা হায়বদি শকনাইবা কয়াগী পোকলকফম থোরকফম ওইরিবা ব্রহ্মাদগী পোকখিবা গাণ্ডীব কৌবা লীরুংনি। হায়বদি লীরুং অসে লৈশেম ঙৈদগী লৈরক্লবনি; য়েলহৌঙৈগী ওইবা খুংলাইনি হায়বনি।

গাণ্ডীব কৌবা লীরুং অসি জগৎ পূম্নমক্ত শান্তিগী মওা য়েনবিবা, জগৎকী য়াইফনবগীদমক্তা মশাগী নিয়ম কায়বা লৈতন মশাগী মথৌ কাওবা লৈতনা খ্বাইনা তুমহনা লৈথোকপা মন্তমদ ফাওবা তুমদমথৈ মথৌ তৌবা শক্তম অমনি হায়না ল্লৌনবা য়াব অতিয়াগী থাজনা মথৌ পাংথোক্নবা শিজিন্নরম্বা খুংলাইনি। হায়বদি তেংবানবগী য়াইক থৌরম কয়া পাংথোকপা ওম্বা যন্ত্র অমদি হায়বনি।

মথংদা মাগী মফমদা অনেম অরাং অচৌ পিশক্কী থেন্নবা খমদ পূম্নমক্তা কান্নবা পিবা ঈশিংগী নিংথৌ সমুদ্রগী মপু বরুন কৌ

লাইওইবা গুন অসিগী সমুদ্রদা তিংহনা জগৎকী য়াইফ থবক পাঙথোকপা ডম্বা যন্ত্র অসিগী মথৌ শঙখ্ বনি।

মথৌংদা পুন্নমক চাকথেকপা ডম্বা মৈ কোবা লাইনা হায়রিবা গাণ্ডীব কোবা য়াইফবা থবক পাঙথোকপা ডম্বা যন্ত্র অসি মশক শেংনা থঙলহনা কর্ম্মবীর অর্জ্জুনগী মফমদা শিন্নবনি। অদু ওইরবদি হৌজিক গাণ্ডীব করিনো ?

ম্রাহং অসিগী থ্বাইদগী অচমবা পাওখুমদি গাণ্ডীবা হায়বদি তেন হায়বনি। করমবা তেন্নো হায়ববু পুক্নিংগী তেন্নি। শিজিন্নফমনা তেংবানবগী শান্তি ওইনবা অফবা থবক্তা শিজিন্নবা। পুক্নিংগী নুংন্দোংদগী কাপথোক্নরকপা মথল মথা য়াম্নবা তেন কয়ানা পাক্নবা পৃথ্বী অসি খোন্না কৈনরবনি। অদুবু গাণ্ডীবগুমবা পুক্নিংগী তেন্দি য়াম্না অতাংবনি। ইন্দ্রিশিংগী মথা পোন্দবা থ্বাইগী মঙ্গলগীদমক্তা নিংবা পুক্নিদগী কাপথোকপা তেন গাণ্ডীবনি। ম্রাফম অসি য়েলহৌবৈদগী লোয়নরকপনি হায়বা অসিসু মশানা অদুম তাজ-রবনি।

পায়খৎলো তাইবং থম্রাই পুন্নমক নংগী নংগী গাণ্ডীব কাপশিল্লো হৈনবা নথোদা চেংনা পায়দুনা নংগী গাণ্ডীব লাম্হেংনরশি লানফম কয়া চেংনা পায়দুনা ইশাগী গাণ্ডীব ডমলবদি খাওডু ফত্তবা-শা মমাংসিদা ঐগী গাণ্ডীব।

**Gandiba the weapon for action.**

কেশব=কেশী কৌবা হিংচাবা হাৎখি হায়বা ব্রারীদগী মহাক অহুন কেশব কৌই। কেশব হায়বা অসি তেংবানবগী মপুনি। অহুন কেশব হায়রগা তেংবানবা মপু ঈশ্বরবু খণ্ডনবা অসি থরা ব্রহ্ম ব্রাখলনি। কনাগুমবা তমখিবা হিংচাবা অমা হাৎলগা মহুগী অচমবা গুণ অহুনা মিংথোল ওইহুনা জগৎ পুম্নমক্কী মপুদ থোঞ্জিনবা ব্রাখল অসি থরা পেনবা ব্রাৎলি। মরম অহুন থরা মখা তানা নৈনবা ফৈ।

'ক' হায়বা অসিগা "ঈশ" হায়বা অসিগা অনি অ তিন্নরগা (সন্ধি তৌরগা) "কেশ" থোকহনবা য়াই; 'কেশ দগী "কেশব" ওইরকপসু য়াই।

'ক' ব্যঞ্জন ময়েকশিংগী মকোকনি অহুবু স্বরগী মতে য়াওদনা ক-গী খোঞ্চোক থোকহনবা ঙমদে। খোঞ্চো থোক্কুবদি 'ক' হায়বা ময়েক অসি লৈতবগুমবনি। ব্রাখ পরিং অসিগা চপ-মান্নবা স্বরগী মশক ওইবা তেংবানবা মপুগ মতেংনা থৌজালনা অফোংবা তেংবানবা শেমবদা মচাক ওই গুণশিংগী শক্তমশিং ব্যঞ্জন ময়েকশিংগী মতৌগুমবা ব্রহ্ম (The Creator) বিষ্ণু (The Administrater কামদেব (The Lust) বায়ু (The Air) যম (Th Judge) সূর্য (The Sun) আত্মা (The Soul নিংথৌচা (The Kings) মরুশিং (The Roots পুক্নিং (The Mind) শা-উচেক (The Animals হকচেংশিং (The Corpus) মতম (The Time

নোং ( The Cloud ) ব্রাহি ( The Words and Sound ) অমসুং শম ( The Hairs ) অসিনচিংবা ব্যঞ্জন ময়েককুম্বা ময়াম অসিগী লুচিংবা অহৌবা মকোক অতুবু 'ক' হায়রগা খঙনৈ। পুম্নমক অসিগী মপু "ঈশ" অতুবু "কেশব" কৌবা য়াই।

সংস্কৃতকী চংনবী ব্রাখল থোইদোকনা পাক চাওই। "কেশ" হায়বা ব্রাহি অসিনা মীওইবগী কোক্কী শম্বু খঙনৈ। ফজবা শম হৌবা মহাক অতুবু "কেশব" হায়নসু খঙনৈ।

লেখক্কী ব্রাখলদা ঃ— মীওইবগী কোক্তা হৌরিবা শম হায়বা পোৎ অসিগী মতেংনা মীওইবা ঐখোয় মশেল অমগা অমগা সংসার মায়াগী লাং থাক্লফম ওইনরি। অসিগুম্বা শম হুকচাংগী তু কয়ামরুম অসিনা হায়বদি মপান্থোংগী উনশা অসিনা থম্মোই মনুংগী অমোংপা কয়াবুসু কুপশিন্দুনা অওইবনা অসিনি ওইদবনা অসিনি হায়বা মফম খঙহন্দে। মসিনা তেংবানবা অপুম্বা অসিবু হিংচা-য়াইতম্বগী স্বভাবলোমদা হোইহনা পুই। অসিগুম্বা হিংচা-য়াইতম্বগী শক্তম লৌরিবা মিয়েংদনা ফজনা উহল্লিবা শম অসিবু সংস্কৃত লোন্দা "কেশী" ব্রারীদনা "কেশী কৌবা হিংচাবা" হায়বনি। অসিগুম্বা মায়াগী লাং অসিগুম্বা শাশিন্নবা শেমগৎপা ওইদবা মপান্থোংদতা মালহনবা পুম্নমক অসিবু মাঙহনবা নমথেকপা ঙম্বা মহাক অতুবু কেশী কৌবা হিংবাবা হাৎপা ঙম্বা গুণগী লৈফমনি হায়বা ব্রাখলদা তেংবানবা মপু ঈশ্বর মাগী মমিং অমা ওইনা "কেশব" কৌবনি।

হে কেশব! হায়বা মিংথৈ অসি হেক শোনবদা ওইদবা,

শাশিন্নবা, অওইবা মানবা কয়াগা য়ানশিন্নহূনা অশেংবা অওইবা অচুম্বা কয়াগী মশক খণ্ডবা ঙমলমদবশিং অহু ঙমজনবা ঈশ্বরদা প্রর্থনা তৌবনি হায়না লৌবা তাবনি।

মরম অসিনা লানফম ময়াইদা লাল হেৌগদবসু ঙাইহাক্তা ঙাইরবা তাঙ্গা অহূদা অর্জ্জুনগী থম্মোইদা অশেংবা অচুম্বা তৌফম থোকপা মথৌ খণ্ডনিংবগী য়াথল পোকলক্কুনা তেংবানবা মপু মাগী মফমদা হে কেশব! হে অশেংবা মশক তাকপিহৈবা! অসুম্না কৌজহূনা অর্জ্জুনগী অনিংবা থম্মোই হাংদোকচবগী য়ানি।

অনৈবা ঈশিং হায়দোকপিবা হে কেশব!
অরুবা ঈশিং পিথকপিবা হে কেশব!
ওইদবা কয়াবু মাংহনবিবা হে কেশব!
অওইবা মশক তাকপিবা হে কেশব!
অওইবা মানববু মাঙহনবিবা হে কেশব!
অরেপ্পা অওইবা খণ্ডহৈবা হে কেশব!
অ-সং মাংহনবিয়ু সৎ-কী লমবীদা লমজিংবিয়ু
অমন্না কোকহনবিয়ু অঙানবদা লমজিংবিয়ু
অশি লম্বী থিংবিয়ু শিদ লম্বী লমজিংবিয়ু।

## Keshava the desroyer of mirage.

গোবিন্দ='গো' হায়বনা তেংবানবদা লেংলি পাল্লিবা জীব পুম্নমক খণ্ডনগনি। 'বিন্দ' হায়বনা মাগী মাগী কাংলুপ কাংলুপশিংবু খণ্ডনৈ। মরম অহুনা তেংবানবদা লৈরিবা লেংলি পাল্লিবা

মাগী মাগী তোঙান তোঙানবা কাংলুপ পূম্নমকনা মতোন্দা তুংক্তম তাক্তম ওইবা মহাক অতু গোবিন্দনি। হায়বদি তেংবানবা মপু ঈশ্বরনি হায়বা ভাব ফোংদোকপা ৱাহৈনি। তেংবানবা পূম্নমকনা মতোন্দা লৈবা পূম্নমক্কী থৱাইগী মশক গোবিন্দনা মাগী ওইবা থৱাই পানবা ময়ামশিং অসি অমগা অমগা হাংতোক হাংচিন তৌনবা অমনা অমগী ম্নানবা শিন্নবা পামফম থোক্তে। মরমদি তাইবং থৱাই পূম্নমক মাগীদি মচাগুম্বনি মচানি। ৱাখল অসিবু লাইগী ওইবা স্বভাব ৱাখল কৌই।

অসিগুম্বা লাইগী ওইবা ৱাখল অশেংবা স্বভাব অসিবু ফংনিংবদগী "গোবিন্দ" হায়বা ইবুঙঙা মাগী মিংলেন অসি মতাং অসিদা শোঞ্জহ্নুনা অর্জ্জুননা তেংবানবা মপু ঈশ্বরদা থম্মোইগী ৱাহং হংজরকপনি। জীবা পূম্নমকপু পোকপিবা মপু গোবিন্দনা মাগী মচাশিংগী মরক্তা অমগা অমগা লালথেংনহ্নুনা হাংতোক্কবসি পামফম থোক্কবনিনা মহু তৌফমস্থ থোক্তে। অমরোমদা লৈবাক্কী মপু ওইহ্নুনা মুংঙাইনা পানবা হায়বা ৱাখল অসিগী মম্নুংদা য়েক্কবগী মাইকৈদা লৈরিবা মাগী মুংশিজরবা গুরুদেব, মবুধো মকু-মম্নাক মচা-মশু কৱাগা লোয়ননা হিংমিন্নবগী ভাব য়াওরিবনি। নত্রবদি লাল ঙমলে হায়হ্নুনস্থ প্রজা য়াওদনা করি মুংঙাইক্তম থোকপগে। মতৌ অম্নুম্না গোবিন্দ হায়বা গুণ অসিগী মিংৱেংদা য়েংলকপদা লাল তৌনবা চুম্নত্রমাল্লে হায়না চিংনরকলবা অর্জ্জুন্না তেংবানবা মপুগী গোবিন্দ হায়বা গুণ অহুবু নিংশিংহ্নুনা অরেম্না অচুম্বা ঈশ্বরগী ওইবা মতাং অসিদা তৌগদবা মথৌ লোয়নবা কীৱেপ

অহু খঙ্জনিংহুনা থম্মোই ত্তিংনা হায়জরকপনি। রাখল পুম্নমক অসি গোবিন্দ হায়রবা মিংলেন অসিদগী পোকহনর্বান। মরম অসিনা গোবিন্দ হায়রবদি জগৎকী মপা হায়বনি।

## Govinda the containor of all.

মধুসুদন=মধু কৌবা হিংচাবা অমা হাংখি হায়হুনা জগৎকী মপু ইবুঙেঙা মহাক্পু 'মধুস্দন' হেক হায়গদবা নত্তে। মসিদি মনুংদা লোংনা অর্থ ফুম্না রারাগী রানি।

রাখল অমবোমদা মধু হায়বদি খোইহী নত্রগা অথুম্বা সূদন হায়বনা নোইহংপা মাংহনবা হায়বনি। খোইহী মাংহনবা নত্রগা অথুম্বা মাংহনবা হায়বা অসিনমু, ইবুঙেঙা মাগী মিংলেন ওইফম থোক্তে।

কনাগুম্বা অমনা কনাগুম্বা অমগী মফমদা খোইহীগুম কাম্নবা থুম্বা মানবা খোইথুম্নবা রাঙাং রাতা লিচং-শাঙ্গং কয়ানা লাংগাক ওইরগা মমৈথংদা মশাগী অপাম্বা থুংনবা হোংনবা অহুগা অতোপ্পা অমহুগীনা অরাবদা তাহৌবা অহুগুম্বা মধু চিনবান খোইহী তৈবগী লাং অহুবু সূদন মাঙহনবা ঙমবা, অচুমবা তাশেংবা মচং অহু উবা ঙমবা অহুগুমবা ঈশ্বর ইবুঙেঙা মাগী মফমদা অর্জ্জুনগী হাংদোকলিবা থম্মোই অহু চিনবানথোংগী খোইহী তৈবা নত্তে অশেংবা থম্মোইগী অশেংবা অপামবনি হায়না প্রমান তৌবগুমবা ভাবতা "মধুসুদম" লৈশি লৈখোনবা হৈজদবগী থম্মোইগী অশেংব ভাব উবিনবা প্রর্থনানি। মরম অসিনা মতাং অসিদা অর্জ্জুননা

মধুসূদন হায়বা মিংলেন অসিবু শোল্লকপগী ভাবতি মশামক্কী মথ্বাই পাম্মুবগী ব্রা তশেংবা নত্তে লৈবাক ফংগনি হায়বা অংপান্ধা অসিগী মখাদা মাগী মরি-মতা ঙাক্কনা থল্লবা মীয়ামশিং অহুগা লাম্থেংনহুনা মখোইগী মথ্বাই হাংনিংদ্রে অহুনা লাল অহু তোকথোকনিংলে হায়বা অসি তশেংবনি হায়জিন্নবা নত্তে হায়বা অতিংবা অশেংবা ভাব অসি ফোংদোকপনি। মরম অসিনা হে মধুসূদন! হে চিরোন মাঙহনবা হায়বা মিংথৈ অসি ঈশ্বর মাগী মগুণনি মিংথৈনি। মিংথৈ অসিবু শোঞ্জরগা সংসারগী চিরোল-লাং কয়াদগী লাম্থোক-দবা ওই।

## Madhusudon the killer of flattery.

জানার্দ্দন=অর্জ্জুননা হাংপা হায়বা থবক অসি তশেংনা তৌনিংদ্রবা মতাংদা জনার্দ্দন হায়বা ব্রাহৈ অসিনা মিংগৌ ওইহুনা তেংবানবা মপু ঈশ্বরবু থম্মোই আসন্দা কৌশিনবনি। "জনান অর্দ্দতি ইতি জনার্দ্দন" হায়বদি জনানগা অর্দ্দতিগা ব্রাহৈ অনিনা তিন্নবদগী জনার্দ্দন পোকই। অর্থদি 'জ' পোকপা নাইবা পুম্নমক "জনান" পোকপা শিবা নাইবা থব্রাই পুম্নমক মরু ওইনা মীওইবা পুম্নমক, অর্দ্দতি কনবি ঙাকপিবা শুপচিন্না হায়রগা "তাইবং থব্রাই কনবিবা" 'জনার্দ্দন' হায়বনি। মরম অসিনা অর্জ্জুননা থম্মোইদা পামজরিবা অহুগা কৌথোরকলিবা মিংগৌগী ভাবকা অনি চপ চানরে। শন্দোরকলিবা মিংলেন অসিমক্কী মমুংদা অর্জ্জুন মশামক্কী থম্মোইগী প্রর্থনা

মশানা য়াওজরে। তাইবং থরাই কনবা ঙম্বা হায়বা ভাব অসিগী মতুংদা তাইবং থরাই পিবা ঙম্বা হাপ্পা ঙম্বা হায়বা গুণ অদুসু অতুম য়াওজরবনি।

## Janardon the saviour.

পাপ=তেংবানবদা 'পাপ' কিদবা কনা অমত্তা লৈতে। পাপ কিবদগী সমাজ ওইবনি। করিগুম্বা পাপকী অকিবা লৈরমদবা থোক্লবদি সমাজ হায়বা অসিগী মশক খঙবা ঙমলমল্লোই-দবনি। পাপ হায়বা পোৎশক অসিদি হি-চা-য়াইতম্বগী স্বভাবতগী ফাওবা হস্তখ্রবা পোৎশকনি। স স্কত লোন্দা পাপ হায়বদি ফংবা নত্ত্রগা পুবা হায়বা ভাবপু খঙনৈ।

করিগুম্বা ফত্তবা থবক অমা তৌরুববা মতুংদা থম্মোইদ নিংঙমদবা মু ঙাইতবা করিগুম্বা অমা লৈহোবা অদু পাপনি। অদুগা করিগুম্বা অফবা থবক অমা তৌরুরবা মতুংদা থম্মোইদা মকালাম্বা মুংঙাইবা করিগুম্বা অমা লৈহোবা অদু পুন্য কৌই। পাপ পুন্য অনি অসি মশক খঙববু ধর্ম্ম খংবা কৌই।

পাপকী থবকনা জীবশিংগী স্বভাবপু হোংহল্লি। শিববা মতুংদা লেমহৌরিবা স্বভাব অদুনা পাপ অদুবু পুদুনা চৎলি। মরম অদুনা শিবা লৈতবা থরাই আত্মা অদুদা শান্তি ওইহন্দে। তেংবানবগী শেমগৎ শাগৎপগী থবক্তা মৈথাই থিনগাইবা থোকহনবা পুম্নমক পাপনি। পাপ থম্মোইগী রানি; শক-নাইবা পোৎশক অমা নত্তে। পাপ পুন্য অনি অসি রাখল থনবা হৈরবদি ওক্লোক ওনস্লিল য়াই।

পাপ হায়বা অসি খম্মোই মনুংদগী হায়বদি মীওইবগী ৱাখলদগী পোকপনি। তৌরিবা থবক অদুদা পাপ লৈবা নত্তে থবক অদু তৌনবগী খল্লিবা ৱাখল অদুদা পাপ লৈবনি। হাংপা হায়বা থবক অসি ওাক্তদা পাপ লৈগদবা নত্তে। থাক্লৈশেংনা হাংপদগী হাংকে হায়না খনবা ৱাখল অদুদনা হেল্লা চাওবা পাপ লৈ। অর্জ্জুননা লমন থুমনিংবদগী ওইরবস্থু নত্রগা লৈবাকী মপু ওই-নিংবদগী ওইরবস্থু নত্রগা য়েক্লববু মাঙহল্লিংবদগী ওইরবস্থু লালগী থৌরাং শিল্লুরে লোয়ননা মীওইবা কয়াবু হাংতোক্লগে হায়বা ৱাখল তৌরুরে। মশাগী অপাম্বনা লমজিংহনা হাংপা হায়বা থবক অসি তৌগে খল্লুরে। মরম অসিনা অর্জ্জুনগী খম্মোইদা ওশেংনা পাপ লৈরবনি। অসিদস্থু নত্তনা অর্জ্জুনগী হৌখিবা পুক্নিদা থেংনখিবা অচৌবা মচা লানফম কয়াদা হাংপা হায়বা থবক অসি মশিং থিঙমদনা তৌথ্রবনি। অদুবু গীতাগী অহুম শুবা অধ্যায়গী অহুম শুবা শ্লোকতা 'অনঘ' হায়বদি শেংলবা হায়বদি পাপ য়াওদ্রবা হায়না তেংবানবা মপু ঈশ্বরগী ৱাখল ওইনা হায়রি। হাংপগী থবক অস্তুক য়াম্না তৌরকপা অদুবু পাপ লৈদ্রবা হায়বা অসিদগীস্থু খংবা য়াই মদুদি পাপ হায়বা অসি থবক অদুদা নত্তে অদু শ্লোকবগী খনবা ৱাখল মখন অদুদা লৈরে। যম হায়বা লাই অদুনা মী কয়াগী মথাই লোই হায়বদি হাংলি; অদুবু যম পাপিনি হায়দে। লানফমদা মী কয়া অমগা অমগা হাত্তোকনৈ। অদুবু লান্মী অমত্তা পাপিনি হায়না শিংথানদে। অদুনদি পাপ হায়বা অসি ইশা ইশ্যাতগী ওইবা অপাম্বদগী পোকপা ৱাখল অদু

পাপনি। ব্রাখল অতুগী মখাদা তৌবা থবক খুদিংমকসু পাপনি। অতুগা থ্বাইগী ওইবা কান্নবদগী পোকপা ব্রাখল অমসুং ব্রাখল অতুগী মখাদা তৌবা থবক খুদিংমক পাপ নংতে পুন্যনি।

অর্জুননা মরনাইগী ব্রাখলদা লাল তৌগদৌরিবনি থল্লবা পাপকী ব্রাখল অতুবু তৌফম মথৌ তৌবগী ব্রাখললোমদা ওন্থোকপা ঙমলবদি পাপ অতু পুন্য ওই হায়বা অসি তশেংনা ময়েক লানা উৎলবনি। তপনা নুংশিদনা ফুবা পাপনি; কন্না নুংশিনা ফুবা পুন্যনি। ফুবা হায়বা থবক অতুদি চপ মান্নে। ব্রাখল অতুতদা পাপ পুন্য অনি থোকপনি। মরম অতুনা স্বভাবনা পাপ পূন্নমক পুন্য ওন্থোকপা য়াই। মসিবু পাপ কোকপা কৌই। ঐখোয় খুদিংমক পাপ কোক্নবা হোৎনবা চুমই।

লোভোপহতচেতসঃ=লোভ+উপহত+চেতসঃ। লোভ=অপাম্বা মিহৌবা; উপহত=খুম্বাংপা, লাকথুবা; চেতস=পুক্নিং লৌশিং শুপচিন্না হায়রবদা "অপাম্বনা শুম্বাৎলবা পুক্নিং" "অপাম্বগী মথা পোল্লবা ব্রাখল" হায়বা অর্থনি। অপাম্বগী মখা পোনবা ব্রাখল হায়বদি ব্রাখল অতুগী মচু অমা লৈরবনি অডৌবা হায়বদি মচু লৈতবা হায়বা ব্রাখল অতু ওইদ্রবনি। মতুনা করিগুম্বদসু অতিংবা হায়বা অতু ওইবা ঙমদে। অতিংবা থম্মোই চেনবা মীওইশিংনা অসিগুম্বা মচু লৈরবা হায়বদি অমোংপা ভাব অসি য়াম্না থুনা থুনা উগল্লি।

লোভ অপাম্বা মিহৌবা হায়বা অসি পাপকী হৌফমনি। অপাম্বা মিহৌবা হায়বা অসি মীওইবগী অফবা লমচৎকী

তশেংবা য়েক্লবনি। অপাম্বা মিহোৌবদগী অচোম্বা, হৌন থওদবা, মশাগী সনমান মান মর্যাদা মাংলকপা, মমৈথংদা মাগী মী মীচং লৈনক্লনা ওইরকই। শিরমদাইগী মতমদা কাওবা অহুদা লৈহুনা স্বভাব অহুমক্তদা অহুম চংথি। অতুবু থ্বাইগী ওইবা রাখলদা অমম্ভুং হেল্লা পাকথোক-চাওথোকপা রাখলদা থুদম ওইনা পৃথ্বীগী য়াইফনবগী মাইকৈদা অপাম্বা মিহোৌবা রাখল অসি ওন্থোকপা ওমলবদি মতুগী কান্নবস্থু থোইদোক্লা চাওখ্রে। অপাম্বা-মিহোৌবা হায়বা ভাব অসিনা মীওইববু অথুবা অমম্বা লম্বীদা লমজিংহুনা চংলি; অতুগা অপাম্বা-মিহোৌবা লৈতবা রাখলনা মীওইববু অপাকপা অঙৌবা অঙানবা লমবীরোমদা লমজিংহুনা মমৈথংদা থোইদোক্লা লুংডাই-য়াইকবা মতমদা চংলি। মতুবু স্বর্গ হায়নস্থু খঙনবা য়াই।

লোভ হায়বদি মিহোৌবা অসিদগী কলকপা পোকই; কলক-পদগী থমবনবা পোকই; থমবনবদগী খংনবা পোকই; খংনবদগী অচুম-অরান মাংলকই; অচুম-অরান মাঙলকপদগী তেংবানবগী শান্তি কায়রকই মমৈথংদা সর্গগী মশক তেংবানবা পূন্নমক অসি নোরোক্লী মশক শাথিনা তমথিবা লৈখা তারকই। মরম অসিনা লোভ হেক্সিল্লা পামশিনবা কলকপা হায়বা লিচং-শাজং হৈনবী অসি পূন্নমক মাঙনবগী মশকনি। হেক্সিল্লা পামবগী অসিগুমবা অমাঙবা মগ্নাম অসি থস্থরূবদা য়াইমবা অর্জ্জুননা লাংলুরিবা লালগী থৌরাং অপূমবা হেক্সিল্লা পামশিনবা স্বভাবতগী থোকলকপা ওইরমাল্লে হায়না থস্থরকপনি।

লোভ হায়বদি অপামবা হায়বা অসিদগী অতোপ্পা অর্থ

অমম্না ঐগী ওইজনিংবা ভাব অসিনি। ঐখোয়না ঐ হায়বা অহুদি মশক খঙদে অমসুং খংনবসু হোৎনদে অদুগা ঐগী ওইজ-নিংবা ভাব অসিমদি অংাং ওইরিবৈদগী হৌনা হৈনবা তমলকই। ঐগী হায়বা ভাব অসিদা ঐখোয়না সুংঙাইবা পোকচ। অদুগা মপুনি হায়না খল্লিবা ঐ হায়বদো কদাইনো? ঐগী খোং ঐগী খুৎ ঐগী হকচাং ঐগী থৱাই পূম্নমক ঐদি অমগা নংলমদ্রে। অদুদি ঐ হায়বা অদু কদাইনো?

তেংবানবা জগৎ অসিদা জীব থৱাই হায়বা মশক অসি শুপ্নগী অমথক্তনি অনি শুদে, ঐ-নং-মা অহুম অসিগী মন্নদা তোঙান তোঙানবা থৱাই জীব অমমমগুম উবিবা অসি ঐখোয়গী অরানবা স্বভাবনি। অনি অহুম শুদবনি, তোঙান তোঙানব মশক নত্তবনি, জগৎ অসিদা অনি শুদবা শুপ্নগী অমথক্তা ওইব মশকনি। ঈশিং থল্লা হাপ্লা চকু লিশিং লিশিং গুদি দা অমথক্তা উরিব সুমিৎকী মশেক মঙালগা লোয়নবা মমি ভাবগুম অমথক্তা ঙাইবা জীব-থৱাই হায়বা অসিনা মমি তাবা য়াবা পোৎশকশিং অদুদা মমি তারগা ঐখোয়না অহিংবা কৌবনি; মমি অদু তাবা য়াদ্রবা মতম অদুদা অশিবা হায়না ঐখোয়না খংনবনি। ইথন ইথন্তুগী ওইরিবা হকচাং অসিমতংদগী ঐখোয়না ঐ ঐ হায়না খঙনরিবা জীব কোটি কোটি তোঙান তোঙান্না পুথোকপা য়াই। মসিমক্তসু মশানা তাকচরে মহুদি জীব থৱাই হায়বা অসে জগৎ সংসারদা অনি শুদে অদ্বৈতনি শুপ্নগী অমথক্তনি। ঐ ঐ হায়রিবদুসু মহুমতংনি। মসিতং খঙবনদি ঐ মশক খংবা কৌবা য়াদে। ইশাবু

ইশানা মুংশিবগুম ঐগী মমি তারিবা তাইবং পূম্নমকপু খেন্নদনা মুংশিরা তশেংনা ঙমলবা মহাক অদুবু ঐ মশক থঙলবা কৌই। ঐ মশক থঙবা ঙম্লবা মতম অদুদা সর্গগী মুংঙাইবা পূম্নমকনা নঙোন্দা চেনশিল্লকনি মশানা তাক্সরবনি। তশেংবা ঐ হায়রবা অশেংবা মশক অদুতনা মপু ওইরিবা পোৎশকশিংবু মমিদা খো- শাদুনা ঐ শারিবা ঐগী ওইক্সনিংবা রাখল অদুনা লোভ অপাম্বা মিহৌবা হায়বা ভাব অসি শেমগৎপনি। শেমগৎলিবা ভাব অসিনা স্বভাবাশংবু তাইওন্নবা মাইকৈদা ক্তমহুনা চৎলি।

কুলক্ষয়=কুল-শাগৈ + ক্ষয মাঙবা=শাগৈ মাঙবা শাগৈ ময়েং তাবা হায়বা অর্থনি। কুল-শাগৈ কদাইবু কৌই, গীতাগী মতাং অসিদা শাগৈগী ভাব কারিনো থন্নবদা মুংঙাইবা রানি।

শা। গৈ=শাগৈ। মফম অমদগী মফম অমদা মরনাই চংচবা ঙম্বা মশা মশাগী তোঙান তোঙানবা রাখল বিচার লৈজবা থরাই পানবশিংবু পাক-চাওবা রাখলদা শা (animal) হায়না খঙ্গনি। লনগী পৈফম, লন-গৈ, ফৌগী পৈফম ফৌ-গৈ, শীঙগী পৈফম শীংগৈ অদুগুম্বা যণ হায়বা শাগী মরুপ যণগী শাগৈ, শামু হায়রবা শাগী মরুপ শামুগী শাগৈ মী হায়রবা শাগী মরুপ মীগী শাগৈ হায়রবা ভাব অসি কুল হায়রবা রাইহ অসিনা ফোংদোকপা য়াই। শগোল, শামু মীওইবা কয়াগা শোরুবা লালগী রারীনি। অদুনা তোঙান তোঙানবা শাগী শাগৈ নয়েং তাবা হায়রবা তার অসিসু পুবা য়াই।

মথংদা রা ঙাংলিবা অর্জ্জুন মতাং অসিদা হুকচাং কায়াৎ পানবা মী অমগী শক্তম ওইনা উহল্লি। অর্জ্জুনচিংবা মচিন মনাও মঙাবু পোকপা পাণ্ড মহারাজ চাম্মবু পোকপা ধৃতরাস্ত্র নিংথৌ মচিন মনাওনি। অহুনা চাম্মগা মঙাগা শাগৈ থোকই। মথোয় চন্দ্রবংশ হায়না কৌবা শাগৈনি। অহুনা চন্দ্রবংশ হায়বা মচিন-মনাও ১০০ গা ৫ গগী ময়েং তাবা হায়বা ভাব অহুসু মতাং অসিদা পুবা য়াই।

মথংদা কুলক্ষয় হায়বা অসিগী অতোপ্পা ভাব অমনা :— খুাইদগী মরুওইবা গুণ মঙাগী মনুংদা অর্জ্জুন হায়বা অসি গুণ অমনি হায়না মথক্তা নৈনখ্রে। 'গুণ' হায়বা অসিগী শাগৈ করিনো? ঐখোয় খুদিংমকনা করিগুম্বা হিরম অমগী রাখল তৌবদা চুমদবা. রাকম অমবু অচুম্বনি অফবনি হায়বা রাকম কয়া অমসু ইথন ইথন্তগী থম্মোই মনুংদা পোকই। মহুগা লোয়ন লোয়ননা অচুম্বা রাকম অহু অচুম্বনি হায়বা য়ানবা রাকম কয়া অমসু পোকই। মতৌ অসুম্না ইশা ইথন ইথন্তগী মনুংদা পোক-থোকলিবা মাইয়োক্নবা রাকম অনি অসিগী মনুংদা মানা মান পাম্বা মাইকৈ অদোমদা রাখল তৌরগা চিনবানথোংদা ফোংদোক্নুনা চংনরিবা জগৎনি। মনুং অহুদা রাখল অহু থনবা মতমদা অচুম্বা অমসুং চুমদবগী মাইকৈশিংদা পোকলকলিবা মাইয়োক্নবা রাকমশিং অহু রাখল তৌরিবা মহাক অহুগীদি কায়বা ঙাক্তনি। হায়বদি রাখল মচাকশিং অহু অমগা অমগা মরি লৈনবা মরমনা শাগৈ মশেলনি হায়বা ভাব অসিসু পুবা য়াই। মরম অসিনা কুলক্ষয়

তাব অমরোমদা মিত্রনি। মখোয়শিং অহুনা য়েক্নাবা মিত্রদ্রোহী কৌই ।

ইচুম-চুম্বা ইতিং তিংবা অকবা য়াকমদা অমগা অমগা য়ায়া চায়জবা মরূপ-মিত্র মশেল ভাব তানবা য়াংপদগী তোঙান তোঙা৲ তানাবা কয়াগী থোদোক্না থলবা জগৎনি। ভাব তানবা য়াংপা মরমনা অমনা অমগী কান্নবা তৌনরিবা মরূপ মশেল য়েক্নবা ওইনা উনরকপা মমৈথংদা ইকাইবা খাঙবদগী অহুম লাপথোক্লখিবা কয়ানি । মসিবুসু অশেংবা য়েক্নবগুম লৌবা মিত্রদ্রোহীনি। মহুগী পাপ অমা মশানা লৈবা তাবনি।

অহুনা লাল হায়বা অসি তৌনবা তারবনি য়েক্নবগী মাইকৈদ য়াওদবা য়াদহুনদি য়াওবা তাথ্রবা চায়বা অমসুং চায়কম থোকপা মরূপ মিত্র কোক্নাই কয়াগী য়েক্নবা হায়বা অহু ওইবা পামলক্তব অর্জ্জুনগী শেংদোকলকপা য়াথলনি ।

কুলধর্ম্ম=কুল-শাগেগী মরমদা মথক্তা নৈনবে। হৌজিক ধর্ম্ম

করিনো ধর্ম্ম কদাইবু কৌবা হায়বা য়াথল অসি নৈনবা য়াই

ধর্ম্ম="ধ্রিয়তে লোকো অনেন ইতি ধর্ম্ম" অর্থদি মহুগী মতেং৲

তেংবানবা পুম্নমক অসিবু পুহুনা চৎপা মহু ধর্ম্মনি। তেংবানববু পুহুনা চৎপা হায়বদি জগৎতা লৈরিবা অহিংবা হিংদবা লেংলি-পাম্লিবা পুম্নমক অমনা অমগী মাঙ-তাক্নবা তৌনদবা, অমগী মতেং অমনা পাংনবা, পুম্নমকা হুংশিনবা মরি লৈনবা হোৎনবগা ওইরিবগা লাকদৌবগা অহুমক হুংশিনবা মহু ধর্ম্মনি। লিচৎ-শাক্লংনা ধর্ম্মগী পোকক্মনি। লিচৎ-শাক্লং নাইদববু ধর্ম

লৈত্তবা লিচং-শাজং নাইবদুনা ধর্ম্ম লৈবা অসিনি। হৌন-লিচং-শাজং খণ্ডববু ধর্ম্ম খণ্ডবা হায়নরিবনি।

ঐগী ঐগী হায়বা খুরবা মিংয়েং অসিদা হিন্দু, মুসলমান খৃষ্টান অসিনচিংবা তোঙান তোঙানবা মিংশিং অসিদতা থোইনা রাখল থিংজিন্নদুনা অমনা অমদগী হেল্লি থোকনবা হোৎনবদা মনুংদা চেল্লিবা লমথুংকম অমত্তা ওইবা থোইদোকনা লুয়বা শেংলবা অতুদা অনৈবা অমোৎপা কয়া য়ানশিনবা কাংলুপ খুদিংমকনা শোয়দনা থেংনরি। ধর্ম্ম হায়বা অসিদি মশানা সনাতন হায়বা অদুনি। মহুবু হৌদোক্লদ্বা পুথোক্লদ্বা লৈত্তবনি; মতমনা পোকপদগী লোয়নজরক্লবনি, অমনা অমদা ওস্থোক ওনসিল তৌবগী অর্থ লৈত্তবনি। ধর্ম্ম ওস্থোক ওনসিল তৌবা হায়বা অসিদি ধর্ম্মগী অশেংবা ভাব নত্তে হিংনবগী লমদাংদা অমদি মপানথোংদা উংনবগী লম্বীদা থরা ওইজ-ওইথক থীনবগী ভাব লৈ। খ্বাইদগী অশেংবা ধর্ম্মদি সনাতন ধর্ম্মনি।

সনাতন ধর্ম্ম=সনাতন ধর্ম্ম হায়বদি মহুবু পুথোকলদ্বা হৌদোকলদ্বা অমা নাইদবা মতমনা পোকপদগী হৌত্নুনা মথং মথং মশা মশানা মতোম মতোমতা মরনাই চংনয়কপা লিচং-শাজংশিং অদুনা হৌনবী ওইরকপা অদুগুম্বা হৌন-লিচং শাজং অদুবু সনাতন ধর্ম্ম কৌই। খুদমগী মশক ওইনা :— ঐহাক অহাবা দশা তানিংঙবদি অতোপ্পদা অহাবা দশা পিব্বদে। পূন্না লৈমিন্নবা পান্থনা পূন্না নোমমিন্নবা ভাই। অমগা অমগা মুংশিনবনা মুংঙাইবা পুরকই। নোম্মিন্নবা, মুংঙাইমিন্নবা,

পী-পা অনি অসিবুনা মখাংশিংনা "প্রকৃতি-পুরুষ" হায়না কোং-দোক্লবনি। প্রকৃতি পুরুষ অনি অসিদি মিংমক্লা শংশংনা ঙবা ঙমদ্রবস্থ মীওইবগী ইন্দ্রিশিংগী মতেংনা খংবা ঙম্বা মরমনা অফোংবা ওইনা রাখল তৌই। অতুগা অনিগুদবা পুরুষোত্তম হায়বা অসিদি মীওইবগী ইন্দ্রিশিং অসিনা খঙবা য়ৌবা ঙমদবা মরমনা ফোংদবা (অব্যক্তদি), খনবা ঙমদবা (অচিন্ত্য), মশক মওং লেপ্পা য়াদবা (অবিকার্য্যো) অস্থম হায়না মানা মানা থোকপা ফোংদোকনৈ। গুণ হায়বা অসিনা করিগুম্বা পোৎ অমগী মশক মতৌ মও-ঙাকপা ঙম্মী। ঐখোয়গী লৈজরিবা ইন্দ্রি মঙাখক অসিস্থ গুন্তবু খংবা ঙম্বনি। মরম অহুনা ঐখোয়গী বুদ্ধি লৌশিং পুম্নমক গুণদগী থোকপা ঙাক্তনি। মগুন য়াওদবা করিগুম্বা অনন্তা ঐখোয়না শাগৎপা ঙমদে। মরম অহুনা পুরুষোত্তম হায়বা ইবুঙেঙা মহাক্তি গুণ পুম্নমক্কী রাংদা লৈবা (গুনাতীত) মরমনা ফোংদবা অমম্বা (কৃষ্ণ) অসিনচিংবা মিংকম কয়া মানা মানা পামজবা মওংদা কয়া কয়া পোঞ্জিল্লিবনি। খুদমদি :—

১। হিন্দুনা হে কৃষ্ণ! অর্থদি ঙমখৈ নাইদবা অমম্বা, হে জগন্নাথ! তেংবানবা মপু, স্বয়ম্ভু-নথম্তনা ঙানবা, গোবিন্দ-তেংবানবা পুম্নমকপু ওইবা অসিনচিংবা মশীঙ লাকঙমদবা ইবুঙেঙা মাগী মিংনি।

২। মুসলমান্না হে অল্লা! পুম্নমক্কী অহানবা পুম্নমকপু পোকপা পুম্নমকপু কোনবিবা (অ=স্বর হায়বদি ভাইবং থরাই পুম্নমক্কী অহৌবা মকোক থরাইনি। মথংগী খোস্থোক "অল"

ওল্লকপা অসিদা লৈগা ঙৌগা শম্নবা অগ্নিনা আকাশগা পৃথিগা ত্রিম্নবা হায়রদি পুরুষ প্রকৃতি অনিগী পাক-চাওরবা লীলাবু নিংশিংহল্লি। মথংগী "লা" হায়বা অরোইবা খোন্থোক অসিনা পুরুষ-প্রকৃতি অনিগী লীলা শাল্লহনবিদুনা ইবুংঙো নংগী নতিক নয়াইগী মশক "অ" হায়না খড়জবা তাইবং থগাইবু পিবিরিবা অনিশুদবা অমথক্কা ঙাইবা হে মপু নহাক্কা তেংবান্নবগী থল্লাই পানবা খুদিংদা লাকপিন্নুনা চংবিন্নুনা লেংদনা লৈবিয়ু। অসিগুম্বা ইবুংঙো মাগী মশীং লাক-শুমজ্রবা মিংমক্কনি।

৩। খৃষ্টান্না হে গোড (God=G-Go+O-over+D-do=Go over ever doing) অর্থদি তেংবানবনা নোমলিবা পূম্ননক অসিগী মথক্কা চংপিরিবা হে ইবুংঙো! অসিনচিংবা মসিনা কর্ম্মযোগগী মশক অনিশুদবা অমত্তা ওইবা পুরুষোত্তমবু হায়বনি।

মরম অসিনা পূম্নমকী মথক্কা অমথক্কং লৈ হায়বা অসিমদি চেনবা য়াদ্রবা রাফমনি। মমিংগী রাদি মানা মানা পামজবনি। পোংশক্তি অমথক্কনি।

হায়রিবা অমথক্কা ওইবা ইবুংঙো মাগী হেক মখংদদি লেংলি পাল্লিবা মহৌশাগী পূম্নমক অসিনি, মসিবু প্রকৃতি হায়না শুপনা খঙৈ। অসিগুম্বা প্রকৃতি অসিগী মবুক মনুং অসিদা অমুক্তু পা-পী, পুরুষ প্রকৃতি হায়রা অনি অসি থায়রি। পীংগী মনুংদা পা-পী অনি লৈবা হায়রসি বিজ্ঞানগী অচুম্বা রাফমনি। ঐথোম্বনা চায়িরা রবী-মাইরেল অচংবা পীনি। মঙ্গী মরদ্রগী হৌবা পাল্লোং

অমত্তদা পা পী কৌবা মপাল অনি লাই। অনিসী তিন্নবা অর্থক অচংবা মরু ওই। মরম অসিনা নং ১ প্রকৃতিদা মর্থক মখুদা অমোংবা পুরুষ-প্রকৃতি অনি লৈবা বিজ্ঞানগী মতেংনা প্রমাণ তৌরবা য়াদি। মরম অসিনা স্ত্রী—ফুপী-পী হায়বসি প্রকৃতিনি। প্রকৃতি হায়বদি ফুপী স্ত্রী হায়বনি। ফুপা শারিবা পুরুষ হায়বা থংনরিবা ঐখোয়শিং অসিগুম্ প্রকৃতি হায়বদি স্ত্রী=পী গী মথু চনবা মরমনা স্ত্রী ওইবা মশানা তাবনি। ভাব অসি য়েৌশিন্নবা শাস্ত্র বৈষ্ণবশিংনা বৃন্দাবনগী ধর্ম থাদোক্লবা মতুংদা মেংলবা থোংলবা নোৎলবা ইংলবা মজবা পুম্নমক্কা তিন্নবা প্রকৃতি স্ত্রী স্বভাবপু কিত্তদা লৌহনা পুন্সি লমথুং থিমবিবনি।

মতাং অসিদা পনব যাবা অতোপ্প বাক্য অমনা ঃ—ভেংবানবা থসিদা ঐখোয়না খঙলিবা, উরিবা তারিবা অসিনচিংবা পুম্নমক অসি গুণ ছাক্তনি। গুণ য়াওদবা করিগুম্বা পোৎশক অমত্তা ঐখোয়না য়াখল তৌবা ঙমদে। গুণ পুম্নমক দোষ লৈবা ঙাক্তনি। ভেবানবা পুম্নমকী মপু অকোংবা মশক নত্তবা অমর্থক্তা ওইবা মহাক অহুদি করিগুম্বা দোয অমত্তা লৈতবনি। গুনা পুম্নমকী বাবদা লৈবনি। ঐখোয়তনা ঐখোয় ঐখোয়গী পামজবা স্বভাবতা মপু মওোন্দা তোঙান তোঙানবা গুণ কয়া কয়া নপাশিন্নবনি। গুণ নপাশিন্নবনিবা করিগুম্বা মতমদসু মপু মওোন্দা দোষ কয়া অমসু পিশিন্নি। মসি পুম্নমক ঐখোয়গী স্বভাব ঙাক্তনি। মরম অসিনা গুণ হায়বা অসি প্রকৃতি হায়বদি ফুপীগী মমাকপু খোংবা ফোংদোক্লবা পাইখ্রেনি। খোংবা মপু মাগা মশক খোংখোক্লবা

পাস্নে নত্তে। মরমদি মহাক গুণ পুম্নমক্কী ৱাংমদনি। মরম অসিনা মুপী খণ্ডদে মুপা খণ্ডদে অদুগুম্বা মী মহাক অদুনা মশাগী মতিক মগুণ য়াম্না লৈবা পামলিবা অদুক্কী মতিক মুপী হায়বদি স্ত্রী ওইবগী স্বভাবতা হেন্না হেন্না চংশিল্লকলবনি। অদুগা হায়রিবা স্বভাব হায়বদি গুণ য়াম্না লৈবা পাম্বা স্বভাব অসোমদগী নাথৈদুনা গুণ খিবিক্কী ৱাংমদা লৈনবা হোৎনবগা লোয়ননা তৌফম থোকপা মথৌ তৌরিবা মহাক অদু ঈশ্বরগী মাইকৈরোমদা চংশিল্লক্লবনি হায়বদি অশেংবা মুপা পুরুষ হায়বদো ওইনবগী লম্বীদা লাক্লবনি। অসিগুম্বা ৱাখলগী মওাল পুম্নমক অসি প্রকৃতিগী মতেংনা ফংই। মরম অসিনা প্রকৃতি ঐথোয়গী লমজিংবিবনি, ওঝানি, গুরুনি। অহানবদা মঙোন্দা চংজবা মশানা তাবনি।

বিজ্ঞানগী ( Science ) মিংয়েংদা পৃথ্বীদা শুপ্নগী পোংশক অনিথক্কুং লৈ। মতুদগী লেংলি পাল্লিবা পুম্নমক অসি ওইবনি মতুঙ্গি তিং ( Energy ) হায়বা অসিগা ত ( Matter ) হায়বা অসিগা অনি অসিতনি। হায়রিবা মেটর প্রকৃতি অমসুং এনরজী পুরুষ অনি অসিগী লীলানা অফোংবা তেংবানবা ওইবা, খেন্নবা লৈতনা য়ানরে।

মেটরগা এনরজীগা মশক গুম্হোক ওনসিল্ল তৌনবা য়াই অচুম্বনি। মেটরনা এনরজী ওনবা য়াই, এনরজীনা অমুক মেটর ওনবা য়াই। হায়রিবা পুম্নমক অসি ঐথোয়গী লৈজরিবা ইন্দ্রি মঙাথক অসিতগী মতেংনা কংজবা ৱাখলনি। মরম অসিনা বিজ্ঞান ( Science ) কী ফল খুদিংমক ইন্দ্রিশিংগা মরী থম্বা ওমজবদি

অচুম্বনি হায়বা বিজ্ঞানগী জগৎনা লৌবা ওমদে। অহনা হাল্লশিংগী রাংমদা লৈবা পোংশিংগী মরমদা বিজ্ঞান ( Science ) কী লম্বী লৈতে। অহনা মেটর অমস্তুং এনরজীগী রাংমদা লৈরিবা অহ ফংনবা লম্বী বিজ্ঞান ( Science ) কী লৈতে। পূন্নমক অসি থন্দুনা য়েংলগা পুরুষোত্তমগী রাকম অসি বিজ্ঞানগী রাংমদা লৈবা মরমনা বিজ্ঞানগী জগৎনা মসিদা দোষ পিবা ওম্নরক্তবনি। মেটর অমস্তুং এনরজী অনিমক মথক্তা হায়থিবগুম প্রকৃতিনি ( Guide group) স্ত্রীনি। মসিনা স্ত্রীগী অপাকপা অচৌবা অরাংবা রাখলনি।

থরা হুম্বরকপা রাখলদা প্রকৃতি স্ত্রীগী মন্নুংদা পুরুষ হায়বদি মাগী মাগী কাংলুপশিং অহুগী অরেপ্পা অফোংবা মচা থারা পিবা ওম্বা মখোয়শিং অহুগী থারাশিং অহুবু মাংহন্দনা লৌশিন্দুনা মপুং মৈর ফাবা ওম্বা মতিক ময়াই মহাও পিবা ওম্বা লৌকম মকম পূন্নমক স্ত্রী-নি। মথল অসিগী স্ত্রী অসি ঐখোয় থুদিংগা নরুবা মরমনা ঐখোয়না নরুবা অহৃতবু উবনি। ঐখোয়না উরিবা অসিতা নত্তবা উবা ওমদবা মথলগী জীব কয়া, শকথংদবা জীব কয়া মাগী লিচৎ-শাজৎ থওব্রিবা জীব কয়া মথল থুদিংমক্তা "পী" হায়বসি লৈবনি। মখোয় পূন্নমক স্ত্রীনি। কাংলুপ থুদিংমক্কী তোঙান তোঙানবা স্ত্রীশিংবু কুলস্ত্রী কৌই।

নরক=নরক হায়বা সংস্কৃত রাহৈ অসিগী ইচম-চম্বা অর্থদি "হম্বা" হায়বনি। অহুবু রাহৈ অসিমতংনা য়াম্না পাক-চাওরবা ভাব অমা ফোংদোকই। ঐখোয়না নরক হায়বা রাহৈ অসি তোয়না

শিজিন্নবরনি। অদুনা নরক হায়বা অসি কদাইদু কোবনো থরা মনুং হুজিন্না থিজিনবা কৈ।

মীওইবা পুন্নমক্কী অমুসুং থবাই-পানবা পুন্নমক্কী থম্মোইগী জগৎ মনুংদা অরাবা-লুংঙাইবা, অনেশ্ম-অরাংবা, ফত্তবা-অফবা অসিনচিংবা ওন্ন-তৈনবা ভাবচং অনি অনি চৎলি। লুংঙাইবা, অফবা অমসুং অরাংবা অসিনচিংবা রাথলগী সংস্কারবু সর্গ লাইগী লৈবাক্তা সোয়রেল অমুম্না লৌনৈ। অরাবা, লুংঙাইতবা, ফত্তবা অসিনচিংবা রাথলগী সংস্কার অসিবুনা নরক হায়বদি লৈখাগী লমদম হায়না থংনৈ।

জগৎ অসিদা সর্গ কৌবা অমসুং নরক কৌবা করিগুম্বা তোপ্পতোপ্পা মফম অমা লৈবা নত্তে। মসি বিজ্ঞানিক ওইবা বানি। অহুমসি ওইরবদা সর্গনী লুংঙাইবা স্বভাব অমসুং নরকী অরাবা স্বভাব থম্মোই মনুংগী জগৎতদা ওইরনি। মী মী অহুগী মশা মশাগী হৈনকী স্বভাবতনা শেমজবা সর্গনি, নরকনি। অরাবা লুংঙাইবা পুন্নমক রাথলদগী পোকপনি। সর্গ রাথলতনা শেম্বা লুংথাই-য়াইফবনচিংবা অফবা পুন্নমক্কা তিনবা গুণশিংগনি লৈক্কোলনি। অহুগা মরকক্তু রাথলতনা শেম্বা অরা-অনা, মীকপ-মীরাওনচিংবা ফত্তবা পুন্নমক্কা তিনবা গুণশিংগী নমথিকোননি।

ঐথোয়না থলি, সর্গ কাবা, নরকদা নরকতা তাবা হায়বা অসি হায়বং শিবরা মতুংদদা পোক্কদবা রা ওইনা। মসিতমক্তি ওইদুনু থোক্কে। সর্গদা কাবা, নরক-তা তাবা হিংলিঙ্গ মনুং অসিনদু পুরুক-পুরুক্তা অতুম অতুম মওইবনি। শিবরা মতুংদতু স্বভাব

তাকম অদুনি হায়বদি মহৈ অদুনি। অদুগা মহৈ অদু ৎংনবগী-দময়ক্তা চংলিবা লম্বী হায়বদি তৌরিবা কত্তবা থবকশিং অদুনা পাপ ( পুন্নুনা চংপা ) হায়বা অদুনি। অদুনা পাপকী লম্বী চৎলগা নরক তাই। পুন্যগী লম্বী চৎলগা সর্গ কায়।

পিণ্ডোদক=পিণ্ড+উদক :— মতুম তাবা পোৎ "পিণ্ড" নি, মতুম তাশিনবদা চংলিবা মহী "উদক"-নি। রাহৈ অসি শিজিন্নথিবা মতাংনা শাগৈ মণ্ডলবদি পিণ্ড-দান পিবিনবা লৈতহুনা লানফমদা শিথ্রবশিং অদু নরক তাগনি লৈখা তারগনি হায়না অর্জুননা চিংনহুনা তেংবানবা মপুগী মফমদা পাণ্ডহংজবনি।

মতুম তাবা অকুপ্পা পোৎ পিণ্ড ঙাক্তনি। তেংবানবদা লৈরিবা পোৎ খুদিংমকী গ্রাইদগী পিকপা মওং খুদিংমক পিণ্ড ঙাক্তনি য়াম্না কুপথনা থম্মরবদি পিণ্ড হায়বা অসি পোৎচাক কয়ামক্রমনা তিনশিন্নরগা ওইবনি। পোৎচাকশিং অদু তোৎশিন তিনশিন্নবদা করিগুম্বা মহী নত্রগা শক্তি থর শোয়দনা চংই। নত্রবদি পোৎচাকশিং অদু তোঙান তোঙান তাই, তিনশিন্নদে অমসুং পিণ্ড ওইদে। অদুনা পিণ্ড অদু শাবদা চংলিবা শক্তি নত্রগা মহী অদুবু "উদক" কৌই। পিণ্ড অমা ওইবদা পোৎচাক অমসুং শক্তি অনি অসি শোয়দনা চংই। মসিবু সাইন্সকী রাহৈদা মেটর ( Matter ) অমসুং এনরজী ( Energy ) হায়না থওনৈ। অদুগা পিণ্ড হায়বা অসি সাইন্সতা তোয়না শিজিন্নরিবা এতোম ( Atom ) হায়বা অদুনি।

"যথা পিণ্ডে তথা ব্রহ্মাণ্ডে" পিণ্ড অমদা ওইবা মওং অহুম হায়না চাওববা ব্রহ্মাণ্ড অসিনু ওইবনি। সাইন্সনসু হায় পিক্লবা এতোম অমগী মনুংদা ওইরিবা মওং অহুম হায়না পাকচাওরবা সৌরগজৎ হায়বদি থোকলিবা মুমিৎ অসিগী মঙালনা য়োবা গুম্বা মফম ফাওবদা লৈরিবা থা-থৱাম্মিচাক্কা পৃথ্বীগা লৈনরিবা মরি অমসুং মওং অসিনু ওইবনি। থমচেৎ মরু মচা অমগী মনুংদা থম্মা, থম্মা-খেঞ্জোং থম্বৌ য়াওবা ঐখোয়না উনরিবনি। মিৎনা উবা ঙমদবমখৈ পিক্লবা গর্ভগী মরু ( বীর্য=স্পার্ম ) অমগী মনু দা পা-গী মওং-মতৌ পূন্নমক য়াওই হায়বা অসিসু ঐখোয় খুদিংনা খেংনরি।

পিক্লবা এতোম অমগী খ্বাইগী ময়োলদা অঙকপা শক্তিগী মশক "নিউত্রোন" কৌবা পোৎশক য়াওরি, প্রোতোন কৌবা পোংশক য়াওরি। মখোয়গী অকোয়বদা এলেকত্রোন কৌবা পোৎশক কয়া অমনা শাফু কন্না অতৎ অথম লৈতনা উংহুনা লৈরি। মরমদি করিগুম্বা অকনবা শক্তি অমনা মখোয়শিং অহুবু চোইথোক-খিদনবগীদমক্তা কন্না ফারি।

মতৌ অসিগুম্না সৌরজগৎকী ময়োলদা মুমিৎনা নিউত্রোনগী মতৌগুম খ্বাইদগী শক্তি লৈবা পোৎশক ওইরি। মাগী অকোয়বদা পৃথ্বী, থা, থৱাম্মিচাকনচিংবা গ্রহ, উপগ্রহ কয়ানা অতৎ অথম লৈতনা উংহুনা লৈরি। অমগা অমগা খোংচৎ কায়নদে অমসুং থেংজিন্নদে। মসিসু করিগুম্বা শক্তি অমনা ফাজিনবা মরমদগীনি।

মতৌ অদুগুম্না তোঙান তোঙানবা পোৎকুপশিংবু ঈশিং, চুঠী, সঙ্গোম অসিনচিংবা করিগুম্বা মহী অমগী মতেংনা তোৎশিন-তিন-

শিন্নহন্দুনা পিণ্ড শেম্বা য়াই। পোৎচাকশিংবু চোইথোকহন্ননা তোৎ-শিন তিনশিন্নহল্লিবা শক্তিশিং অহুবু রস হায়বদি মহাও-মন্নাই কৌই।

ব্রাখল অমরোমদা রসনা তেংবানবগী পোৎশিংবু অমগা অমগা ফাজিন পুন্সিন্নদ্না পিণ্ড কয়া শেম্মী। পিণ্ড কয়ামকয়া তিন্নদ্না ব্রহ্মাণ্ড শেম্মী। অসুম্না মথং মথং মহাব্রহ্মাণ্ড কয়া ওইরম্বা য়াই। মতৌ অদুগুম্না থবাই পানবশিংগী মরক্তা অমগা অমগা "মুংশিনবা" "প্রেম" হায়বা রস অসিনা থবাই পানবা পুন্নমকপু পুনশিন্দুনা থম্বনি। থবাই পানবা পুন্নমক্তা অমত্তা ওইনা পুনশিন্দুনা ওইবা শক্তম অদুমক জাগদীশ জগৎকী মপু হায়বা অদুনি। "মুংশিনবা" হায়বা লীপুন অসিনা তাইবং থবাই পুন্নমকপু মুংঙাই-য়াইফ ম্নাইকৈদা পুথৎপনি হায়বদি সর্গ শেম্বনি; লীপুন অসিনা কোল্লগা তাইবং থবাইশিংনা অন্না অনা নংজবনি হায়বদি নরক তাবনি।

লানদা মুপামথৈ মহৈ মহৈ হাৎতোক্কদুনা শিনখ্রবদি লুখ্রাবী মশীং য়ামলগনি। লুখ্রাবী মশীং য়াম্লবদা ময়েক তিন্নদবা মচা কয়া কয়া শাগৈগী মহুংদা লৈরকনি। মদুগী মহৈনা ময়েকতি তিন্নদবা শাগৈ মচা মশেল মুংশিনবা ব্রাৎনরকপগা লোয়ননা থক্তা হৌখ্রবা পা-পী কয়াবুম্নু মুংশিরকুবা হায়বদি রস য়াওব্রবা জগৎ ওইরকপনা মরম ওইদুনা লৈবা তাগনি, নরক তাগনি। মরম অসিনা লাল শোক্কদবনা ফগদমাল্লে হায়না অর্জুনা থম্মোই তিংনা ব্রাথংলকপনি

জাতি ধর্ম=জ+আ+তি — জ=পোকপা, আ=য়েলহৌজৈদগী লাকচবা, তি=ওইবা। পোকপদগী হৌনা মশাগী লোয়ন-জরকলবা গুণশিংবু জাতি কৌই। হিন্দুগী মহুংইন্না জাতি

মখল মরী খোকনা খায়দোকই। মদুদি ব্রাহ্মণ, ক্ষেত্রিয়, বৈশ্য অমসুং শুদ্র মরী অসিনি। তেংবানবদা লৈরিবা মীওই পূম্নমক্কী ভোগান তোগানবা মশা মশাগী ওইবা তোপতোপ্পা য়েলহৌগদগী লোয়নজরকপা মগুণ কয়া কয়া লৈজে। কনানা ব্রহ্ম হায়বদি লেংলি পাল্লিবা পূম্নমক অসিগী অমগা অমগা লৈনরিবা মরি অদোমদা য়াখল থিংজিনবা পাম্মী। কনানা অচুম-অরান য়াম্না থিজিনগনবা, অরানবু নমথেকনিংবা খ্বাই ময়ামগী অক-কন্তগী লুচিংবা পাম্বা, অশোন-অনাবু গাকশেনবা কা-হেনবা মীশিংবুনা নমথবা পাম্বা লিংজেল থাবা কয়া অমনি। কনানা লল-থুমনচিংবা চিংনবগী পোৎচাকশিং অসিদতা থোইদোক্না মাই ওনশিনবা কয়া অমনি। কনা অমনা খ্বাইগী সেবা ভোদুনা খ্বাইবু পেলহল্লগা মশাগী নুংগাইবা ওইজবা কয়ানি। হায়রিবা গুণশিং অসে পোকপদগী মরনাই লোয়নজয়কপা গাক্তনি। মখোয়না থেংনথেংনরুবা মারবা স্বভাব খুদিংমক মাল্ল মান্নবা মকম অদুদা নপশিল্লি। অসুম্না মশা মশানা লোয়নজরকপা গুণগী স্বভাব অদুবু জাতি হায়বনি। অদুনা মশাগী মপোক্কী লোয়মজরক্লবা মশাগী মগুণশিং অদুনা তেংবানবা অসিবু পুনশিন্দুনা চৎনবা হোৎনবা লিচৎ-শাজৎশিং অদুবু জাতি ধর্ম্ম হায়না খঙনবা ভাই। জাতি ধর্ম্ম খাদোকপা হায়বদি ইশ্বা ইশাগী হৈনবী খাদোক্লুনা নীপী হৈনবীগী মতৌ ভমদুনা পুল্লি লানথেংনবা কয়া মখোং চাবা থবক নত্তে। অদুনা মহাভারত কৌবা অচৌবা লান অসি থোক্লবদি হায়রিবা জাতি ধর্ম্ম মাঙথিবা য়াই হায়রবা ধর্ম্ম মাঙবগী অরাবা অদু

অর্জ্জুনগী থম্মোইদা পোকলকখি। অদুবু অর্জ্জুন্না জাতি ধর্ম্ম মাওব হায়না ফোংদোক্নে হায়বগীদমক্তা জাতিধর্ম্ম হায়বা ৱাহৈ অনি অসি মথক্তা নৈনখ্রবা কুলধর্ম্ম হায়বা ৱাহৈ অসিগা য়াম্না নকশিন্নব মরী থমহনা শিজিন্নবনি।

বিষাদ যোগ = বিষাদ-অৱাবা + যোগ-তিনশিনবা = অৱাবনা তিনব হায়বা অসিদা ভাব মথল অনী থোকই। অৱাবা ময়াম পুন্সিনববুসু অৱাবনা তিনবা হায়না খঙনৈ। অদুবু মতাং অসিদদি ভাব অদু নত্রে। মতাং অসিদা অৱাবনা তিনবা হায়বা ভাব অসিদি অৱাবা হায়বা অদুনা থোং ওইরগা, পাম্বৈ ওইরগা খ্বাই পূম্নমক্কী চংফম তিনফম হক্তিনফম অহুদা তিনশিনবা হায়রা ভাবনি।

ৱাফম অমরোমদা লেংলি-পাল্লিবা তেংবানবা পূম্নমক অসিগী অপুনবা অমখক্তা ওইবা মশক অহু ঈশ্বরনি হায়না খনবা য়াই। ঐখোয় মীওইবগী স্বভাবকা চানবা মিংয়েংদা য়েংবদা মমা-মপা ওইবশিংনা মচাশিংগীদমক্তা ৱাজৈ। নৈবাক্কী নিংথৌনা প্রজাশিংগীদমক্তা ৱাজৈ। অহুগুম্না তেংবানবগী মপু ঈশ্বরসু তেংবানবা 'পুম্বগী য়াইফনবগীদমক্তা ৱাবিরমগনি হায়বা অসি ঐখোয়গী স্বভাবকা চানবা থাজবনি। হায়বদি ইশা ইশাতগী লনাইগী ওইবা অৱাবা কাওথোক্নুনা খ্বাই-ময়ামগীদমক্তা ৱাজবা ওস্বা য়েক্লবকাওবগীদমক্তসু তশেংনা ৱাজবা ওস্বা মঙলগী অৱাবা অসি মীরমলেনগী ওইবা খ্বাইগী চৎনবীদগী ৱাংখৎলবা লাইরমলেনগী ওইবা স্বভাবনি হায়বদি

ঈশ্বরগী ওইবা গুণ অতুদা তিনশিনবা তম্বনি। মসিবু অরাবগী পাশ্বৈনা ঈশ্বরদা তিনশিঞ্জনবা উপাইনি হায়রিনা "বিষাদ-যোগ" কৌই। অবস্থা অসিদা অর্জুননা লৈবা থৌরকপা গীতাগী অহানবা মতাং অসিবু "অর্জ্জুন-বিষাদ-যোগ" হায়না কৌই।

মতাং অম্বাইদা যোগ করিনো হায়বা থরদং নৈনবা য়াম্না খুদোং চাই। যোগ হায়বদি নপশিনবা তিনশিনবা হায়বনি। ঐখোয় পূম্নমক্কী, লেংলি পাল্লিবা তেংবানবা পূম্নমক্কী থোকলকফম থাইদোকলকফম অমদি শোয়দনা লৈফম থোকই। প্রমান অমরোমদা শুন্যদগী জগৎকী মশীং পূম্নমক থাইদোকপা য়াই হায়বা অসি গনিৎ শাস্ত্রদা ময়েক লারবা প্রমান কয়া থোক্লবনি। মরম অসিনা শুন্য হায়বা অসি করিসু নত্তে হায়বা য়াদে। খেন্নরিবদি মী ওইবা ঐখোয়গী স্বভাবতা শুন্যগী মগুণ থমদে হায়বদি য়াওদে অতুগা অমা, অনি গসিনচিংবা মশীং-শিংদি মগুণ য়াওরে। মরম অসিনা পূম্নমক্কী থাইদোক্লফম ওইবা গুণ পূম্নমক্কীসু য়ামদা লৈবা শুন্যগী মশক অমত্তা ওইবা মহাক অতুবু মাগী মাগী মরোলনা মমিং কয়া থোঙ্গিল্লি। মহাকপু পরমেশ্বর, পুরুষোত্তম, পোকলেন পোকপা, অল্লা, অসমাইটি অসিনচিংবা। অহুগুম্বা অমথক্তা ওইবা মঙোন্দগী পূম্নমক থাইদোক্লকপা মঙোন্দা অমুক হন্না তিনশিন-নপশিন্নবগী পাম্বৈ কয়া কয়া থন্নৈ। পাম্বৈ পূম্নমক যোগ কৌই।

মঙোন্দগী পূম্নমক থাইদোকলকপনি মঙোন্দা শোয়দনা তিনশিনবা মশানা তাজবা য়াফমনি। মরমদি মহাক নত্তনা কনা অমত্তা লৈতে হায়রবনিনা। অতু ওইরবদি অরেম্বদা করিগীদমক্তা মঙোন্দা তিনশিন্নবা যোগ অভ্যাস তৌফম থোকপগে হায়বা অসি রৈৎনিংবা

হৎনিংবা ৱানি। পাওথুমদি ঃ— জীব পূন্নমক পোকপদবু পোক্লবদি পুন্সি মুংশাবা অমসুং মুংঙাইবা পান্মী। শোয়দনা পোকনি পোক্লোই থংজিবা মথংগী মপোক অতুগী ফাওবা পুন্সিবা মুংশাংবা অমসুং মুংঙাইবা পান্মী। মতুগী লম্বীনি যোগ হায়বা অসি। শম্না অমসুং শেংনা হায়রবদা যোগ হায়বা অসি পোক্লবা মপোক অসিমক্তদা, শোয়দনা তশেংনা মুংঙাই য়াইফবা ওইনবা, পুন্সি মুংশানবনি অমসুং মথংগী মপোকশিংদসু অতুম্না অতুম ওইগনি হায়না থাজনবনি।

যোগ মখল মথা য়ামই। গীতাদা যোগ মখল ১৮ খক্কী মবমদা থোইদোক্না কুপ্না ব্যাখ্যা তৌরি। গীতাগী যোগ ১৮ অসিগী মনুংদা অমগ ক্তংদবু ওইরবসু নিংথিনা ভাব তানা চৎচবা ঙম্লবা মহাক্কী পুন্সি মুংঙাইবনা থম্লবা মাইপাকপা মপোক ওইগনি হায়বা অসি চিংনবা লৈননা হায়দোকপা ঙম্মী।

মসম অসিনা গীতাগী যোগশিং খঙনবা লৈনবগী লম্বীদা "গীতা শব্দ বিজ্ঞান" কৌবা থোইদোক্লা ওশেংনা পঙলবা ঐগী মোৎলবা স্বভাব, থুরবা ৱাখলদগী পোক্লকপা কারগুম্বা নিতি অমওনা ফাজিন পুনশিনবা তৌদবা ইনিং ইথা তম্না ইজবা ৱাকম খবা অসি সেবাগী স্বভাবতা লৈবাক খুৎইগী মাংদা ভক্তিগা লোয়নননা থমজবনি। লম্নাং-তুহাংদা পংশাৎ শাংপা লৈগীশিংদা চনবসু চনঙমদবা করিগুম্বা শক্তখং[illegible] অমবু থেংনরুবা কনাগুম্বা অমম্না চিনবিহুনা লৈবক্[illegible] পুথোকপিহুনা লৈগীশিংদা চম্লহনবিহুনা মথং মথং কায়দনা [illegible] কজবা অসিতনি পামজবা।

তেংবাক্লবা ঙমজনবা লমজিংবিয়ু,
Guide me to help you.
লোইবা।

18477

